# "ব্যাখ্যল-নাচোম"

(নিবন্ধ)

য়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

কক্‌চিং
২০০৬




| | | |
|---|---|---|
| লাইরিককী মিং | - | "ৱাখল - নাচোম" (নিবন্ধ) |
| অইবা | - | য়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ<br>লাইথগোল লৈকাই, কক্চিং। |
| অফোংবা | - | শ্রী যাম্বেম সত্য সিংহ<br>ফৌশুপাৎ লৈকাই, কক্চিং। |
| শক | - | ওক্তোবব ২০০৬ ইং |
| কোপী মশীঙ | - | ৫০০/- |
| মমল | - | ৮০/- |
| প্রেস | - | ওমেস ওফসেট প্রিন্টব, কক্চিং |

# অইবগী ৱারোল

সাহিত্যগী বিধানশিঙ্গী মনুংদা অখঙ- অহে কয়ানা নিবন্ধবু অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎলবসু পুথোকচরিবা নিবন্ধশিং অসিমক্তি ইতিক-ইপানি খন্না ইজরুবা নচ্চদে।

ৱরেংনা শৈরেংশিংগী চাংয়েংফম ওইরবদি নিবন্ধনা ৱারেংশিংগী চাংয়েংফমনি হায়নৈ।

সাহিত্যকারশিংগী পূক্নিং-ৱাখল, বিচার, থম্মোয় ঈপোম অমদি আত্মানুভূতিবু অনিঙবা অদুমক য়ৌনা ফোংদোক্রুবগী খ্বায়দগী অথোইবা পাম্বৈদি নিবন্ধনা ওইজরবসু পাঙজদবনা ঐগী নিবন্ধশিং অসিদা ফজবা কলাগী মফোংদোকশিংদি উবিগনি নিঙজদে।

ইজগে খঞ্জরুবা বিষয়শিংসু ঐগীদমক্তদি কা হেন্না লুবা ওইখিবনা চঙশিল্লুরগা অসুম অসুম লুশিল্লকই, হেন্না হেন্না কিশিল্লকই, খুদোংথীরকই।

সমাজগী অনিং-অপামগী মায়োক্তা ইশাগী অনিং-অপামগী ৱাহৈ অনি মরিখক্তং ফোংদোকচগে খঞ্জরুবদা ইখুৎসি পায়দুনা থাম্লকপগুম তৌশিল্লকই, থৌনা লৈরক্তে। খোঙথাং খুদিংমক অফা অপূন্নে।

লাইরিক অসিদা ললিত নিবন্ধশিংগী ফজবা কলাত্মক ওইবা মফোংদোকশিং অদুমক উবা ফংবিদ্রবসু মনিপুরী সাহিত্যদা 'নিবন্ধ' সাহিত্যগী অৱাংপা শরুক খরদং মেনখৎচনিঙদুনা হোৎনজবনি।

মমল য়াম্লবা অচিনবা মতম কাইথোকপিদুনা লাইরিক অসি পূক্নিং চঙনা নৈনবিদুনা অৱাংবা সাহিত্যিক ৱারোল খরদং থম্বিরকপগীদমক ইকাই খুম্নজরিবা আই. এস. কাঙজম প্রসিডেন্ট রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

বানানগী অরান-অশুই কয়া চুমথোকপিরকপা ইনাও পি. রাজেন সিংহ, সেক্রেটরী সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচিংগী মফমদা ইকাই খুম্নজরি। লাইরিকসি নম্বগী থৌদাং পূম্নমক লৌবীরিবা ওমেস ওফসেট প্রেসকী থোকচোম ইন্দ্রকুমারবুসু থাগৎচনিঙই। লাইরিক অসি মতম চানা ফোংদোক্লবা শেল-থুমগী অৱাবা থৌদাং পূম্নমক ইনাও ইবুংঙো য়াম্বেম সত্য সিংহনা লৌবীবদগী মতম চানা পুথোকপা ঙমজবনি। ইনাওগী লমনদি য়াম্না তোনশিনজরবনি।

অরোইবদা পাবিরিবা পূম্নমক্তা মনিপুরী সাহিত্য প্রেমী অমনি খনবিদুনা অশোয়-অঙাম কয়াবু তাকপিরক্কনি খন্না লাইরিক অসি অদোমগী খুত্তা শিন্নজরি।

*অইবা*

য়েংখোম ধনঞ্জয় সিংহ

## “ ব্রাখল-নাচোম” থেংনরুবদা

“ব্রাখল-নাচোম” ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বা য়াদবা পুক্রিং-ইথিন্না শাফু পীবদগী তোঙান-তোঙানবা ব্রাখল-লৈচন্না শেম্বা নাচোম্নি। নাচোম হায়বসিমক্তবু মহৌশানা লৈশক-লৈচু কয়ানা লৈচন শেম্বনি। শেল্লিবা নাচোমসিদা মখল-মখলগী পুক্রিং-ইথিন্দা য়ুম্ফম ওইবগা লৈচন শেল্লিবা শ্রী ধনঞ্জয়না ব্রাখল অমদি বুদ্ধিবু মফম চানা শীজিন্নদুনা লৈশক-লৈচু মখল কয়াগী লৈনম্বু অপাবশিংদা যৌহন্নবা হোৎনবি।

নিবন্ধশিং অসি ইনবা হোৎনবদা অইবগী ব্রাখল-বুদ্ধি য়াম্না নীংথিনা মথৌ তৌবা থেংনৈ, লোয়ননা মতাং কয়াদা অপাবশিংগী ব্রাখল অমদি বুদ্ধিবুসু মথৌ তৌনবা থৌদাং পী। মসিদা লৈবে অইবনা নাচোম শেমজরুবগী মহে য়ানবদু।

উবা ফংদবা, খুৎনা শোকপা য়াদবা এবষ্ট্রেক্ট ওইবা পোৎপু অতোপ্পদা খঙহনবা, খঙহন্নবা হোৎনবা অরায়বা থবক নত্তে। ইশানা অনুভব তৌরবা ফাওবদা মুন্না খন্থদ্রবদি খঙবদা ব্রানা থোক্লিবনি। মসিবু খঙহন্নবা হোৎনবিবা ব্রাখনগী নাচোম্নি। পুক্রিং-ইথিন্না ঈনশিল্লগা ব্রাখন্না মখন-মখা খল্লগা বুদ্ধিনা পীরকপা ব্রারেপ নাচোম অসিগী লৈচনশিংগী লৈনম্নি। লৈনমগী লৈচন মশক খঙনবা হোৎনবদা অপাবশিংগী ব্রাখল পোৎথাহন্দে, ব্রাখলবু মথৌ তৌহল্লি। মসিদা লৈরে নাচোমসিগী মগুণ। ‘ঈশ্বর অমদি স্বর্গ অনিমক মীওইবগী থম্মোযদা লৈবনি’, ‘ নুংঙায়বদি মচু তরেৎনা লৈতেংবা চুমথাং খনবগুম্বনি’, ‘ইকাইবগা ওন্ন-তৈনবদি ইজ্জৎনি’, ‘শান্তি অমদি নুংঙায়বগী হৌফম অমদি তুংনফমনি নুংশিবা’, ‘ মীওইবগী পুন্সি অমসুং নোকপা তৎন-থান য়াদ্রবা মরী লৈনৈ’, ‘শাউবগী অশেংবা মরূদি ওইজবা মাঙবদগীনি’ অসিনচিংবা কয়াসি হায়দোকপদা অমদি তাবদা লায়না খল্লগসু মনুং ভাব খঙবা তাববদি ব্রাখলবু মথৌ নীংথিনা তৌহল্লি। নাচোমসিদা মসিগুম্বসি কয়া-কয়ানি।

নাচোমদা য়াওরিবসি অহকপা, মতীং লৈবা নিবন্ধ কয়ানি, খরা য়াংতক তাবা খবসু য়াওই। হেন্না নুংঙাইবিবদি মণিপুরগী সাহিত্যগী অনৌবা মতমগী নৌহৌননা মিংকপ থোরকপা মতমদা য়াম্না ঙন্না সাহিত্যকার খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহনা 'ব্রাখল', 'ব্রাখলগী ইচেল' নচিংবগী মতেংনা পুক্লিং-ইথিল অমদি ব্রাখলগী কাঙখুন্দা থারম্বা চারাবু মতম কুইনগী মতুংদা হন্দক নৌনা 'ব্রাখল-নাচোম' ওইনা ময়োন চোংলকপসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা নিবন্ধ হায়বিবা বিধা অসিগী ওইনা ওম্থোক্লা লাইবক ফবা মশক অমা ওইবকপসিনি। নাচোম শেম্লিবা শ্রী ধনঞ্জযবু থাগৎফম থোকই, তবাম্না ওকফম থোকই। মতম শাংনা লৈবক্লবা অহোবা অমা মেনশিন্নবা থৌদাং লৌবকপসি ঐগী ওইনদি নুংঙাইবা পোকই। লম অসিদা মখা তানা খুৎ থাবক্তুনা বিধা অসি হেন্না মপূং ফাহনবদা অইবা অসিনা লৌবক্কদবা থৌদাংদু উনীংবনা ঈশ্বৌ লাংনা ঙাইবি।

ইম্ফাল

তাং ৮/৯/২০০৬ ইং

আই এস কাঙজম

প্রসিদেন্ট

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

# মনুং লমায়শিংদা

# পূক্লিং-ব্বাখল-বুদ্ধি

য়াঙদগী য়াঙবা পূক্লিংনি। য়াঙদগী য়াঙবা, থুবদগী থুবা হৌজিক্কালগী রোকেট, কম্প্যুটর ইমফোর্মেসন টেক্নোলোজি কয়া কয়া মীওইবগী পূক্লিংগী মমাঙদা লোয়না থেঙ্গু ওল্লি। সেকেণ্ড অমগী মনুংদা মীওইবগী পূক্লিংনা স্বর্গ - পাতাল, সৌর-জগৎকী মনুং-মপান্দা মশীং লাকঙমদনা কোয়রুরগা হল্লকপা ঙমই। চৎখিবসু তাক্লমদে, হল্লকপসু খঙহৌদে। মীওইবগী পূক্লিংবু থোঙ লোন্দুনা ফাজিন্দুনা থম্বা য়াবা উপু লৈতে, য়ুম লৈতে, জেল লৈতে। মীওইবগী পূক্লিং-ইন্দ্রীগী ইহুন - শাউবা, নুংশিবা, থৌজাল, ইকাইবা, অরাম-থৌরাংবা, কল্লক-মিহৌবা পূম্নমক মরম লৈনা লাকই অদুগা মরম লৈনা চৎখি। অদুবু পূক্লিং মাদি মরম অমত্তা থিদনা, মানা তৌনিঙবতা তৌই। তৌনিঙবতা তৌবা, চৎনিঙবা মাইকৈদা চৎপা, নিঙনিঙবতা নিঙবা, নিঙতম্বগী থাক পূক্লিংনা মহেল্লি। খলহৈ-খলহৈদবা, অফ-ফত্ত, কান্ন-কান্নদবা, অনকপা-অরাপ্পা করি'মত্তা থিদনা নিঙদুনতা লৈবা পূক্লিংনি। কন্না চাক্লিবা মৈনুংদা চোংশিনখি, লূরবা সমুদ্রগী ঈরোন্নুংদা লূপলুই, থা, থব্বানমিচাক অমদি নুমিৎকী ব্বাংমদসু যৌরুই। শুক্রুবা লোক্লুংদা, তমথীরবা শাশিংগী মরক্তা শান্নরুরি; অতিয়াদা পাইরিবা চেক্লা শঙ্গু মরক্তসু পাইমিন্নরুই। খোইমু-লৈরাংগী কুম্মৈসু য়েংলুই। খ্বায়দগী চাওবা নিংথৌ ওইরুই অদুগা লাইরবা ভিক্ষারীসু ওইরুই অমুক। নুপা-নুপী, অঙাং-অহল ওঙ্খোক ওনশিন শান্নদুনা য়েংজৈ মতোমতা। চঙলুদবা, য়াওরুদবা, ওইরুদবা, ফংলুদবা লৈতে মীওইবগী পূক্লিংনা। মতোমতা শিদোক্তুনা য়েংই অদুগা অমুকনা যুগ লিশিং কয়া পুন্সিদুনা য়েংই। মবুক য়াম্না ফবা সাধু ওইনা লৈ, হিংচা য়াইতম্বসু খঙহৌদনা

ওই। লমহেনবা পূক্লিংবু পুন্ননবা থৌবী, যোৎহ্লিং লৈতে। ৱাবক কনবা, চৈরাক ফবা বুদ্ধিতনা মাবু নাবেং হুত্তুনা ফাব খরমখৈ ঙমই। পূক্লিংবু ৱাবকপনা অতৈ পুম্নমক্তগী লুবা হেল্লি। ইশাগী পূক্লিংবু জয় তৌবা ঙম্লবদি জগৎ পুম্নমক জয় তৌবা ঙম্লে খনবা য়ারে।

মীওইবগী পূক্লিং অমদি ৱাখল অনি অসি শক-চু, লমচৎ-শাজৎ য়াম্না মান্নবা, মচিন-মনাওনি। অনিগী খেন্নবা খায়দোক্লবা লুই। মমা-মপা অমত্তগী য়াম্না মান্নরে হায়রিবা ফাইবোক মচিন-মনাওশিংদগী শরূক চাম্মা হেন্না মান্নৈ। মান্নমন্দুনা কনা কনাগুম্বদি পূক্লিং অমদি ৱাখল অনিসি পোৎশক অমগী মমিং অনি লৈবনি হায়নবসু য়াওবিবনি। পূক্লিংনা অহলনি অদুগা ৱাখলনা পূক্লিংগী মনাওনি হায়বা য়াই। বিচার পুম্নমকসু পূক্লিংদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। পূক্লিংগী মতুং ৱাখলনা তুংইন্নদুনা চৎলি। পূক্লিংগী মতুং ৱাখলনা ইন্দুনা চৎচববসু পূক্লিংগী য়াথং পুম্নমক ৱাখলনা ইন্দুনা চত্তে, করিগুম্বা মতমদা ৱাখলনা পূক্লিংবু মমায় থৈননবা হোৎনবা কয়াসু য়াওই। মরম ইরে লৈতনা হিরম অমদা নত্রগা পোৎশক অমগী মরমদা খঙহৌদনা নিঙলুবদু পূক্লিংনি। নিঙলুরিবা হিরম অদুগী মরমদা অফ-ফত্ত, অৱা-নুংঙায়, ওইবা য়াবা-য়াদবা কয়া খজিক্তং খন্থরুরিবা অদু ৱাখলনি। পূক্লিংদা ঈশিং থক্লিঙবা খঙহৌদনা ফাওরকপা য়াই, নত্রগা মিৎকপ থোক্লকপদা চাক লাম্লমদুনা চাক চানিঙবা য়াই, মসি মীওইবগী ইন্দ্রীদা ফাওরকপা অনিঙবা পূক্লিংনি। মতুংদা ঈশিং থকসিরা? থক্লনুসিরা? চানিংলিবা চাক্তু চাগদরা চারোইদ্রা? হায়না মখা তানা খজিক্তং ৱারেপ লৌবগী থাক্তি য়ৌদ্রিঙৈদা খল্লিবদু ৱাখন্নি। ৱাখলদি ৱাবেপ লৌরক্কদৌরিবা বুদ্ধিগা খরা হেন্না নকশিন্নৈ। পূক্লিংদি অফ-ফত্ত, অচুম-চুমদা খায়দবা নুংদগী ইল্লকপা হকচাংগী ইন্দ্রীগা নকশিন্নৈ। পূক্লিংনা মাঙ থানা নিঙল নিঙলগা হেক হেক চেনথ্রবসু করিগুম্বা হিরম খরদদি ঙাইহাক খন্থনিংদুনা খলহৌই ৱাখলনা।

কবিতা ইবিবা কবি অমদা কল্পনা অমদি ভাব তত্বনা লৈরিবা মফমদু পূক্লিং অমদি ৱাখলনা লৈবনি। 'সমুদ্র'গী মরমদা কবিতা অমা ইগে হায়না অহানবা ফাওরকপা নিংলকপদু কবি অদুগী 'কল্পনা' নি অদুগা সমুদ্রগী মরমদা অসুম

ইথরকপদা সমুদ্রদা জহাজ খরা লাকহনগে, হি মচা খরা থৌহনগে, সমুদ্রগী মথক্তা চেক্লা কয়া পাইহনগে খন্দুনা মথং মথং খন্থরক্লিবা অদু 'ভাবধারা' নি। অসুম্না সমুদ্র অদুদা ঙামী খরনা ঙা ফাবগী হিরমদসু মথং মথং পুথরকপদু ভাব তত্ত্ব ঙাক্তনি। ময়াম পূম্নমক অসিনা কবিগী পূক্লিংগী কল্পনাকী সমুদ্রদু মপূং ফাহল্লি, ফজহল্লিবনি। প্রমান অমরোমদা কনাগুম্বা অমনা পৈশা পায়বা ইনাকখুনবা কনাগুম্বদগী পৈশা পুনিঙলে হায়না খল্লসি। পৈশা পুবা হায়বসিনা অহানবা 'কল্পনা' নি, 'পূক্লিং' নি। অদুগা করি করম্বা ৱাহৈশিং হায়রগা মহাজন্না পৈশা পীরক্কদগে হায়না মথং মথং খন্থরকপদু পৈশা পুবা ফংননবা খল্লকপা ৱাখলশিংনি, ভাবধারানি।

মতৌ অসুম্না 'লৈকোন' নত্রগা 'তাম্না' হায়না মিংথোনবা কবিতা ইগে হায়না পূক্লিংদা ফাওবকপা 'লৈকোন' নত্রগা 'তাম্না' গী কল্পনা অদুগা মবী লৈনবা ওইবা নত্রগা ওইথোকপা য়াবা (ৱাখল) ভাব কয়া লৌখত্তুনা কবিতাদু মপূং ফাহল্লি। মিৎমাঙদা লৈকোন্দু উরিবগুম নত্রগা 'তাম্না' দু হৌজিকমক ইমাঙদা খোংলিবা, খোঞ্জেলদু থুম্না তারিবগুম তৌহল্লিবদু ভাবনা তত্ত্বগী গুন্নি। কবিগী 'কল্পনা' তত্ত্ব অদুগী মথক্তা ফজরবা 'ভাবনা তত্ত্ব' কয়া শাগৎলকপা, লোয়ননা ৱাহৈ, ময়েক, ছন্দ মাত্রা অলংকারনচিংবা কয়া ফজনা লৈশি-লৈথোন্দুনা কবিতা অদু ফজবা কবিতা অমা ওইহল্লিবনি।

চাগে নিঙববু চানিঙবা, থক্কে নিঙলকপবু থক্লিঙবা কৌই। চাগে-থক্কে অমদি অপাম্বা পোত্তু ফংগে, ওইগে নিঙলকপদু পূক্লিংনি। পূক্লিংদি অনিং-অপাম্বা অদুত্দা নিঙবনি, অদুগা ৱাখলদি পূক্লিংনা নিংলিবা চানিং-থক্লিং অমদি ফংনিংলিবদুগী মবমদা চাগদ্রা-চাবোইদ্রা? চাবগা ফগদ্রা-ফরোইদ্রা? থকসিবা-থক্কনুশিবা? থকলগা ফগদ্রা-ফরোইদ্রা? অসিনচিংবা ৱাহং খবা খরা বুদ্ধিদা হংবগা লোয়ননা খল্লিবদু ৱাখলনি।

পূক্লিংদা অনিঙ-অপাম য়াওই, ৱাখলদা নৈনবা ৱাহংগা লোয়নৈ। বুদ্ধিনা অচুম-অরান, অফ-ফত্তগী ৱারেপ লৌই। অদুনা নিঙবনা পূক্লিংনা, খনবা-নৈনবনা ৱাখলনা তৌই অদুবু মখোয়গী ৱাবেপ্তি বুদ্ধিনা লৌই। য়াথং পী। অসুম্না মখোয়গী থবক্লা মখোয়গী মশক লেপ্পা য়াই।

পোকপখক্তা ঙাইহৈরিবা নত্রগা পিক্লিবা অঙাংশিংদা ৱাখল খনবা ঙমদে, অদুবু ইন্দ্রীনা ইল্লকপা, পাল্লকপা চানিঙ-থকনিঙদুনা কপলকই। অফ-ফত্তগা লোয়নরক্কদবা ৱাখল্দি মতম কয়াগী তুংদা খল্লকই। কপ্লবদি চাব-থকপা ফংগনি খন্দুনা অপিকপা অঙাংদুনা কপ্লকপা নত্তে, ইন্দ্রীনা কৌরকপা অরাম-খৌরাংবা, চানিঙ-থক্লিঙবদু খাঙবা ৱাবদগী কপ্লকপনি। মরম অসিনা পূক্লিংনা ৱাখল্দগী হাল্লি হায়বসি অশেংবনি খঙবা য়াই। মপূং ফারবা মীওই অমদদি পূক্লিং অমদি ৱাখলগী খেন্নবা, অহান-অকোন খায়দোক্লবা লুশিল্লকই। য়ানশিন্নখ্রবা ঈশিং অমদি শঙ্গোম্বু তোংঙান খায়দোক্লবগুম থোকই, লূই।

খঙহৌদনা করিগুম্বা হিরম অমদা থাংজিন্দুনা নিঙলুবা ভাব অদু পূক্লিংনি অদুগা মদুগী মরীদা মখা তানা অফ-ফত্ত য়াওনা খজিক্তং খন্থরকপদু ৱাখন্নি। ৱাখনদা অফ-ফত্ত, অচুম-অরান গী মরমদা নৈনবগী শরূক য়াওই। অফ-ফত্ত, অচুম-অরানগী ৱারেপ লৌগদৌরিবা বুদ্ধিগা ৱাখলগা হেন্না নকশিন্নে। শম্না হায়রবদা পূক্লিংদা ৱাখল চঙলকই অদুগা ৱাখলদা বিচার (বুদ্ধি) চঙলকই। বিচারদা ৱাখল অমদি অরেপ্প বুদ্ধি য়াওই। বুদ্ধিনা পূক্লিং অমদি ৱাখলগী মথক্তা বিচারপতি ওইনা লৈ। বুদ্ধিনা পূন্নমকপু হুকুম তৌই। বুদ্ধিদি পূক্লিং ৱাখলগী জর্জনি। চুমই-লাল্লি, ফৈ-ফত্তে, য়ানি-য়াবোই খন্দনা পঙনিঙ নিঙই পূক্লিংনা, ৱাখলদি চুমদ্রিং পঙচৎ চত্তে, মরৈ খজিক খজিক তৌনা খন্দুনা চঙশিল্লি। বুদ্ধিনা পূন্নমক্তু লাল্লি-লান্দে, ফগনি-ফরোই, তৌরো-তৌগনু হায়বগী ৱারেপ লৌরকই, য়াথং তৌরকই। অদুবু মখোয়গী মায়োক্তা বুদ্ধিনা রায় ফজনা তারবসু নিঙলুনু-খল্লুনু য়াদনা শিখাঙ খাঙবসু য়াওদবা নত্তে। অদুনা বুদ্ধিনা পূক্লিংবু লমহেল্লি হায়। ‘মি’ না মীগী তুংইন্দুনা চৎপগুম ৱাখলসু পূক্লিংগী মতুং ইন্দুনা চৎলি। মরম অদুনা পূক্লিংগী অফ-ফত্তগী মমিদু ৱাখলদা তারকই। ফত্রবা পূক্লিংনা অফবা ৱাখল খল্লু য়ারক্তে। অফবা পূক্লিংদা ফত্তবা ৱাখলনা চঙবা ঙমদে। তেঞ্জে শাবা মীনা তেঞ্জেদু শিং তিংননবা শেম্বগুম অশিংবা জ্ঞান্না পূক্লিংবু চুম্না চৎননবা হোৎনৈ।

পূক্লিং, ৱাখল, বুদ্ধি অহুমগী খেন্নবসি ৱাগুম-চৃগুম্না মতাং মতাং নাইবা নত্তে। মীওইবগী জ্ঞান্না শেম্বা, ভাবনা শাবা কাখন্নি। উখোঙদগী মরা, মউ,

মতোন, মশা, কয়া ইশম শম্লনা খায়বগুম্বনি। লীনগী মমৈদগী মকোক য়ৌবদা তাংফম খণ্ডদনা শম্লখিবগুম অমত্তা ওইনা শম্লবা, পক্লবনি। শকউদবা নুংগী স্তান্তনা খায়বা, বুদ্ধিনা য়াৎপা কাখন্নি। অমখক্লা ময়াম শেম্বা, ময়াম্না অমা ওইবা মওংনি। ভাবকী লৈইনা ওমখৈ তাঙ্কক শেম্বনি। পূক্লিংনা নিঙউবা পুম্নমক ব্রাখলনা মুন্না খন্দুনা য়েংদে। ওইবা য়াবা, কান্নবা যাবা খজিক্তং য়াওববদি ব্রাখলনা হন্না হন্না খল্লি। ব্রাখলনা হন্না হন্না খল্লবসু বুদ্ধিনা তোক্লনবা নত্রগা মখা তানা খন্থনবা পাউতাক পী। পূক্লিং ব্রাখলদা বুদ্ধিনা তোক্লবা নত্রগা তৌননবা ওর্ডর তৌরকইবদুগী মায়োক্তা পূক্লিং ব্রাখলনা নিঙদুনতা নত্রগা খন্দুনতা লৈবসু য়াওই। মসি পূক্লিং ব্রাখলনা লমহেনবদগীনি নত্রগা বুদ্ধিগী ব্রারক চেত্তবনি। মীওইবগী বুদ্ধিনা লৌরিবা থৌদাংসি ওম্থোক্লা চাওই। ইমুং-মনুং অমদি সমাজদা লৌরিবা অহল-লমনশিংগী অমদি লুচিংবশিংগী থৌদাং'দুমক মী মশা অদুমক্কী দায়িত্ব বুদ্ধিনা লৌজে।

অযাম্বা জীবশিংনা চৎপদা মবুক্তগী মকোক্লা ব্রাংখৎনা থাঙ্গত্তুনা চৎলি।চৎপদা, ফম্বদা, হকচাংগী শরূক অতৈদগী মকোক্লা ব্রাংখৎলি। মবুক্লা লৈবাক্তা শিত্তুনা চৎপা লীন ফাওবা মকোক থাঙ্গত্তুনা চৎলি। অয়াম্বা মতমদা কোক্লা হকচাংদগী ব্রাংখৎনা থম্বসি মীওইবনা খ্বায়দগী ইহেন হেল্লি। মবম অসিনা অতৈ জীবশিংদগী মীনা খ্বায়দগী হেন্না শিংলিবনি। মীগী মথংদা, অয়াম্বা মতমদা মকোক্লা মথক্তা থাঙ্গত্তুনা চৎপা জীবশিংদি জিমপানজী, হুই, হৌদোং, যোংনচিংবনি। মখোয়সিসু মীগী মথংদা অশিংবা জীব ওইরিবসিসু মখোয়সিনি। অদুনা অয়াম্বা মতমদা কোক্লা মথক্তা থাঙ্গৎলগা লৈবা জীবশিংনা হেন্না শিংব্রা খল্লি। অদুবু শেকপীদি পোত্থাবা, ফম্বা হিপ্পদা উশাদা মকোক্লা লৈমায়রোমদা য়ুংনা য়াম্থদুনা লৈ। মসিদি অপবাদ (নিয়ম ইন্দবা) নি। চুম্না চেম্থগদবা ঈশিংদা উরুক লৈশিন্দুনা লৈবা 'ঈরৈ', নুংশিত্তনা 'নোংলৈ', ধর্ম্মদা 'পাপ', রাজনীতিদা 'অত্যাচর', ব্যাকরন্দ না 'অপবাদ' হায়বদুনি। শেকপীসু জীবশিংগী 'অপবাদ' নি।

ষন, ইরোই, গধা, হামেং, য়াও অসিনচিংবা জীবশিং অসি চৎপা, কুনবা, চাবদা মকোক্কা মবুক্কা ব্রাংবা খেন্নদবা লেভেল অমদা লৈ, অদুনা মখোয়সি অতৈ জীবশিংদগী পঙই। পূক্লিং-ব্রাখলবু ব্রারক্কদৌরিবা থোপকী লৈফমগা, মখোয়গী

মবুক্কা ৱাংবা মান্নবা থাক অমদা লৈবনা ৱারকপা ঙমদবা মাল্লী। নিঙলকপা অদুবু কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রিবসি মসিনা ওইবা য়াই।

মীওইবা ঐখোয়সু পূক্লিং ৱাখলবু অফবা অচুম্বরোমদা মমাই চুম্বা, কন্ট্রোল তৌবা ঙমদ্রবদি শাগুম্বা মী ওই। ইন্দ্রী খুদুম চনবা ঙম্বা মীশক্তি অতাঙবনি। মহাত্মা গান্ধীজীনা হায়রম্মী 'ইন্দ্রী খুদুম চনবদগী হেন্না লুবা অমা লৈতে।' অশেংবনি, ইন্দ্রী খুদুম চনবা হায়বসি খ্বায়দগী লুবা অমদি খ্বায়দগী ফবা থবক্নি। পূক্লিং ৱাখলবু কন্ট্রোল তৌননবা হোৎনদ্রবা মীনা অফবা মীশক খক ওইদে। অথোইবা মীশিংগী মমল য়াম্নবা পাওতাক কয়া কয়া তারবসু ইন্দ্রী, পূক্লিং, ৱাখলবু ৱাবকপা ঙমদ্রবদি পাওতাকশিংদু অরেম্বনি। অফবা ৱা হায়বা লায়বা য়াই, অদুবু মদু থবক্তা ওন্থোকপদি য়াম্না লুই। কবীরদাসনা হায়রম্মী 'কথনী মিঠি খাড়সী, করনী কড়ী বিষকী লোয়' হায়বগী অর্থদি 'ঙাংবদি চিনীগুম্না থুমই অদুবু থবক্তি হমুক খায়' হায়বনি। ঙন্না তুম্বা, ঙন্না য়াহৌবা হকচাং ফবা, লম্লেবা, লৌশিংশিংবা ওই। হায়বা পাওতাকসি চিনফা পুবা খক্তনদি কৈদৌঙেদসু হকচাং ফবা, লম্লেবা, লৌশিং শিংবা মীশক অমা খক ওইরোই। খঙলিবা ৱাফমদু থবক্তা ওন্থোকপতনা অফবা ওই।

নিঙহন্নদ্রবা পূক্লিং, অচেৎপা ফীরেপ, অফবা ৱাখল, নৈনবা ঙম্বা বুদ্ধি, আত্মাবিশ্বাস ৱাংনা লৈবা মীশক্তি পাংশোয় নাইদ্রবা অথোইবা মীনি। অঙাওবা ষনবু অতেব শীজিন্নবা য়াবা ষন ওইহন্নবা নারেং হত্তুনা লাকপগুম্না মীওইবগী লমহেল্লবা পূক্লিং ৱাখলবুসু জ্ঞানগী নারেং হৎপা ফৈ। পূক্লিং ৱাখলগী প্রভাব ঐখোয়গী হকচাংদসু তাই। ঙসি জেলদা ফাদোক তাদুনা অৱাবা খাঙদুনা লৈরিবা মীওইশিং অমদি পুন্সিদা লানঙম ফিরাল থেত্তুনা মিংচৎ উরোং খিল্লম্বশিং পূম্নমক মখোয় মখোয়গী বিচার তৌবিরিবা মীশকশিংদুগী পূক্লিং, ৱাখল, বুদ্ধিদুগী ফলনি। মরম অসিনা অফবা পূক্লিং, অফবতা খনবা ৱাখল, অচুম্বা বিচার নৈনবা ঙম্বা বুদ্ধি লৈহন্নবা কন্না হোৎনরসি।

অশেংবা-অৎবা পূক্লিং, অফবা ৱাখল, অচুম-অবান নিংথিনা নৈনবা ঙম্বা বুদ্ধি লৈবা মীশক্তি মীওইবগী খ্বায়দগী ৱাংবা ফিদা ফংগনি।

# "মালেমদা স্বর্গ"

নুংঙায়বা পূম্নমক্কী তুংনফমনি লৌনৈ, স্বর্গ। স্বর্গদগী হেন্না নুংঙায়বা অতোপ্পা মফম লৈতে থাজনৈ। স্বর্গদি লাইরৈবাক্নি। কনা কনাগুম্বশিংনা তাঙ্গা অমদগী য়াম্না খুদোংচাবা অমদি নুংঙায়বা উরগা নওদি স্বর্গ ফংলেদনা হায়নরিবনি।

মী খুদিংমক নুংঙায়নিঙই। হিংলিঙৈখক্তগী বা নত্তে, হয়েং অশি তুং ফাওবা মীওইবনা নুংঙায়নিঙই। লাই থাজবশিংনা মীওইবগী হকচাংদি শিরবসু থবাইদি শিনাইদে হায়না থাজনৈ। শিরগা থবাইনা স্বর্গদা অবা-অনা লৈতবা লাইরৈবাক্তা লৈনিংবা মী য়ামই। মরৈবাক্কী প্রজাশিংগী য়াইফনবগীদমক মথবাই থাব্রবা মহাক্তি চঙনা স্বর্গ কারবা মীশক্তি খন্নে। স্বর্গদদি অমুক থাবা, অমুক নুংঙায়বা মীওইবগী পথাপ্পি হায়বসি লৈত্রে, নুংঙায়বগী নুংঙায়বা ঙাক্তনি। অথীবা, অবাবা, নুংঙায়তবগী মফম স্বর্গদা লৈতে। মরম অসিনা মী পূম্নমক নুংঙায়দুনতা লৈবা স্বর্গগী নুংঙায়বদু ফঙনিংই।

অসুক য়াম্না নুংঙায়বা স্বর্গগী লৈবাক হায়বসি তশেংনা লৈব্রা? লৈরগনা মফম কদায়দা? কনা কনাদি চত্তুনা থেংনরুবা য়াওরবগে? চৎলুবা থেংনরুবা মীশক লৈতনদি স্বর্গগী লৈবাক্তু য়াম্না নুংঙায়বনি হায়নরিবসিনা কদোমদগীনো? ঙকই। স্বর্গসি লাইবৈপাকনি থাজনরি। শিত্রবগী থবাইনা স্বর্গদা নুঙায়না ঈশ্বরগী খুয়াখাদা লৈরুনবা অচঙবা ময়াম্না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌনবি। ধর্ম্মদা লাইমিং লৌদুনা ঈশ্বরগী নাম শোল্লিবশিংনা নোংমদি ঈশ্বরনা স্বর্গদগী কুম্লক্তুনা ধর্ম্মাত্মাশিংগী থবাইশিংদু লৌবিবখিনি অদুগা মপু মাগী নাক্তা থম্বিরগনি চেৎনা থাজনবি।

শিগ্রবশিংগী আত্মাশিংদু ঈশ্বরগী মনাক্তা নুংঙাযনা স্বর্গদা থম্বিদুনা স্বগগী নুংঙায়বা ফংলুগনি খন্নবি।

হায়রিবা স্বর্গসিবু ঐখোয়না উবিবা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকশিংনা তগুপ-তরেং ঙাল্লিবা শংবান্নবা অতিয়া অসিবা? মিৎনা তশেংনা উবিবা অতিয়াসি নত্তবা থম্মোয়গী মিৎনা উরিবা সৌর-জগৎ ৱাংমদা লৈবা কল্পনাগী স্বর্গ শোযদনা ওইফম থোকই। অশেংবা জগৎ অসিদি অৱা-নুঙায, অইং-অশা, অফ-ফত্ত, খেন্ন-খেন্নরবা গুন অমদি পোৎ অনি অনিনা পূন্না পূন্না তিল্লিবনি।

মীওইবগী মিৎনা উবিবা স্বর্গ অসিদি য়েংবদা য়াম্না ফজববসু নুংঙাযনা ফম-হিপ্পুনা ঙায়হাক্তং পোত্থাদুনা লৈবা য়াবা মফম লৈবদি লাযবদনা চান-থক্লনবা হৈ-রানচিংবা কবিগুম্বা পাম্বী অমত্তসু হৌদে। জীবশিংনা নিংশা স্বব হোনবদা চঙলিবা নুংশিত্তা ওক্সিজেন ফাওবা খবা হেন্না ৱাংলবদি যাওদে, অদুনা জীবশিংনা অৱাংবা অতিয়াদা হিংদুনা লৈবা ঙমদে। লৈসু লৈতে। বোকেত্তো তোংদুনা অহাঙবা অতিয়াদা অমদি থাগী লৈমাযদা য়ৌকবিবশিং অসিসু পৈশা চঙনা থৱাই খুবাক্তা হাপ্পুনা পাইনকৱনি। মদুসু অখন্নবা মীওইশিংগী থৌনা ফবা থবক্লি। ফজবা, নুংঙায়বা যুম্নচিংবা শাদুনা লৈফম অমত্তসু লৈতবা অদুগা চানিঙাই-থক্লিঙাযসু লৈতবা উবিবা স্বর্গ অসিদি কনাসু লৈরুনিঙলোয়, পামসু পাম্নবোই। অদুনদি অৱাৎ-অপা লৈতবা, ফজবা, নুংঙাযবগী নুংঙায়বা ঙাক্তা লৈবা স্বগগী লৈবাক্তি ভাবনা শাবা, কল্পনাগী লৈবাক নত্তনা অতৈ কবিসু ওইবোই।

চহি মিলিয়ন কয়াদগী লৈবক্লিবা নোংমদোন অতিয়াদা মিৎনা উরিবা লংনা ফজরবা নুমিৎ, থা, থৱানমিচাকশিংগী লমদমসি য়াম্না ফজবা, নুংঙায়বা লমদম শোয়দনা ওইরমগনি হায়না মতম অমদা খন্নবম্বা য়াই, খন্নবমগনি। গ্রহ অমদি উপগ্রহশিং অসিগী মবমদা থিজিনবা ঙল্লমদবনিনা হায়বিবা মফমশিং অসি শোয়দনা নুংঙায়বা, ফজবা মফমশিং ঙাক্তা ওইরমগনি হাযনা মীওইবগী পূক্লিংদা খল্লম্বা য়াই। ঙসিসু বৈজ্ঞানিকশিংনা থিজিনবদা খঙলিবসি মচি লেঙদ্রি হায়না লৌবা য়াই। অদুমকপু হুজিক ফাওবগী থিজিনবদগী খঙলিবসি ঐখোয়গী পৃথিবী অসিদগী হেন্না খুদোংচাবা জীবশিংনা লৈবা য়াবা অতোপ্পা মফম অমত্তা

ফংদ্রি। চাননবা চিঞ্জাক, লৈননবা য়ুম, শেৎ-ইন্নবা ফী, অয়াঙবা গাড়ী-এরোপ্লেন, ঈ-পাউগী রেডিয়ো, টি.ভি., কম্প্যুটরনচিংবা মরাং কায়না লৈরবা নুংঙায়রবা মালেম পৃথিবীসি থাদোক্তুনা হৌজিক্কী মীরোন্দি হয়েং অশি তুংদসু স্বর্গদা চৎনিঙ্গনি থাজদে। ঐমকসু শিরগা থৱায়না স্বর্গগী নুংঙায়বা ফংননবা স্বর্গরোমদা চৎনিঙদ্রে। দণ্ডিনা চৎলুবগীদি খঙদ্রে। স্বর্গগী মরমদা থিজিনবা মী লৈরমদবা অদুগা য়েংবদদি য়াম্না ফজবা অসিনা য়াম্না নুংঙায়বা লমদম অমা ওইরমগনি খন্নদুনা স্বর্গদা মীওইবগী পান্দম থম্মখিবা ওইরমগনি। মীরোল কয়া, চহি মিলিয়ন কয়াদগী থম্মরকখিবা স্বর্গগী থাজবদু চহি কুন-কুম্থ্রাসিদা পাক হেক কোকহনবদি য়াখিরোই। তুঙ্গী চারোন-শুরোনশিংদদি স্বর্গদা পান্দম থম্মরক্লোই।

মুন্না খল্লগা হায়রবদি স্বর্গদা থম্লিবা পান্দমসি মীওইবগী থম্মোয় অতিয়ারোমদা থম্বনা অচুম্বা ওইগনি। মীওইবগী থম্মোয়দি অতিয়াদগী হেন্না পাক-চাওই। থম্মোয়গী ঙমখৈ লৈতে। মীয়ামগী থম্মোয়দা ঈশ্বর লৈ, নুংঙায়বা, ফজবা স্বর্গদু লৈ। মীওইবগী যাইফনবা তৌবা মীবু মীওইবগী থম্মোয় অতিয়াদা ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা থম্ববু স্বর্গ কাব নত্রগা স্বর্গগী নুংঙায়বা ফংবনি। মীয়ামদা ঈশ্বর লৈ। মীয়াম্না ঈশ্বরনি। মীয়ামগী শক্তিদি ঈশ্বরগী শক্তিনি। মীওইবগী থম্মোয় জয় তৌবা ঙম্বা মহাক্তু ঈশ্বর ফংলবনি। মীয়াম্না য়ারবদি ঈশ্বরনসু য়ারবনি। মীনা পেল্লগা ঈশ্বরনসু পেনবী। ঈশ্বর অমদি স্বর্গ অনিমক মীওইবগী থম্মোয়দা লৈবনি। স্বর্গগী নুংঙায়বা, ফজবা পূম্নমক মালেমগী মীওইবগী য়াইফনবা তৌবগা ফংগনি। মিৎনা স্বর্গগী অরংবা ফজবতদা য়েংবা, থম্মোয়নদি নুংঙায়বখক্তা পাম্বা, পূক্নিংদা লাইরৈবাক্কী নুংঙায়বখক্তা থিবা অদুগা থবক্তি নোমনিংদবা, মালেমদা লৈমিন্নরিবা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা য়েংথীনবা, হাক্তোক্লবা, অমদা অমনা লান্দাশিনবা অসিনচিংবা ময়ামসিনা স্বর্গ ফংলোয়, ঈশ্বর ফংলোয়। ঙসি ফজরিবা, চাওখৎলিবা লৈবাকশিং অসি ঈশ্বরনা, লাই অমনা থাদরকপা নত্তে, শুব-নোম্বতনা ওইরকলিবনি। লাইবক্তা, লাইদ তাইনবদি শুনিংদবা পাঙদবশিংগী হৌনশানি। ইশাগী নুপাথোকপা থৌনাদা থাজবিয়ু। ঈশ্বরনা লাইবক্তা তম্বা অমা লাক্কনি খন্দুনা খোঙ্গ্রাই শত্তনা খক লৈথোকপিগনু। শুদি শুনিংদনা কমদৌনা মীঙোন্দগী

মীথোই-মীহেনবা নত্রগা মীমান্নবা ঙমগনি। মীওইবগী শুব-নোম্বতনা ঙসিগী চাওখৎলবা সমাজ অসি ওইরক্লিবনি। কর্ম্মনা অথোইবনি। ইশা ইশাগী ওইজবা খজিক্তংবু ফংগনি হায়রবদি লৈবাক মাঙ্গে মাঙজসনু খনবা ঐখোয়না কৈদৌনুঙদা স্বৰ্গগী নুংঙায়বা ফংলোয়। মঙলানগী, ভাবকী দলান শাবা তোক্তুনা মশীঙ লাকঙমদ্রবা মীওইবা সমাজগী মরক্তা অমগা অমগা নুংশিনবা, ঐখোয় মশেল তেংবাঙনবা, শান্তি, চাওখৎপা, নুংঙায়বা পুরক্লবতদা স্বৰ্গ ফংবা হায়বদু ওইগনি।

শিরগা থব্রাইনা স্বৰ্গগী নুংঙায়বা ফংগনি খনবগী মহুত্তা মালেমসিমক্তা হিংলিঙৈসিদা চঙনা স্বৰ্গ ফংলসি। মালেমগী মীওইবগী য়াইফনবা অচুম্বা, অফবা, কান্নবা, শান্তি, চাওখৎপা পুরক্লবা অরোইবা পৃংজা ফাওবা হোৎনরসি। কল্পনাগী স্বৰ্গ নত্তবা মালেমসিদা অশেংবা স্বৰ্গদু শোয়দনা ফংগনি। মালেম পৃথিবী অসিদগী হেনবা অতৈ স্বৰ্গ অমা লৈতে। ঐখোয়গী পূক্লিং, ঐখোয়গী রাখল-মিৎয়েং, ঐখোয়গী পান্দম পূম্নমক মীওইবা সমাজদা, মালেমসিদা থম্নসি। ঐখোয়গী থবক্না মালেমসি স্বৰ্গ ওহ্নোক্লসি।

# লমচৎ

মীওইবনা মশাগী পূক্নিং-ৱাখল-বুদ্ধি অমদি আত্মাগী অনিং-অপাম অমদি হৈনবীগী তুংইন্না তৌবিবা থবক্না লমচৎ শেম্মী। পূক্নিং ৱাখলগী মমি তৌবিবা থবক্তা তাই। পূক্নিং-ৱাখলনা মায়গে অমরোমদা খনবা অদুগা মদুগী ওন্ন-তৈনবদা থবক তৌবদা ইশাগী আত্মানা পেন্দে, য়ানিংদে।

কবিগুরুনা শক্তি অমনা মরম ওইবগা যানিংদনা থবক অমা কিবদগী তৌববদি, থবক অদু মী অদুনা তৌবনি হায়না লৌব চুমদে, মদুদি অকিবনা নমদুনা তৌহনবনি। মীওইবগী লমচত্তি অদুগুম্বা থবক অদুদা মমি তাদে। মী মশানা তোয়না তৌজবদগী হৈনবী ওইনা চুশিল্লবা থবকশিংনা লমচৎ ওইবকই। তোয়না হৈনবী ওইনা তৌরিবা থবকশিংগী মনুংদা লমচৎ চেন্নে, অদুনা মীনা মপান্দা লৈরগা লমচৎনা নুংদা লোত্তুনা য়াওই।

মীওইবনা ইতত্তনা নিংলি-পাল্লিবা, খল্লিবা ৱাখল, তৌবিবা থবকশিং অদুগী মমিদু মহাক্কী মায়থোং, মিৎয়েং-নায়েং, শাজৎ-খোঙথাং, ৱাঙাং-শঙাং, মওং-মতৌনা ফোংদোরকই। মহাক্না ফনা কন্না লোৎশিন্নবা হোৎনরবসু পূম্নমক্না খঙই। অদুনা ইংরাজীগী পাউরৌদা "ফেস ইজ দি ইন্দেক্স ওফ মাইন্দ" মায়থোংনা মিংশেল ওইদুনা মী অদুগী অনিং-অপাম্বদু হায়বদি মীগী লমচৎ খঙই হায়বনি।

তশেংবনি, চুম্না মীশক অমা হেক উবদা মহাক্কী নুংদা লোত্তুনা য়াওরিবা লমচৎ অদুসু ইঙান ঙান্না উবা ঙম্নে। য়াম্না জ্ঞান লৈরবা মীশিংনদি ঐনা করি পান্নি? করি খল্লি? লোয়না খঙই। ঐগী লমচত্তি অদুনি অদানি হায়দুনা লাওদুনা

হায়রুবগী, শক্তাক্লুবগী থোইদোকপা দবকাব ওইদে। মীয়ামদি উবগা হান্ননা খঙদোকখ্রবনি। ঐগী মায়থোংনা, ঐগী শাজৎনা, ঐগী মিৎয়েংনা, ঐগী তৌরিবা হৈনবীনা মীয়ামদা লোয়না ইফোং ফোংনা হায়দোকখ্রবনি। অদুননি ঐনা ইশাবু অফবা মীশক্লি হায়না ফন য়াম্না থাগত্তুনা ঙাংজরবসু মীয়াম্না ইবা লৌবিদ্রিবা। ঐনা ঙাংলিবশিংদু ওইদবনি হায়বা মীয়াম্না হান্ননা খঙখ্রবনি। অদুনা লমচৎ হায়বসি মীওইবগী নূংদা চেন্নবা অরোৎপা পোৎশক ওইজরবসু মৈগী অকোয়বদা মৈশানা শন্দোকপগুম ঐগী অকোয়বদা লৈরিবা মীয়ামদা লমচৎকী মষেক-মঙাল পীথোকখি। মীগী নূংদা য়াওরিবা লমচত্তু লোৎশিনগে হোৎনরবসু লোৎপা খক য়াদে।

থবক্তি তৌনিঙবা অমা তৌবা য়াই, থবক অদু তৌবগী মনুংদা অফ-ফত্ত লমচৎনা ইন্নদুনা লাকই। থবক্তি অফবা ওইজববসু তৌরিবা মী অদুনা লমচৎ ফৎত্রবদি অফবা থবক তৌন তৌনা ফত্তবা লমচৎ য়েক্লকই। ফত্তবা থবক তৌরিঙৈ মনুংদসু অশেংবা অফবা লমচৎকী মমি তাবা থেংনব য়াই। হুবানবা হায়বা ফৎখিদ্রবা থবক্কী মনুংদসু ফজবা লমচৎ উরকপা, থেংনবা ওইথোক্তবা নত্তে। মতাং অসিদা "অঙকপা হুরানবা" হায়বা ৱারীমচা অমগী মতেক খজিক্তং পনবদা মতাং চায় খল্লি। ৱারী অদুদি:-

কাশ্মীরগী নিংথৌদা হুরানবা অমনা নাপন তৌনা ঙসি নুমিদাং নংগী কোনুংদা ঐহাক হুবানবা লাক্কনি চেকশিন্না ঙাকচবম্মু হায়বগী পাউ থারক্লম্মী। নিংথৌনা কোনুংগী শন্ত্রী অমদি সিপাহিশিং লোয়না ছুত্তি থাদোক্তুনা ময়ুম ময়ুমদা হলহনখ্রে। নিংথৌনা নুমিদাংদুদা হুরানবদু ফাগে খন্দুনা মতোমতা হুরানবগী ফিজেত্তা লুমদুনা লম্বীদা লৈরম্মী। হুরানবদু লাকপা উরদুনা নিংথৌনা লোল্লপ্না লাউরগা হায়রম্মী -" কনানো? অদোমসু ঐগুম্না হুরানবা ওইরবদি ঐখোয় অনি পুন্না হুরানমিন্নসি। ঐহাক লম অসিগী পৈশা পায়বশিংগী য়ুম লোয়না খঙই" হায়রুই। হুরানবদুসু য়ারদুনা হুরানবা চৎমিন্নে। খরা চৎলগা নিংথৌদুনা- "য়ুম অসি য়াম্না ইনাক খুনবা অমগী য়ুমনি। নহাক চঙলগা হুরাল্লু ঐদি মপান্দা মী য়েংদুনা লৈহৌগে" হায়রম্মী। হুরানবা অদু চঙখ্রগা থুনা থোরক্লম্মী অদুগা

নিংথৌদা হায়রকই-" চৎলসি মফম অসিদগী হুরানবা য়াদ্রে। মরমদি অমম্বা কা মনুংদা থুম হাপ্পা বোড়াখাও ময়াম পৈরম্মী। ঐদি চিদাম মিশ্রী ওইরবোই নিঙদুনা খজিক্তং কোৎলগা য়াদা হু কচিল্লুরে অদুগদি থুম ওইবল্লে। মীগী মরল-মথুম চারুবা মীদুগী পোৎ হুরানবা হৌনদে"। নিংথৌনা মথংদা লুপ্রাবী ইনাকখুনবী অমগী য়ুমদা হুরাল্লুনবা হুরানবদু থাজিনখি। মদুদসু থুনা থোরক্লগা হুরানবদুনা হায়রে - "চৎলসি মফম অসিদগীসু হুরানবা য়াদ্রে। মরমদি ঐনা হেক চঙখিবগা লুপ্রাবীদুনা মমঙ-মহাওই করিওই ঐঙোন্দা "কনানো তামোরা? হায়না কৌরকই। মানা ঐঙোন্দা তামো হায়রবনিনা মহাক ঐগী ইচন থোক্লে। মচলগী পোৎ মবুংনা হুবা হৌনদে। অয়াওবা খরদংদুম পীরম্বা চুমই খন্দুনা মাগী মোন মখাদা ঐগী সনাগী খুদোপ অদুদুম থম্বিরল্লে" হায়রে। মথংদা কোনুংদগী সনাগী চফু মরী লৈফম তাক্তুনা নিংথৌনা মাহাকপু হুরালহল্লে। নিংথৌদা চফু অনি পীরগা হুরানবদুনা হায়রকই - 'সে, অনিনা নংগী শরূক অদুগা অনিনা ঐগীনি' চপ মান্ননা য়েন্নরম্মি। নিংথৌনা ঐদি কোনুং চঙবসু য়াওদে, নংনা লোয়না ওইরো ঐদি থুংজরোই" হায়বদা হুরানবদুনা -" য়াদে য়াদে! ঐখোয় অনি চৎমিন্নবনি। চপ চপ মান্ননা য়েন্নগনি। অনিনা নংগী, অদুগা অনিনা ঐগী।" হায়দুনা শিখাঙ খাঙখি।

মথক্কী ৱারীসিদা হুরানবা হায়বা ফত্রবা থবক অসি তৌবগী মনুংদা হুরানবা অদুদা ফজবা মীওইবগী লমচৎসু য়াওবি। পুকচেল ফজরবা, মীগী মরল মথুম চারুরগা হঞ্জিন্দুনা মাঙননবা তৌবদি মীওইবগী হৌন-লমচৎ নত্তে। মরী-মতাবু মশক খঙবা, ফংলকপা পোৎপু থবকতু তৌমিন্নবা মরূপকা মান্ননা ফংমিন্নবা হায়বা ওইজবা খক্তা খন্দবা ফজবা লমচৎ কয়া য়াওরি। হুরানবা হায়বা ফজখিদ্রবা থবক অসি তৌনা তৌনা পুকচেল শেংবা, হৌন-লোনচৎ খঙবা, মরূপ কাওদবা ফজবা লমচৎ কয়া য়েকলি।

লৈবাক্কী চাওখৎ থৌরাং পায়খৎপা অফবা থবক তৌরিঙৈদা, শেল খপহৌনবা, ওইজবা লৌহৌনবা হোৎনবা, ৱানোম শেল ফংদ্রিবমখৈ তৌদবা অচৌ-অশাংশিংগী থবকশিংদা ফত্তবা লমচৎকী মমি চাওনা চাওনা তাবা য়াওরিবনি।

গাড়ী এক্সিডেন্ট থোক্তুনা লোকখাদা তাদুনা লৈরিবা মীয়ামগী মতেং পাঙবা, কনবিবা থোইদোক্লা তৌফম থোকপা অমদি থৌজালহৈবা থবকনি। অদুবু শিরূম-নারুম শোক্লবা অমদি অশিবশিংগী মশাদা য়াওরম্বা শেল-থুম, সনা লিককোলশিং খঙলরোই অমদি করিসু হায়রকপা ঙন্নরোয় হায়দুনা লৌথোক্তুনা লোন্না ফিগাওদা হাপচিনবদি তৌহৈদবা, হুরানবা, পাপকী থবক্নি। তৌরিবা লমচৎতু মীনুংশি খঙদবা লুট তৌবা, হুরানবগী মচৎনি। তৌরিবা মশাগী আত্মাবু মীনম্বনি। অশোন-অনাশিংগী তেংবাঙবা হায়বা ফজরবা থবক্তা মোৎলবা লমচৎনা থবক তৌরুবনি।

হায়নবা লৈ- পৈশা মাঙবা করিসু নত্তে, হকচাং মাঙলবা খবদি মাঙলে, লমচৎ মাঙলবদি পূম্নমক মাঙলবনি । অদুনা খ্বায়দগী লুমনা খনগদবসি লমচৎনি। পৈশা মাঙখিবা অমুক কন্না শু-নোন্নগা ফংলকপা য়াই, হকচাং মাঙবসু নিংথিনা হকচাং শাজেল তৌবগা, অফবা চিঞ্জাক চাবগা, লায়েঙলগা ফরকপা য়াই। অদুবু লমচৎ মাঙলবদি অমুকহন্না মেনখৎপা লুনা থোকই।

অফবা থবকপু মী খুদিংমক্লা তৌনিঙই। অদুবু চপ মান্নবা অফবা থবক অমা তৌবদা চপ মান্ননা অফবা মিংচৎ, ইজ্জৎ, থাজবা মীয়ামদগী ফংদে। পুকচেল শেংবা, অফবা খনবা, ওইজবা থাদোকপা, হোৎনবা কনবা, বুদ্ধি লৈবা মীশিংনা তৌরগা তৌকরিবা থবক অদুনা অমুক্তা হেন্না মহাকপু থাগৎনৈ, শোন্নৈ। অফবা থবক অদুমক মপুকশেংদবা, মশাগী ওইজথিবা, লৌশিং ৰাৎপা মী অমনা তৌবগা থবক অদুমক্লা মহাকপু লৈখাদা চিংথৈ।

ফনা ফবা থবকসু তৌজশনু, ফনা য়াম্না শিংবসু ওইজশনু লমচৎ ফত্তবা মীদি অরেম্বনি। তৌজরুবা থবক, শিংলুবা লৌশিং পূম্নমক উত্তা ঘী হৈজিনবগুম থোক্কনি। অফবা খনবা, পুকচেল শেংবা, অচুম্বা পাম্বা মীবু মীনা থাজে।

ইশাগী থবক্তা, ঐনা অনিঙবা অপাম্বগী মতুংইন্না তৌজবদা লমচৎ-ফজবা ফজদবগী মমি চাওনা তাদে। কনাগুম্বা অমনা তৌরুবা থবক অদুগা অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগা নত্রগা সমাজগা মরী হেক লৈনরকপদা মীদুগী ফবা নত্রগা ফত্তবা লমচৎকী মমি শেংনা উরকই। থবক অমা তৌবদা হৈনিঙদনা খক তৌবীগনু। মদুদগী হেন্না লৈখা তাগদবা লমচৎ লৈতবনি।

মীওইবগী লমচত্তি তোয়না তৌবা হৈনবী কয়াদগী শেন্নকপনি। মতম পূন্নমক্তা অফবা থবক ঙাক্তা তৌরগা অফবা লমচৎ চৎপা, অফবা মী ওই। অদুগা ফত্তবা থবক কয়াদা হৈনবী ওইদুনা লুপ্তুনা লৈরবা মীগী লমচত্তি অফবা খক ওইদে। হায়নবা লৈ মদুদি কনাগুম্বা মীশক অমগী লমচৎ য়েংগে নত্রগা খঙগে হায়রবদি মী অদুনা অহাঙবা (অশংবা) মতমদা লেল্লিবা মওংদুনা তাকই। ঙায়হক্তং শংবা মতমদা লাইরিক পাদুনা নত্রগা হকচাং শাজেল তৌদুনা লেনব্রা? নত্রগা স্বার শান্নদুনা নত্রগা নিশা চাদুনা, কোয়দুনা লেনব্রা? মহাক্না লেজর টাইম (অহাঙবা মতম) দা লেল্লিবা মওংদু য়েংলগা মহাক অফবা মীনি নত্রগা ফত্তবা মীশক্নি হায়বা লায়না খঙই। ওঝা অমবু স্কুলদা লাইরিক তাকপিরিঙৈদা, লৌমী অমবু মহাক্না লৌ শুরিঙৈদা ফৈ-ফত্তে খঙদ্রবসু মখোয়না পোত্থাদুনা লেল্লকপা মতমদদি মখোয়গী হৈনবীশিংদুনা অফ-ফত্ত ফোঙদোকরকই।

হৈনবীশিংনা মক্কওইনা মীওইবগী লমচৎ ওই। মরম অসিনা মমা-মপা ওইবশিংনা মচা-মশুশিংবু ফত্তবা থবকশিংদা হৈনখিদনবা কন্না হোৎনবা তংঙায়ফদে। থেঙনা য়াহৌবা, স্বার শান্নবা, নিশা চাবা, অরেম্বদা মতম মাঙহনবা, তনবা, শুনিঙদবা, মীগী মপোৎ হুবানবনচিংবা ফত্তবা থবকশিংদা হৈনবী ওইখিদনবা হোৎনবা চুমই।

মীওইবদি ফত্তবা থবকশিংদা মিৎকুপ অমদা চুশিল্লি অদুগা অফবা থবকশিংদদি চামবক খল্লবসু খক তৌরুদে। ঈচেলগী তুংইন্ননা ঈরোইবা লায়বগুম ফত্তবা থবক্তা লায়না থুনা ৱাইশিল্লি অদুগা ঈচেন্দা হঙ্গৎনা ঈরোইবা ৱাবগুম অফবা থবক্তদি পাম্ন পাম্ন পাক তৌঙমদে।

অহাঙবা মফমবু থুনা মেনশিনবদি প্রকৃতিগী নীয়মনি। করিগুম্বা কোম অমা তৌথোক্লুরবদি কোমনুংগী অহাঙবা মফম অদু নুংশিৎ নত্রগা ঈশিংনা শোয়দনা খুদক্তা ফুনজিনখিনি। খবা কুইববা তুংদদি থুনাম-লাংলৈ, ফত্ত-হৌদি অমদি লৈখোম লৈনাং কয়ানসু তপ্না তপ্না ফুল্লক্কনি। মীওইবা ঐখোয়গী পূক্লিং-ৱাখলসু ইহাঙ-হাঙনা থন্নবদি ফত্তবা ৱাখল কয়ানা থল্লক্কনি। মরম অসিনা মতম লৈবখিবিক্তা পূক্লিংসি মীনুংশি, পুকচেল শেংবা, থৌনা ফবা, থৌজালহৈবা

শেমগৎ-শাগৎপা, চাওখৎপা, অসিনচিংবা য়াইফ ব্রাখলশিংনা থলহন্দুনা থম্বা তাই। অফবা ব্রাখলশিংনা থন্না লৈরিবা পূক্লিং অদুদা হুরানবা, তুক্কচ্চবা, য়েংথিবা, অশাউবা, কল্লকপা, ওইজনামনচিংবা ফত্তবা ব্রাখলশিংনা লায়না চঙলকপা ঙম্লোয়। যোগী ঋষিশিংগী থম্মোয়দা, পূক্লিংদা মতমচুপ্পদা অফবা ব্রাখল ঙাক্তনা থন্দুনা লৈবনা অশাউবা, তুক্কচ্চবা, নুংশিহৈতবা, কল্লকপা, তমথীবনচিংবা ফত্তবা ব্রাখল অমত্তা লৈত্রিবনি। মতম কুইনা-শাংনা অফবা ব্রাখলশিং ঙাক্তা থন্দুনা লৈপ্রবা মীশক অমদা ফত্তবা ব্রাখলশিংগী লৈফম লৈরক্লোয়।

অফবা ব্রাখল খনবা, ফজবা পূকচেল চেনবা মীনা তৌথোরকপা থবকশিংসু অফবা ওইবা মহৌশানি। উথক্তা পাল্লিবা অমুনবা উহৈ হেক্লিংলগা খুৎশু উথক্তা লামখৎপগুম পূক্লিং-ব্রাখলগী মতুংইন্না থবক তৌই। পূক্লিং-ব্রাখলগী মমি মী অদুগী থবক্তা তাই। ব্রাখলগী মতুংইন্না ব্রা ঙাংথোরকই, থবক তৌরকই মদুনা মী অদুগী লমচৎ ওইরকই।

মতম পূম্নমক্তা ইমুং-মনুং খক্তগী খনবা পুকচেল পিকপা মী অমনা সমাজগী য়াইফনবা থবক য়াম্না খংতৌ তৌরকপা ওইথোক্কে। ঐগুম্বা কয়ানা সমাজ ওইরিবনি। সমাজগী মনুংদা ঐসু য়াওরিবনি। মী পূম্নমক সমাজগা তৎন-থান য়াদবা মরী লৈনরিবনি। মরম অসিনা ঐখোয়গী পূক্লিং-ব্রাখলশিংসু সমাজদগী খক থাপতোকপা য়াদে। তৌরকপা থবক খুদিংসু সমাজগা মরী শোয়দনা লৈনৈ। মীওইবগী অফ-ফত্ত লমচৎ খুদিংগী মমিসু সমাজদা শোয়দনা তাই। অফবা লমচৎকী মমিনা সমাজদা ফনা অদুগা ফত্তবা লমচৎকী মমিনা ফত্তনা তারে। চাক চাক্রিং অমনা চেং চেংকোক অমা মাংথোকপগুম ঐ অমগী ফত্তবা লমচৎনা সমাজবু লৈখাদা চিংথহনবা চুমদে। ঐগী অফবা ব্রাখলনা, ঐগী থবক্না, ঐগী লমচৎনা সমাজবু ঙমজবা থাক অমত্তসু থাংঙৎলমগে খন্নরসি।

# ‘থবক’

মীওইবনা মশাগী অমদি সমাজগী য়াইফ মঙ্গলগীদমক পান্দম অমা ফংগে খন্না শু-নোম্ববু থবক কৌই। তুঙ্গী য়াইফ ৱাখল য়াওদনা তৌরবদি থবক থানদে। নুংগী ইন্দ্রীনা ইল্লকপা অরাম-খৌবাংবনা তৌহল্লকপা চাব,থকপা, ঈশৈ শকপা নোকপা, কপ্পনচিংবা তৌবিবসি থবক নত্তে। মসিদি ইন্দ্রীগী ওইবা হৌনশা মচৎনি। কনাগুম্বা মী অমবু ফুবা, হাৎপা-তুপ্পা অমদি মযুম মৈ থাবনচিংবা তৌবা থবক নত্তে। মসিদি নুংগী ইন্দ্রীদগী হৌবকপা অশাউবনা তৌহল্লকপা মাঙননবগী মশক্নি। হোবেন-হযেংগী তুঙ্গী যাইফগনি খন্না কান্নবা শুবদু থবক্নি।

তুঙ্গী যাইফনবা খনবা জীবদি মীওইবখক্তা ওইবনা থবক শুবা জীবসু ঐখোয মীওইবখক্তনি। শা-ষণশিংনা লৌ খোই, গাডী চিংই, শাগোলনা, গধানা, লোলানা পোৎ হোল্লি হায়দুনা মখোযসু থবক শুই হায়বা য়াদে। শুরিবা, তৌরিবা থবক অদু মখোয়গী অনিঙ অপাম্বগী মতুংইন্না তৌবা নত্তে। মদু মীনা ইন্দুনা তৌহনবনি। মী য়াওদনা শা-ষণ অমত্তনা মশা মশানা খঙনা পাম্না থবক তৌবা য়াওদে। মীওইবনা মাগী অপাম্বগী মতুংইন্না মখোয়বু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নবনি। মখোয়দি মীগী খুৎলাইনি। ককচেং অমদি হযিংখোইশিংদি থবক শুব-নোম্বা কনবা জীবনি হায়না সাধারন প্রজাশিংনা হায়নৈ। অদুবু মুন্না খন্থদুনা য়েংলবদি মখোয়না তৌরিবসি থবক শুবনি হায়না লৌবা য়াদে। মখোয়না মহুম শাবা, মচিঞ্জাক থিবা অমদি চিঞ্জাক পৈশিনবনচিংবা তৌই। মখোয়গী পোকপদা লোয়নরকপা নূংগী ইন্দ্রীনা ইল্লক্নুা তৌজবা মহৌশা মচৎনি। মীওইবনা লৈকুৎ-লৈরাইদা লৈরিঙৈ, যুম শাবা লৈত্রিঙৈদগী মখোয়গী হৌনশা মচৎ অসি তৌদুনা লৈরম্লবনি। চহি লিশিং

কয়াগী মমাঙদগী ঙসি ফাওবদা অহোংবা, অওনবা অমত্তা য়াওদনা তৌদুনা লাক্লি অদুগা চহি লিশিং কয়াগী তুংদসু মখোয়গী মচৎ অসি হোংবা লৈরোই। মখোয়দি ইন্দ্রীনা ইল্লকপা অদুখক্তা তৌজবনি। মীওইবসু হেক পোকপদগী শিবা ফাওবা চানিঙ-থক্লিঙবা ফাওরকই মদুগী মতুংইন্না চারি-থক্লি। মসি থবক নত্তে। মীওইবনা চানিঙলগা চাবা, থক্লিঙলগা থকপা, তুম্নিঙলগা তুম্বা অসিনচিংবা ইন্দ্রীগী মখা পোন্না তৌরিবা মওং অসি চহি লিশিং লাখ কয়াগী তুংদসু তৌখিনি। অদুবু মদু থবক্লি হায়রোই।

তুঙ্গী য়াইফ-ব্রাখলগা লোয়ননা তৌরিবদু থবক্লি হায়জখ্রে। তুংগী য়াইফনি-য়াইফরোই, ফগনি-ফরোই, অসুম তৌবদগীদি অদুম হায়না তৌবনা হেন্না ফগনি, খন্দুনা খরা শেমদোক-শেমজিন হেক তৌরিবা জীবশিং অমদি মখোয়না তৌরিবা থবক অদু 'থবক শুবা' কৌবা য়াই। ককচেংনা, হয়িংখোইনা, শা-ষণশিংনা তৌরিবা অসিদি মীনা মপুক লাল্লগা চাবা, থৌরাংলগা ঈশিং থিদুনা থকপগা চপ মানৈ। ইনষ্টিংকনা ইন্দুনা তৌবনি। শেমদোক-শেমজিন, হোংদোক-হোংজিন তৌদে। কবিগুম্বা ষণ-ইরোইশিংনা অচৌ-অচৌবা লৌবী ফুক্কাযবা, মচীনা লৈবাক হোগায়বা কয়া তৌই। মদু থবক নত্তে। অদুগা শোনখ্রবা কনাগুম্বা নুপা অমনা য়োৎপাক পায়দুনা তেঙলৈ মচা খবা ফুক্লবা নত্রগা তৌববদি মদু থবক্লি। মবমদি ষণ-ইবোইশিংদুনা মচী ফেংবদা অচৌ-অচৌবা হাক্ক কয়া ফুকই হাযদুনা 'এ: ষণ অসি থবক য়াম্না ফৈদা' হায়নদে। মরমদি মাগীদু মমান্নবগা থেংননিঙবগী, ব্রাইননিঙবগী নুঙগী ইন্দ্রীনা ইল্লক্তুনা হৌনশা ওইনা তৌজবা শাবমচৎনি। অদুগা ঙসাইগী শোল্লবা নুপা অদুনা য়োৎপাক্কা লৈবাক খজিক্তংদা ওইরবসু তৌথোকলিবদু ফৌ, হব্রাই-চেংব্রাই, মনামশিং খরা থারগা কান্নগনি খন্না তৌজরিবা থবক্লি। তুঙ্গী খন্না য়াইফগনি নিঙবা থবক্লি।

কয়ামুক কন্না নোমজরবসু, পৈশা য়াম্না থাধরবসু থবক অদু য়াইফবা ওইদ্রবদি থবক্লি হায়না শিংথানরোই। মদুনা সমাজগী মাঙন-তাক্লবা ওইরবদি থবক নত্তে, পাপ তৌবনি। মী হাৎননবা বোম পোকখায়হনবা, নোংমৈ কাপ্পা থবক নত্তে। লম্বী শেম্নবা বোম্না চীঙ কাপখায়বা কান্নরবা থবক্লি। সিপাহীনা নহারোল কাপ্তুনা হাৎপা, নহারোলনা সিপাহী হাৎপা থবক নত্তে, লান তৌনবনি।

মীওইবগী শু-নোম্বা হায়বসিদা তুংগী য়াইফ ৱাখলগা ইরোইনরিবনি। অদুগুম্বা থবকশিং অদুনা সমাজ অসি চাওখৎপগী থাক্তা ৱাংনা থাঙ্গৎলিবনি। থবক্না সমাজ অসি নুংঙায়হল্লিবনি। থবক্না মীবু মীওইবা ওইহল্লিবনি। নোম্ব-লিকপগী থবক অসিনা মীবু শাশিংদগী খায়দোকহল্লিবনি। থবক্না মীবু শাদগী মীগী থাক্তা কাহল্লিবনি। মী খুদিংমক মীওইবা নত্তে, সমাজগী য়ায়ফনবা খনবা, তৌবা, হোৎনবা মী খক্তনা মীওইবগী ৱাংলবা আসন অসিদা কাখৎপা ঙম্লিবনি। মী মরক্তা শা ওইবা মী য়াম্না য়াওরি। শাদগীসু হেন্না হন্থবা মীসু লৈতবা নত্তে। চুম্নগী মীওইবা খুন্নাইগী যাইফনবা নিঙবা, খনবা, য়েংবা, থাজবা খক্তনদি থবক ওইদে, মদুদি থবক্কী মবী থিবনি। থাজবা, নিঙবা, খনবনা করিগুম্বা পোৎশক মচা অমা ফাওবা শাদুনা, শেমদুনা পুথোকপা ওইথোক্তে। থবক্তি মীওইবগী খুৎ খক্তনা শু-নোম্লগা পুথোকপা ঙমই। মবম অসিনা মীবু মীওইবগী থাক্তা থাঙ্গৎলক্লিবা শক্তি অসিমক মীওইবগী খুৎ অসিননি। মীওইবগী খুৎনা শুদুনা পুথোক্লিবা পোৎশিং অসি খাযদোকখ্রবদি মালেমসি লৈতেম মান্নববা লৈমায়খক নত্তনা করিসু লেমহৌবোই। অদুনা থবক্কা খুৎকা খাযদোক্লবা যাদে। মহৌশা প্রকৃতিনা পীবকপা পোৎশিং ফাওবা মীওইবগী খুৎনা হেকপা, শেম-শাবগা শীজিন্নবা য়াবা পোৎ ওইরিবনি। খুৎ য়াওদনা পোৎ পূন্নমক যাদা মতোমতা খক চঙলক্তে। থবক শুবদগী ঐখোয়না লৌশিং জ্ঞান কযা ফংই। অচৌবা, অফবা মী ওইরক্লবগী থোইদোকপা গুনশু থবক শুবদগী ফংলিবনি। খনবা, যেংবা, লৌশিং পূন্নমক থবক অদুগী (হায়বদি) খুৎকী মতেং ওইজবতনি। উ যানবা, খাযবগী শীঙচঙ হোবাইনা মতেং ওইজবনি তশেংনা যাল্লিবা, খায়বিবদি মীওইবগী খুৎনি। মেছীন-ইঞ্জিনশিংনা শুরিবা থবক অসিসু মীওইবগী খুৎ যাওদনা শুদে। ওফিসতদা ফমদুনা লৈরিবা ওফিসারশিং অসিসু থবক শুদে, মখোয়দি মখাগী কর্ম্মচারীশিংদা থবক্তু তৌননবা পাউতাক পীদুনা লৈবা থবক্কী পোবম য়াৎপনি। পাউতাক পীবা কাঙবুনি। সিপাহীশিংনা নোংমৈ পাযদুনা য়েক্লবনা ইবৈবাক্তা লান্দারকপদা ঙাকথোক্লবা থবক তৌই হায়না লৌরবসু য়েক্লবদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা য়েক্লবদু হাৎলুবমক্তি থবক নত্তে, মী হাৎপনি। পাপকী থবক্লি। য়েক্লবনা তৌরক্কদবা, তৌরকপা য়াবা অকিবা থৌওংদুনা ইনশিন্দুনা তৌহল্লকপা আইন্নদি য়াবা অচৌবা শাথীববা পাপকী থবক্লি। লৈবাক

চাওখৎনবা, শেম-শাবা, শুব-নোম্বা, লৈবাক অমনা লৈবাক অমদা নুংঙায় য়াইফনবা মতেং পাংবা কান্নরবা থবক্তি। বম-তোপ, মীশাইল অমদি নোংমৈ কাপশিন্দুনা মী হাৎননবা য়াম্না কন্না হোৎনজরবসু থবক নত্তে, লান্নি। আমেরিকানা বম য়াম্না হৈথদুনা, মীশাইল য়াম্না কাপশিন্দুনা ইরাক্কী প্রজা ময়াম হাৎখিবা, ভিয়েতনামগী প্রজাশিং হাৎখিবা অমদি য়ুম-কৈ দলান কয়া কয়া থুগায়খিবদু অদোম্না আমেরিকাসি থবক য়াম্না ফৈ, কল্লি হায়নিঙ্ব্রা? হায়ফম থোক্তে, মদুদি অচৌবা লানগী হিংসা তৌবনি। পৃথিবীগী অহানবা অমদি অনিশুবা লাঞ্চাওদা মী য়াম্না হাৎপা ঙমখিবা লৈবাকশিংদু মীওইবা সমাজনা তুংগী য়াইফনবা তৌখিবা অফবা থবক্তি হায়না খনফম থোকপ্রা? জাপানগী হিরোসিমা অমদি নাগাশাকিদা এতোম বম অনি থাধদুনা জাপানীজ য়াম্না হাৎখিবগীদমক আমেরিকাবু থবক কনবা লৈবাক্তি হায়সিরা? মদুদি খণ্ড প্রলয়নি, অকিবা পাপনি। চুম্নগী দূকান ফমদুনা কারবারগী থবক তৌবা যাই অদুবু ইশাগী ওইজবা শেন্দোং খরগীদমক লৈবাক মাঙগে মাঙজসনু খন্দুনা নম্বর ফোরনচিংবা ফত্তবা অরোনবা কারবার তৌববু থবক্লি হায়গদ্রা?

তুঙ্গী মীওইবগী য়াইফগদবা খন্না তৌবা থবক্কী মহৈদগী হেন্না থুম্বা উহৈ লৈতে। ঙসিগী জগৎ অসিদা লৈরিবা কান্নরবা পোৎ খুদিংমক মীওইবগী শু-নোম্বনা পুথোকখিবা ঙাক্তনি। মীওইবগী শুবগী হুমাংমন্তনা ঙসিগী ফজরবা জগৎসি শেম্লিবনি। তনবদগী হেন্না শাথীবা য়েক্লবা অমা লৈতে। অতনবা কোক্লনবা হিদাক্তি লেপ্তুনা নোম্বনি। পূক্লিংদা অফবা ৱাখল খন্দুনা মীওইবগী য়াইফনবা ঐ-ঐনা ঙমজ-হৈজবা থবক অমমমতদি তৌরম্লসি।

অচৌবা মীথোই-মীহেন ওইখিবা মীশকশিং পূম্নমক অথোইবা থবক তৌখিবশিং অদুনি। অপিকপা, অরাইবা, অচম্বা থবক তৌরগা অচৌবা মী খক ওইবা ঙমদে। মরম অসিনা পূক্লিংদা অৱাংবা ফিদম থমদুনা, নিংহন্নবা লৈতনা, অচেৎপা ফিরেপকা লোয়ননা লেপ্তুনা কন্না হোৎনবা তাই। থবক্লা পুন্সিনি, থবক নোমদ্রবা মীগী পুন্সিদি অরেম্বনি।

(চুমথাঙ চেকোঙদা হাপত্রবা)

## ‘ঈশৈ’

খণ্ডহৌদনা হৌরকপা সুর, তান, লয়গা লোয়নবা থম্মোয়গী ঈথক-ঈপোমদু ঈশৈনি। নুংদগী হৌরকপা অশেংবা থম্মোয় ঈপোম ঈথক্না লোয়নরবা ঈশৈগী নুংশিবা সুর তাম্থাদা শুমহত্তবা কনা য়াওবগে? ঈশৈগী নুংশিবা শৈহেক্লো থম্মোয়বু মথুম-মরাঙ হৌহল্লি। খোঙ, খুৎ, কোক, হকচাং পূম্নমক মতোমতা নোম্লকই, হাইরকই। ঈশৈ ফজনা শকপা, তান চানা তান থাবা হৈতবা য়াই অদুবু ঈশৈগী নুংশিবা সুরবু তানিংদবা মী লৈতে। ঈশৈগী নুংশিবা সুর তান্দা তাইবঙগী অব্রা-অনা পূম্নমক মিৎকুপ অমত্তং পূমকাউ কাউহনবা ঙমই। পুন্সিগী অব্রা-নুংঙায় অনিনা ঈশৈগী পলেম-পহ্লৌনি। পুন্সিগী অব্রা-নুঙায়গী মচানি ঈশৈ। থোইদোক্লা থম্মোয় ঈথক -ঈপোমগা ইরোইনরবা নুংশিবা সুর-তান-লয়গা শাগোন্নরবা শৈহেক্তা থম্মোয়না পেঞ্জে, জগোয় শারকই। অদুগুম্বা শকউদবা নুংঙায়রবা সুর-তান-লয়দগী খণ্ডহৌদনা পোক্লকপী মচানুপীনি জগোয়। য়েংবদা মিৎফম হোংনিঙদবা থোৎ নৌরবী হকচাংগী শাথেক ‘জগোয়’ সু ঈশৈগী সুব-তান-লয়গী মচানি।

তাইবঙ জীবশিংতা নত্তনা উপাল-ব্রাপাল, হৈপান -লৈপান পূম্নমক ঈশৈগী নুংশিবা সুরদা শুমহৎলি হায়নৈ। ঈশৈ কয়ানা মীওইবদা অচৌবা থৌনা হাপ্পী। ইমা লৈবাকপু শৈথাবা নুংশিবা ঈশৈনা ঐখোয়দা শিবা কিহন্দে। য়েক্লবা মায়রোং য়াবদা ইমা লৈবাক্কীদমক শিদোকপা ঙস্বা থৌনা-লীংজেল হাপ্পী। কল্লবা য়েক্লবগী লাম্মী তেঙ্গোলবু তুমিৎ-কাঙগুম খন্দোকহল্লি। চোংশিন্দুনা লাম্থেংনবদা চিংনবা পোকহন্দে। মরম অসিননি লানফমদা বাজাই বেংগুন কয়া শীজিন্নরিবা। ঈরৈবাক্কীদমক নোক্লা থব্রায় থাদোকপা লায়না ঙমহল্লি। শুরু-নোম্লুবগী

চোকথরবা হকচাংবু ঈশৈগী নুংশিবা সুরনা তগৎ-তগৎ তেকখৎহল্লি। ঈশৈনা পূক্লিং হকচাং অনিমক্কী অৱাবা পূন্নমক কোকহনবা ঙমই। চারমদায় তুন্নমদায়গী মতমদা ঈশানা পামজবা ঈশৈগী সুর অমত্তুং ঙংখ্রবদি লায়না-তিন্না চঙদে হায়নরিবনি। চাখি-থকখিবা চিঞ্জাক্তু নিংথিনা তুমহল্লি। মী খুদিংমক চারমদায় অমদি তুন্নমদায় খুদিংগী ঈশৈ অমত্তদি ঙংবিয়ু। ঈশৈমক হৈত্রবসু হরাও মীনোক অমত্তদি থৱায় তানা নোক্লনবা শিনবিয়ু হায়জনিংই। মী য়াওবা য়াই, য়াওদবা য়াই করিসু কায়দে। মতম পূন্নমক্তা ঈশাউ-শাউগৎপা, নুংশুক-নুংজানবা, চিন্তাগী শক্লোন কৈদৌবগী লৌজরনি। হরাও-হরাও নোক্লুনা, ঈশৈগী সুরদা মোন্দা নুংঙায়না কৈদৌবৈ'ই লৈরোইদৌরিবনো? পোকঙমদনা পোকপা মপোকসি ফংজরগা চিন্তাগী পোৎলুম পুদুনা কৈদৌনা লেনগনি! কপ্পদা কনাসু য়াওবিরোই, নোকপদা ময়াম য়াওনিঙবনি খক কাউবিনু। করিগুম্বা তেনশন অমনা ঈশাবু পুদুনা চৎকে তৌরক্লবদি ঈশৈগী সুর অমদা পুশিন্নবা হোৎনবিয়ু। তেনশন্দু থুনা হনখিনি। ঈশৈদি শকলিবা মাসু নুংঙায় অদুগা অতাবশিং সু নুংঙায়হল্লি। জগৎ শুমহৎপা ঙম্বা ঈশৈগী গুন্দি শিংথাবগী লোইবা নাইরোই। ঈশৈ হৈনা শকপা ঙমদ্রবসু পামজবা ঈশৈ অমত্তদি পুন্সিচুপ্পা ঙংননবা হোৎনবিয়ু। ঈশৈ ময়েকতু শক্লিঙদ্রবসু সুর (ধুন) অদু ওইনা ঙংবিয়ু। মদুসু হৈতে হায়রবদি নুমিৎ খুদিংগী অমুমুক্তং খোঞ্জেন হৌনা হৌনা নোকপীয়ু। হোয়, মোমোন নোকপা শকপুদি ফজরম্বা য়াই অদুবু কান্নবদি ৱাৎলি। হৌন নোকপা অমদি ঈশৈ শকপদি অৱা-অনা কাউহনবা খক্ত নত্তনা হকচাংগী ঈচেলসু ফজনা চেনহন্দুনা নাদ-য়েক্তবা ওইহল্লি।

অনাবা লায়েংলিবা ডাক্তরশিংসু ফাগী তৌগনবা, নোক্লনবা, ঈশৈ ঙংগনবা মীশক ওইবনা শাউগনবা, চৈগনবা ওইবদগীদি হেন্না ফৈ। লায়েংলিবা, অনাবদু হরাও হরাও নোকহন্নবা ফাগী তৌশিনবা, মপূক্লিং নুংঙায়গদবা ৱাঙাং তৌবিবনা অনাবদু থুনা ফহল্লি। লায়েংদ্রিঙৈনা অনাববু নোকহনবতদা তংখায় অমা ফহল্লবনি, ডাক্তরদুনা তংখায় অমত্তা লায়েংলবনি খনবিয়ু। শাউগনবা, ৱা কন্না কন্না ঙাংগনবা, চৈগন-থাঙ্গনবা ডাক্তরদি অনাবশিংগী খোয়দৌ শাউগৎহল্লি। অনাবা থোইনা হেঙ্গৎহল্লি। মাগী হিদাক্তু চারকসু থুনা ফগন্দে।

প্রকৃতিনা মমল তিংদনা মীওইবদা পীরিবা খ্বায়দগী মমল য়ামবা হিদাক্তি ঈশৈ অমদি নোকপনি। ইশা ইশাদা য়াওদুনা লৈবা, মমল তিংদবা পোৎশক ওইবনা করিসু লৈতবগুম খনবনি- ঈশৈ অমদি নোকপা। ঈশৈ ঙংবা পৈশা তিংদে, ইতোমতা নোকচবা মমল লৌদে। ঈশৈ অমদি নোকপা অনিমক পুন্সিগী শিদ হিদাক্লি। পোৎশক অনিসি তাইবঙ জীব অতৈদা পীরমদে। ঈশৈ শকপা অমদি নোকপা অনিসিনা অতে জীবশিংদগী মীওইববু তোংঙান্না খায়দোকহল্লি।

ঈশৈ পূম্নমক মরী-মখোঙ লৈবা ঙাক্তনি। মণিপুর সমাজদা শক্লরম্বা অমদি শক্লরিবা ঈশৈশিংসু করিগুম্বা অমা নত্রগা অমগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি। মফম, মতম, শৈওং-শৈদা অর্থ খেন্নবগী মতুংইন্না ঈশৈশিংসি চাউরাক্লা মখাগী অসুম্না খায়বা য়াই :

১) লাইশোন ঈশৈ - ঈশ্বরবু নিংশিংদুনা শৈথাবা।

২) লৈবাক নিঙবা ঈশৈ - ইমা লৈবাকপু থাগত্তুনা নুংশিনা শকপা ঈশৈ।

৩) খুল্লং ঈশৈ - লৌ লীঙবা, লৌ খাওব, পাম য়ানবনচিংদা খুল্লং ময়ামবু নুংঙায়হন্নবা শকপা ঈশৈ।

৪) হরাওরোন ঈশৈ - মণিপুরগী উমঙলাইশিং হরাওবদা শক্লবা ঈশৈ।

৫) নোংগুম-নোঙ্গারোল ঈশৈ - তাইবঙ মীপোক-মীশিগা মরী লৈননা শকপা ঈশৈ।

৬) নাওশুম নত্রগা ফৌশু ঈশৈ - অহল-লমনশিংনা অঙাং থেম্বা অমদি ফৌ শুরিঙৈদা শকপা ঈশৈ।

৭) মতমগী ঈশৈ - মতম মতমদুগী পাখঙ লৈশাশিংগা মরী লৈনবা নুংশি-নুংঙোন ঈশৈ।

মথক্তা পঙ্গরিবা ঈশৈশিং অসিগী মনুং চন্দবা ঈশৈ কয়াসু লৈরমগনি। খর অসিনা লোয়রে খঞ্জদে। মীওইবগী পূক্লিং, লেপ্পা লৈতে। সমাজগী অওনবা অহোংবসু লেপ্পা লৈতে। মরম অদুনা ঈশৈগী অহোংবা অওনবসু লোইবা নাইরোই। মীওইবা সমাজগী পুন্সিগা ঈশৈগা তৎন-থান য়াদবা মরী লৈনরক্লি অমদি লৈনখিনি। মীওইবগী ঈশৈ পূম্নমক পূক্লিং অমদি হকচাংগা মরী লৈনৈ। হকচাংগীদমক চাননবা ফৌ শুনা শুনা পূক্লিংনা পামজবা ফৌশু-ঈশৈ শকই।

লৌ লীগুন লীগুন, খাওন খাওনা খুল্লং ঈশৈ শক্লিঙই। ফারুবা শা-ঙা চারগা তোক্তে, মউন, মচী, ময়া, মতু, শিংনা লৈতেঙ্গী পোৎ শারগা শীজিন্নদুনা পূক্লিং পেন্নবসু হোৎনৈ। হি হোন্না হোন্না হিবান্দা তান থাদুনা ঈশৈ শক্লিঙই। চাকচা-হৈজানফম ঈশৈগী মফমসু থমনিঙই। মসি পূম্নমকসিনা তাক্লি মদুদি মীহৌরোন্দগী ঙসি ফাওবা মীওইবনা পূক্লিং-হকচাং অনিগী মরীসি তৎন থানহল্লক্ত্রি। হকচাংগীদমক থবক শুন-শুনা পূক্লিংগীদমক ঈশৈ খক থাদোক্তে। অঙাং পোন পোন নাওশুম ঈশৈ শকই অদুগা ঈশৈ শক্ল শক্লা অঙাং পোই, ফৌ শুই।

সমাজগী অওনবা অহোংবা কয়া লাকখ্রে, তপ্না তপ্না চৎনবী কয়াসু হোংখ্রে। সমাজগী অহোংবগা লোয়ননা ঈশৈগীসু অওনবা অহোংবা কয়া লাকখ্রে। ঙসিদি থবক্কা ঈশৈগা তপ্না তপ্না খায়দোকনরকই। মী খুদিংমক ঈশৈ শক্লরম্বা অমদি অতাবসু ওইনরম্বদু তোক্লরক্লি। ঈশৈগী লীলাগী মফম ফম্বাক্তা, ষ্টেজদা হাইগৎখ্রে। ঈশৈ শকপশিং পুন্সি চুপ্পা ঈশৈদু শক্তুনা শেন্দানবদা ওনখ্রে। ঈশৈ শকপশিং ট্রেনিং তৌনরে, ক্লাস নাইনা থাক হাইগৎনখ্রে অদুগা ঈশৈ তাবা পামজবা ভাবকশিংসু পৈশা তিংনা ঈশৈ শকফমদা চত্তুনা তানবে। পৈশা পায়বশিংনা ঈশৈগী ভাবক ওইখবে। হবাওবুংদা মাইক, বেনপার্টি, ধল, ইলেক্ট্রিক্লা শিল্লকলি। ফৌশু খোঙদা ফৌশুনদ্রে। বাইস মিলদা ঈশৈ শক্লখিদ্রে। মোইথাপ নাইবৈ'ই শিন্নাইফম ফমখিদ্রে, ঈশৈশু মাঙখ্রে। শিন্নাইফমগী তবোৎ, তমঙ, তরেঙ, কপত্রেং, হুইদ্রী, লশিং কাপোন হুজিক্কী মীরোলনা উখিদ্রে, মখোয়গা লোযনবা খুন্নাইগী নুংশিববা ঈশৈশিংসু মাঙখরে। খোংজোম পর্ব, পেনা খুল্লক্তা শক্লখিদ্রে, রেডিওদা শক্লখ্রে। ঈশৈ কাববারগী লল্লোন পোৎকী শক্তম লৌরক্লি।

রাজনীতি, অর্থনীতি থুনা য়াঙনা ওল্লি। সমাজগী চৎন-লোনচৎ (কলচর) তপ্না তপ্না ইন্নরক্লি। ঈশৈসু তপ্না থুনা সমাজ চৎনবীগী তুংইন্না লাক্লি। লৈবাক শিনবা থুংনা ঈশৈ চাংদম্নবা কয়া মফম কয়াদা চৎথনরক্লি। ঙসিদি পৃথিবী অসি গ্লোবেল ভিলেজ অমগুল্লে। রাজনীতি, ধর্ম্ম, সাইন্স, শান্নখোৎনবা, কলচর পূম্নমক ইতোৎ-তোৎশিন্নরে। জাতি অমগী মমি অমদা তাররে। ঈশৈদসু মদুগী মমি তাররি।

সমাজগী অহোংবা, অওনবা কয়া লাক্লবসু মীওইবা পুন্সিগা তৎন-থান য়াদনা ঈশৈনা ইন্নরক্লি, ইন্নরি অমদি ইন্নখিগনি।

# 'নুংঙায়বা'

নুংঙায়বা পাম্বা মীওইবনি। মীওইবা খক্ত নত্তে, জীব খুদিংমক নুংঙায়বা পাম্মী। জীবনা নুংঙায়বা ফংননবা হোৎনৈ। নুংঙায়বা হায়বসি মখল অনি থোক্না খায়দোকপা য়াই, ইন্দ্রীদগী (নূংদ) হৌরকপা অমদি মপানগী জগত্তগী পীবকপা নুংঙায়বা। হকচাংগী অমদি আত্মাগী নুংঙায়বা। চাক লাম্বনা নত্রগা ঈশিং খৌরাংবনা মীওইবদা ৱাহল্লি। অসিগুম্বা অরাম-খৌরাংবশিং অসি চার-থক্লগা নুংঙায়। লাম্লম্বা অমদি খৌরাংলম্বদু কোক্লগা নুংঙায়। নুপা-নুপী অমদি লাব-অমোম অনি য়ুম্বানবগী নুংঙায়বা য়ুম্বানমিন্নরগা নুংঙায়বদু ফংই। অদুবু মসিগুম্বা নুংঙায়বসিদি কুইদে। অমুক ইন্দ্রীনা কৌরকই। চাক চাবা, ঈশিং থকপা পাম্বদি পীক্লিবা অঙাংদগী হৌরগা হয়েং শিরমদাই ফাওবা লোয়নৈ। অদুগা নুপা-নুপীগী ৱাসনাগী অপাম্বদি হকচাংনা মপূং ফারক্লবা মতমদগী হৌরকই অমদি হকচাংনা কা হেন্না শোঙ্খ্রিদ্রিঙৈদা লৈ। য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈ অমদি য়াম্না অহল ওইরক্লবা মতমদা নুপা-নুপীদা নুংঙায়বা ৱাসনাগী ঈখৌ লাংদে। অসিগুম্বা খৌরাংবসিদি জীবগী অনিঙবা অপামবা, বুদ্ধিগী মখা পোন্দে। চাক লাম্বা, ঈশিং খৌরাংবা, লাম্লিঙলগা লাম্বা, খৌরাংনিঙলগা খৌরাংবা, খৌরাংনিঙদ্রগা তোকপা য়াদে। নূংদগী মতোমতা কৌজরকপনি। নূংদগী ইন্দ্রীনা কৌরক্রবদি করিসু খৌরাংবা ফাওদে। চাক লাম্বা, ঈশিং খৌরাংবা মতম কুইনা চাদ-থকত্রগা শি। অদুবু নুপা-নুপী, লাবা-অমোমগী ঈখৌ লাংবদি উনদ্রগা হেন্নদুম পুক্নি নুংশাংই। অদুম ওইনমক অনিগী খৌরাংবসিদি য়াম্না কল্লি। ইন্দ্রী অসিবু সংয়ম তৌব ঙমদবদগী

অফাওবা যোগী ঋষি কয়া কযা মাযথীবা ফংনাবিবনি। খুন্নাইনা অমদি লৈবাক্কী আইন্না ফাওবা থিংবা ওইথোক্তে। মবম অসিমক্লা নুপা-নুপী কয়ানা ইন্দ্রীবু খুদুম চনবা ঙমদবদগী অরানবদা খোঙ থাংলুবনা লৈবাক্কী অচৌবা ৱাথোক কয়া ওইনরকপা য়াওই। ইন্দ্রী খুদুম চনবদগী হেন্না লুবা থবক লৈতে হায়না গান্ধীজীনা হায়রম্মী।

চুরুট বেড়ী, যু-গঞ্জা, কানী, নম্বর ফোরনচিংবা কয়া থকনিঙ-চানিঙবা অমদি মখোয়শিংসি থক্ল-চারগা নুংঙায়বা ফংনরি। মখোযসিদি ইন্দ্রীনা কৌরকপা নুংদগী ইল্লকপা নুংঙায়বা নত্তে, মীওইবনা, চারিবা মশা মশানা শেমজখিবা খুৎশেমগী নিসানি। মসিদি খজিক খজিক, মরক মরক্তগী তোয়না শীজিন্নরক্তুনা চুখিবা নিসানি। মৈরিকপীদগী মৈজাও হৌখিবনি। নিসাসি শীজিন্নরগা নুংঙায়বদি লাইরদনা হেঞ্জিন্না চারক্তুনা অঙাওবগুম তৌরকই। মীদুনা নিসাদু চাবিঙৈদা নুংঙায় হায়রমই মমৈথংদদি নিসাদুনা মীদুবু ওনশিন্দুনা চারকপা শোয়দে, মতম অদুদদি মহাক নিসাদু থাদোকপা ঙমলক্তে, নিসাদু ফংলক্তবা মতমদা নূংদগী ইন্দ্রীনা কন্না নিসাদু কৌরকই অসুম্না খুৎশেমগী নিসাদু ইন্দ্রীগী অপাম্বদা ওম্থোকখি। থাক অসি য়ৌরবা নিসা চাবা নুপাদু নিসাদু ফংদবদা ৱাবগী পন্দোন লোল্লকই। নুংঙায়বা পাল্লুবা মহাক্তু অৱাবগী ঈপাক্তা তারকই। নিসাদু থাদোকপা ঙমলক্তে। তপ্না তপ্না নোংম নোংমা হৌখিদুনা চহি কুমওন লাকপা খঙহৌদবগুম নিসা চারম্বা মাবু নিসানা ওনশিন্দুনা চাখিবা খঙহৌদে। মরক মরক গঞ্জা থক্লম্বদু মমৈদা ময়ুমদা ফাল লীঙদুনা থক্লকই। কুচু-কুমেন থোক্লক্তে, ফুৱাওনৈ। মমিৎ অনিদু কোরীগুম ঙাংশিল্লকই। মশাদা মতোং য়াওরক্তে, তরেংদা ফী অপাবনা কুপ্পগা থম্বগুম তৌশিল্লকই। শরুদু কাপফৎলকই। চেংশায়ফম অনিদু আ য়ৌনা কুৎশিনখি অদুগা চায়রূং অনিগী তোংথোরকপা শরুদুনা খুদুমচৈ মাল্লকই। তাদিং তৌফমদু চেংশিল্লকই অদুগা শদোন্না অসুম অসুম কংথোবকই। য়েংবদা কবোরু শাবান পোপ তাই। কুমলায়না নারবগুম শিরুম-নারুম তৌরকই। নুংঙায়বা পাম্বদগী থক্লুবা গঞ্জাদুনা শক-চু, শেল-থুম, হকচাং-ইজ্জৎ পূম্নমক চাথোকখিদুনা পুম্মাঙ মাঙলকই। গঞ্জা

লৈনবা শেল লৈতদুনা চেংফুদগী নুপী উদ্রিবঁদা, চেং কোত্তুনা হুরানবা ওল্লকই। শাউগনবগী চাংদি করি অমুক হায়রুনি। গঞ্জা ফংদবা মিৎকুপ খুদিংগী দ্রবাশা খংওন খংওন ওল্লি।

ফোর চাবসু অদু মঙায়। য়াম্না নুংঙায় হাযবদগী থাজদুনা নুংঙায়নিঙবদগী নোংমা ফাদোক চাক্তবদগী মথং মথং চোয়খিবনি। মমৈথঙদদি শেলনা ঈশিংগুম্না লৌখোং ওইদুনা চেম্বোকখি। মমা-মপানা হাঙমৈ-কোকথোং ওল্লি, ফোর চাবদুনা মকোক খোৎলি। মনপ-মতিন মফম মরাং খঙদে। ফোর ফংদ্রগা শাবৈ হৌবগুম মমিৎ মনা ওনখত্তুনা মনপ-মতিন চোরদুনা লোংনা থক থক ইল্লকই। ফোব চাবা, কাপ্লা নুংঙায়ব্রা হায়ববু মমিৎ ওনখত্তুনা অশি পাৎ য়ৌহি। অউ-অউবা, অফং-অফংবা হুরাল্লগা য়োম্বোক্তুনা ফোব চাবকই। মমৈদা হুবানবা মী ওল্লি। মহাক শিখিনবা মমা মপানা লাই খুরুম্লকই। শিবদা কপনিঙদবা হায়বসি ফোর চাবা শিবনা মহেল্লে, কপ্লিংবদি লাইবদনা শিবদা লৈকায় হুপ্লা হবাওনৈ। শিদ্রিবঁদা ফোর চাবা কাঙবুসি ফোর ফংদ্রিবঁ মরক মরক খাঙবা ঙমদ্রদুনা ময়াদা কোঙ্গোল কাদবা যাওদে। নুংঙায়বা থিবসি মমৈদা ময়াদা কোঙ্গোল কাবোইরে খল্লি।

পৈশা পায়বা, ইনাকখুনবা নুংঙায়। মী খুদিংমক পৈশা পায়নিঙই। অদুবু পৈশা পায়বগা লোয়রে, পৈশাতবু লাইনিং ওইবদি চুমদে। দরকার ওইবা শীজিন্নবা পৈশা লৈবগা য়ারে খন্দদুনা পৈশাগী মনাই ওইহনবদি চুমদে। ঐগী থবক্কী পাম্বৈ পৈশানা ওইহনবা ফে। ওন্ন-তৈননা লনগী মনাই ওইদুনা লনশঙবা মী ওইবদি চুমদে। কনা কনাগুম্বনা মীগী মরল কল্লক্তুনা লুট-পাট তৌবা, হুরানবা পামলকই। ব্রানা শুরগা নুংঙায়নিঙদে; ব্রাদনা নুংঙায়বা পাম্লকই। পৈশা পায়বা নুংঙায়বা মী ওইনিঙদুনা ওফিসার কয়ানা, মন্ত্রী ওইবা কনানা শেঞ্জা-থুমজা তৌদুনা অরানবা পাম্বৈনা শেল তাল্লি। মমৈদা ফারক্তুনা ইকাইবা, চোপ্পদা নত্তনা থবক তৎপসু য়াওনরি। নহাবোলশিংনা অহকপা চৈবাক পীবসু য়াওদবা নত্তে। পৈশা পায়রগা পূম্নমক লোয়না ফংলে, শৈশা পায়রগা শোয়দনা নুংঙায়গনি খনবদি তশেংনা লাল্লি। ইনাক-খুনবা কনাসু পৈশা পাযরগসু নুংঙায়বা খক ঙমদে। পৈশা

পায়বগা পেঙ্খোকপা মী লৈতে। হেন্না হেন্না পাযনিংদুনা পৈশাগী মিহৌবনা পোৎথাহন্দে। শেলগী মিকাবনা মমা-মপা, মচিন-মনাও, শাগৈ নাতৈগী অৱাবশিংগী মতেং পাংনিঙলক্কে। সমাজগী শেমগৎ-শাগৎপগা মবী লৈননা দোনেসন নত্রগা চান্দা খজিক্তং নীকবদা লৈন লৈন পীনিঙদে। খোমজিনবা, লৌশিনবখক্তা খঙখিদুনা পীথোকপা, কৎথোকপা হায়বসিদা লিল অশিবদা কিবগুম কি। মখোয়দু শেল পাযববসু সমাজনা মীথানদে, সমাজগী ইজ্জৎ সম্মান ফংদে।

নুংঙাযবা হাযবসি কদাযদা লৈবনো? কনাদা লৈবনো? কবম তৌবগা তশেংনা নুংঙাযবা ফংগনি? পূন্নমকসি হাযবা লুই। নুংঙাযথোকপা তম্মু, অবৈবা খবদুনা পেঙ্খোকউ; লৈবী লৈবীবা ফিভম অদুমক্তা নুংঙাযবা তম্মু, পাউতাক কযা কযানি পীনবিবা। নোং যুবা যুমদা চবা অনি শুনা চাবা ফংজদবা, শেৎনিঙাই-ইন্নিঙায ফিবোলসু লৈজদবা কনাদা ফিভম অদুদা অদুম পেঙ্খোকউ হাযকুবদা ওনশিন্দুনা শাউবকফম থোক্ত্রা? মদুদা পেনগদবা লাইববদি মালেম হোগায়দুনা থিববসু ফংলোয়। অৱাবা শংবায নুংঙাযবা লাইতং হাযবা অহল-লমনশিংগী পাউবৌসি কযাদা চুমথ্রবা। অপাম্বা পোৎশক্তু ফংগে খন্না তান্নবগী শাংলবা মতমদুসু ৱাই। মদু ফংলবসু পেঙ্খোকপা ঙমদে, মথং অমা অমুক ফংনিঙলকই। মসি মীওইবগী হৌনশা লোনচৎনি। নুংঙাযবিবদি শুপ্পতগী ফংলগনি খল্লকপা অমদি ফংবগী মিৎকুপ অদুখক্তনি। মীওইবগী পূক্লিং অমদি ৱাখলনা লেপ্পা লৈতনা হোংবা অমদি ওনবনা মীওইবগী নুংঙায়বা অমদি অপেনবসু লেপ্তুনা হোঙই। মিৎকুপ অমা ফাওবা লেপ্তুনা লৈতে, মীওইবগী পুক্লিং, অনৌ অনৌবা অমগী মথংদা অমা খন্দুনতা লৈ। মবম অসিনা মসিনা মবোইবে হায়বা অবেপ্পা নুংঙাযবা লৈতে। অনিঙবা অপাম্বা অমা ফংগে হোৎনবিবা অমদি মদু শোয়দনা ফংগনি হায়বগী থাজবদুদা নুংঙায়বা লৈ। নুংঙায়বদি মচু তবেৎনা লৈতেংবা চুমথাং খনবগুম্বনি। মনাক্তা চঙলুবগা চুমথাংদু অসুম অসুম থাপতোকখি। মবিচিকাবু ঈশিংনি খন্না থক্কে খল্লুবনি। নুংঙাযবা ফংগে হোৎনখিবা কনাসু নুংঙাযবা ফংবা য়াওখিদে। আযোধ্যাগী নিংথৌ ৱামচন্দ্র, পৃথিবী জয় তৌগে খল্লম্বা নেপোলিয়ন, আলেকজেন্দবনচিংবা কনাসু

নুংঙায়বা ফংখিদে। অৱা-নুংঙায়দি পোৎশক্তা য়াওদে, পূক্নিংদা লৈবনি। মিহৌচাওবা হেল্লিবমখৈ হেন্না হেন্না ৱাগনি। ইশাগী দরকার ওইবা পৈশা খরদং লৈরগা পেম্খোকপা, মতম পূম্নমক্তা মোমোন মীনোক্কা লোয়ননা অতোপ্পশিংগা লোয়নবা, অরেম্বদা চিন্তা তৌদবা, নুমিৎ খুদিংগী অতোপ্পশিংগা লোয়ননা নোকমিন্নবা,হরাও-তয়াম্বা মায়থোং উৎপা তংঙায়ফদে। শিগদবা লৈরবা পুন্সিসিদা করিগী চিন্তা তৌদুনা নুংঙায়তবা শক্রোন লৌজরুনি। ইশাসু নুংঙায়না লৈবিয়ু, মীবুসু নুংঙায়হনবিয়ু। পুন্সিগী পান্দমদি নুংঙায়বনি। নুংঙায়বদু ফংলিবসিনি খন্না নুংঙায়বিয়ু। নুংঙায়থোকপমক ঙমদ্রবসু অৱাবা চিন্তাগী শকফমতদি খক উৎপিগনু। কপ্পদা কনাসু পাংনিঙদে, নোকপদা লোয়না য়াওনিঙই।

নিঙবা থুংলগা মীওইবনা নুংঙায়। পাংথোক্কে নিঙবা থবক্তু কন্না হোৎনদুনা পাংথোকপা ঙম্বদা নুংঙায়বা ফংই। ঙমদ্রগা ৱাই। নুংঙায়বা নত্রগা অৱাবা, অৱাবা নত্রগা নুংঙায়বা নাইতোম ওইনা খক লৈতে। অৱা-নুংঙায়দি পোৎশক অমত্তদা তিনবা গুন অনিনি। হান্না ৱারগা কোন্না নুংঙায়বা নত্রগা হান্না নুংঙায়রগা কোন্না ৱাবা, অনিমক শোয়দনা ফংগনি, পুন্সিদা। অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়ননা পান্দম অমা ফংদ্রিফাও ৱানা লেপ্তুনা হোৎনরিবদুনি নুংঙায়বা। হোৎনবদা শোয়দনা ফংগনি অৱা-নুংঙায় অনিমক। চপ য়ুঙনা লেপখ্রবা পূক্নিংগী অপাম্বা থবক্তু পাংথোক্লবা হোৎনবা মতমদা কপ কপ্তুনা হোৎনফম থোকপ্রা? হরাও মোমোন তৌনা ইথৌদাং পাংথোকপদা নুংঙায়বা ফংবিয়ু।

# ঈশ্বর

ঈশ্বর হায়বসি করিনো? তশেংনা ঈশ্বব লৈব্রা? লৈরবদি মহাক কদায়দা লৈ? মহাক্কী মওং-মতৌ কমদৌই?

ঝাহং ময়ামসি মীওইবগী থম্মোয়দা তত্তনা হংলিবা ঝাহংশিংনি। যোগী, ঋষী, ভক্ত কয়া কয়ানা ঈশ্বর লৈ হায়না থাজৈ। মখোয়না ঈশ্বরগী মরমদা চাদ থক্তনা হোম, তপ, জপ, যজ্ঞ অমদি আত্মাধ্যান তৌদুনা ঈশ্বর ফংনবা থিরি, নৈনরি। ঈশ্বরগী অশেংবা মশক খঙনিঙই, মাগী মষেক-মওান্ত ওইরবসু ফংননবা মানা মানা নিঙজবা, থাজবগী মতুংইন্না ঈশ্বর ফংগে তাল্লি।

ভক্তশিংগী মরক্তা লাইনিঙলম্বী কয়া থোক্লা নিঙনরি। মানা মানা থাজরিবা লাইনিঙ লম্বী অদুদা নিঙজরগা ঈশ্বর শোয়দনা ফংগনি থাজনৈ।:-

১ ঈশ্বরনা জগৎ অচৎ-চত্ত পূম্নমক শেম্বিবনি। পূম্নমক মাগী লিলানি। মহাক্কী মফমদা হায়জবা, নোঞ্জবা, ভক্তিতনা ঈশ্বর মহাকপু ফংগনি। ভক্তিগী মমাঙদা মূর্তিনা খাঙবা ঙমদে হায়বা *ভক্তি মার্গ শাখাসি* মরূওইবা লাইনিঙ লম্বী অমনি। অয়াম্বা ভক্তশিংনা লম্বী অসি থাজনৈ। তুলসীদাস লাইনিঙ লম্বীসিগী লময়ানবনি হায়বা য়াই।

২ ভক্ত খরনা হায় ঈশ্বরদা য়াম্না নোল্লুক্লা হায়জবা, মাবু য়াম্না ঝাংনা থাঙ্গত্তুনা থমলবদি থাপতোক্লগনি। মহাক্তি য়াম্না লুনা তিন্নবা, চান্নবা মরূপ অমগুম খন্না হঙ্গোয়দনা নকশিন্না তিন্নবা মওংদা নিঙলগা ঈশ্বর মাবু লায়না ফংগনি।

কৃষ্ণ-সুদামা অমদি গৌরাঙ্গগা হরিদাসকা তিন্নরম্বগুম নকশিন্না খনগনি। লম্বী অসিবু *বন্ধু ভাব নত্রগা সখা ভাবকী লাইনিঙ লম্বী* হায়না খঙনৈ।

৩ ভক্ত খরনা হায় সতি ওইবী নুপীশিংনা মপুরোইবগী শেংনা সেবা তৌজবনা মপুরোইবনা থাজে, চান্নি। পূক্নিং অনি লোঙদনা সতিগুম মাবু নিঙজবনা ঈশ্বরনা চানবিগনি থাজে। অসুম্না ঈশ্বরনা ইপুরোইবনি অদুগা ঐনা মহাক্কী পূক্নিং অনি লোঙদ্রবী সতিমক্তি খন্না নিঙজরগা ঈশ্বর ফংগনি থাজে। লম্বী অসিবু *পতি ভাবকী ভক্তি মার্গনি* খঙনৈ।

৪ ভক্তশিংনা হায়- ঈশ্বরদি নোল্লুকপা, মরূপ ওইনা খনবা, পতি ভাবতা নিঙজবনা ঈশ্বর ফংবা ঙম্লোয়। ঈশ্বরদি পূম্নমক উবনি, পূম্নমক খঙবনি। অদুনা মহাক্তি অচুম্বা জ্ঞানগী মরৈ তর্কতনা ফংবা ঙমগনি। ঈশ্বরদি ঐখোয়বু শেম্বিবা ইপা-ইমানি। করম্বা মপা-মমানা মচাশিংবু নুংশিদবা য়াওবগে? নহাক্না শেম্বিবনি, নহাক্না পোকপিবনি অফ-ফত্ত পূম্নমক নহাক্না ঙাকপিগদবনি, চানবিগদবনি হায়বা অচুম্বা মরৈ তৌরগা নিঙজবা *জ্ঞান মার্গী শাখা* লাইনিঙ লম্বীসি থাজনৈ। ভক্ত কবীরদাস লাইনিঙ লম্বীসিগী লমজিংবনি।

অসুম্না ঈশ্বর ফংননবা তোংঙান তোংঙানবা লম্বীশিংদা ঈশ্বর নিঙলিবা ভক্তশিংগী মরক্তা ঈশ্বরগী মূর্তিগী মরমদা কাঙলুপ অহুম থোক্না অমুক্কসু খায়দোকপা য়াই:-

অহানবদা ঈশ্বরদি মূর্তি ওইনা (সয়ঙ ওইনা) লৈ হায়না থাজবা *মূর্তি লাৎপা কাঙলূপ।*

অনিশুবদা ঈশ্বরদি মূর্তি ওইনা লৈতে, অমূর্ত্তনি। মফম খুদিং শিনবা থুংনা লৈ হায়না থাজবা কাঙলুপ। মখোয়দি ঈশ্বরগী মূর্তি লাত্তে।

অহুমশুবা কাঙলূপ- ঈশ্বরদি মফম মতমগী মতুংইন্না করিগুম্বা কান্দা মূর্তি ওইনা চোংথোরকই অদুগা অতৈ মতমশিংদা অমূর্ত্ত (মূর্তি নাইদবা) ওইনা লৈ হায়বা কাঙলূপ। মূর্তি লাৎপা অমসুং লাত্তবা অনিমক য়াবা কাঙলূপ।

লাইনিঙলগী অমদি মূর্ত্তি লৈবা-লৈতবগী মিৎয়েংদা ভক্তশিংগী কাঙলুপ কয়া থোক্লা খায়দোকচরবসু ঈশ্বর মাগী তৌবা ঙম্বা মতিক-মগুনবু শিন্থাবদদি আস্তিকশিংগী (লাই থাজবশিংগী) অয়াম্বা মত ইমান মান্নে। তাইবঙ জীব অচৎ-চত্ত, থবাই পানবা-পান্দবা পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী থৌজানতনা ওইরিবনি অমদি ওইহনবনি থাজনৈ। ঈশ্বর, অল্লাহ, গোড হায়বা তোংঙান তোংঙানবা মিং থোন্দুনা নিঙজরিবা ভক্তশিংনা ঈশ্বরদি শক্তি পূম্নমক্কী হৌরকফমনি অমদি তুঙনফমনি হায়। মহাক্তি সর্বশক্তিমান্নি খল্লি। জগৎ অচৎ-চত্তা ময়ামসি অশেম্বা সৃষ্টিকর্ত্তা অমা লৈবদগী লৈরিবনি। অশেম্বা মপু অদু ঈশ্বর মহাক্লি হায়। শেম্বিবা মপু মহাক লৈতনা পোৎশক ময়াম অসি লৈরোই। ফুরিৎ তুবা মীশক্তু লৈতনা ফুরিৎ লৈবা হৌনদে। ফুরিৎ তুবা মীশক অদু নহাক্লা উহৌদ্রবসু অতুবা ফুরিৎ অদু থেংনরবদি ফুরিত্তু তুবা অমা শোয়দনা লৈ হায়বা খঙবগুম জগৎকী পোৎলম ময়াম অসি লৈরবনা শেম্বিবা ইবুংঙো মহাক্তু নহাক্লা উদ্রবসু শোয়দনা লৈ হায়বা য়াফম থোকই হায়। পূম্নমকসি সৃষ্টি কর্ত্তা মাগী খুৎশেম্নি হায়।

অমরোমদা নাস্তিকশিংনা (ঈশ্বর লৈ হায়বা থাজদবা) ঈশ্বর কৌবা অচৌবা সর্বশক্তিমান ওইবা জগৎ অচৎ-চত্তা পূম্নমকসি শেম্বিবা লাই অমা লৈতে হায়। জগৎ অচৎ-চত্ত, পূম্নমক্কী হৌরকফম, তুঙনফম ওইবা ঈশ্বর, অল্লাহ অমদি গোড হায়বা অরেপ্পা মশক নাইবা সৃষ্টিকর্ত্তা অমা লৈতে। ঈশ্বর হায়বসি থাজবশিংনা ভাবনা শাবনি। ঈশ্বরদি থাজবশিংনা মখোয়গী পূক্লিংদা শাগৎপা ভাবকী পোৎশক্লি হায়। কনানা ঈশ্বরগী মমায় অহুম, মকোক তরা, খুৎ তরা, শামুগী মকোক, শগোলগী মমায় ভাবনা পালহল্লি। লাই কনাগী লবাইদা ঈশিং থোকহল্লি। মানা মানা অনিঙ অনিঙবদুনা ঈশ্বরগী মূর্ত্তি ওইহল্লি।

অসুম্না ঈশ্বর লৈ অমদি লৈতে হায়না য়েৎনরিবা আস্তিক অমদি নাস্তিকশিংগী মরৈ অসি লোয়বা খম্বা লৈতে। য়েন্নমগা য়েনবীগা করম্বনা হানবনো? হায়বগী মরৈদা লোইবা নাইদবগুম ঈশ্বর লৈ অমদি লৈতে হায়বগী মরৈসু লোইবা নাইদে। মরমদি য়েৎনরিবা ঐখোয় পূম্নমক্না খঙলকপদা, মীরোল তারকপদা য়েন্নমসু থেংনৈ

অদুগা য়েনবীসু থেংনৈ। য়েৱামদগী য়েন্নাও ওনবসু উই অদুগা য়েনবীনা য়েৱম কোকপসু উনরি। অদুগা ঐখোয় পূম্নমক য়েৱম অমদি য়েন্নাও লৈত্রিগৈদগী লৈরকপসু অমত্তা য়াওদে। অদুবু মরৈ য়েৎনরিবসি ঐখোয় মীওইবা জীব অসিতনি। অতৈ জীব অমত্তা ঈশ্বর লৈ নত্রগা লৈতে হায়না খনসু খন্নরগ্লোয়।

থাজবা হায়বসিনা অতোপ্পা ৱাফমনি অদুগা অচুম্বা অমদি খঙবা হায়বসিনা অরেপ্পনি। ঈশ্বর লৈ নত্রগা লৈতে হায়বা ৱাফমসি থমদ্রিগৈগী মমাঙদা ৱাফম অসিমা হান্না মত মান্নবা চঙব্রা হায়না খল্লি। মদুদি:-

করিগুম্বা পোৎশক অমা লৈ নত্রগা লৈতে হায়বসি মীওইবনা করি করি পাম্বৈশিংনা লেপ্লি? মীওইবা ঐখোয়না পোৎশক অমবু লৈ হায়না খঙনরিবসি মখাগী পাম্বৈশিং অসিনা মরম ওইরগা লেপনৈ:-

★ ঐখোয়গী মিৎনা উরবদি পোৎ অদু লৈ হায়না লৌই।

★ ঐখোয়গী নাকোংনা মখোন তারগা পোত্তু লৈ হায়না লৌনৈ।

★ ঐখোয়গী নাতোন্না মনম ফংলগা পোত্তু লৈ হায়না লৌই।

★ ঐখোয়গী উনশাদা শোক্লরগা পোত্তু লৈ হায়না লৌই।

মিৎ, নাকোং, নাতোন, উনশা মরি অসিগী মনুংদগী মখোয় অমনা থেংনরবদি নত্রগা অমদগী হেনবনা থেংনবা, খঙনরবা মখোল তারবদি নত্রগা উনরবদি পোৎ অদু লৈ হায়না ঐখোয় মীওইবনা লৌই। মীওইবা খক্ত নত্তনা জীব পূম্নমকসু পাম্বৈ মরি অসিনা পোৎশক অমবু লৈ নত্রগা লৈতে হায়বা লেপ্পে। অদুগা হায়রিবা মীওইবগী পাম্বৈ ওইরিবা মরিসিগী মনুংদা অমত্তনা খঙদ্রবা পোৎশক অদু লৈতে হায়না লৌগনি। পোৎশক অমা লৈ নত্রগা লৈতে হায়বগী লেপ্নবা পাম্বৈ মখোয় মরি অসি মী খুদিংদা চপ মান্ননা য়াওরি। হোয়, কনাগুম্বা নাম শোয়রবা মী অমা অনিবুদি মান্নরমদবা য়াই, অয়াম্বা মী খুদিংদা মান্ননা য়াওই।

ঐখোয় পূম্নমক্কী মিৎ, না, নাতোন অমদি ঊনশানা ঈশ্বরগা উনদে , মখোন তাদে, মনম ফংদে অমদি শোক্লদে। অদুগা ঈশ্বর লৈ হায়রিবা মখোয়সু ঐখোয়গা চপ মান্নে। মখোয়না করিনা পাম্বে ওইরগা ঈশ্বর লৈ হায়বা ঙঙ্লিবা? থাজবগী পাম্বেনা হায়বনি। কনাগুম্বা অমনা থাজবা অদুগা কনাগুম্বা অমনা থাজদবসু য়াবা পোত্তি তশেংনা লৈতবনি। মৈ চৎলিবা ইলেক্ট্রিক ব্রায়ারবু থাজবা মীনা শোক্লগা চিংবা অদুগা থাজদবা মীনা শোক্লগা চিংদবা য়াওগদ্রা? ভাবনা শাবা, থাজবনা লেপ্পা, খঙদনা থাজববু অন্ধবিশ্বাস(অমম্বদা থাজবা) কৌরিবনি। ঈশ্বর, লাই থাজবদি ইচম চম্না অমম্বদা থাজবনি অন্ধবিশ্বাসনি, অশেংবা নত্তে। অশেংবা লৈতবা ওইবনা কনা'মত্তগী মিৎ, নাকোং, নাতোন অমদি ঊনশানা ঈশ্বরবু উবা, মখোল তাবা, মনম নম্বা, শোক্লবা মী য়াওদ্রিবনি। য়াওবসু ওইথোক্তে।

মীওইবগী ভাবনা, ব্রাখলনা, পূক্লিংনা, জ্ঞান্না, থাজবনা, পামজবখক্তনা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা শেম-শাদুনা মূর্তিওইনা পুথোকপা কৈদৌঙৈদসু ঙমদে। ঈশ্বরসু ভাবনা ব্রাখলনা, পূক্লিংনা, জ্ঞান্না, পামজবনা, থাজবনা নুংখক্তদা শেমগৎপনি। পুথোকপা, লৈহনবা , লেপহনবা, উহনবা, মখোল থোকহনবা, শোকপা য়াবা পোৎশক ওইবা নত্তে। থাজবশিংগী থম্মোয়দা ঈশ্বর লৈজশনু অদুগা থাজদবশিংগী থম্মোয়দা খক লৈয়ু য়ারোই। কনাগুম্বনা থাজবদা আপত্তি তৌরুবা হৌনদে অদুগা থাজদবা মীশক্তা নমদুনা থাজহনবসু ওইথোক্তে।

চন্দ্রা পাম্বীদগী মনা অমা-অনিখক্তং হেক্লগা চা লোনবদা হাপ্লুরবদি চন্দ্রা পাম্বীদু পানবা ব্রাৎলি হায়বা, অব্রাথবী পাম্বীদগী অমখক হেক্লগা থোংদুনা চারুরবদি পালহৌরিবা অমদি তুংদা পাল্লক্কদবা অব্রাথবীশিংদু হাওতবা অউইবা ওল্লি হায়না থাজবা মীশক্তুগা ব্রা ঙাংনবা করম্না নুংঙায়গনি? হৌদোঙদি ময়ুমদা অহুম মরী লোয়রগা হৌদোঙনা মাঙদা শমদুনা চৎখ্রে, দাও য়াররোই হায়না খনদুনা থবক চত্তনা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপা মীদুদি মমিৎনা ঈশ্বর উরে হায়রকপসু য়াই। থেঙনা হঞ্জিল্লকপা মানা চাক চাদ্রিঙৈদা মাগী নুপীনা হান্না চারম্বদা হৌন লোনচৎ খঙদে হায়দুনা ফুবা ঙঙ্লিবা নুপাশিংদি লাইগা য়ুমথঙনরম্বা তাবনি। মীওইবগী লৈয়েঙ অমদি পূক্লিং অনি অসিনা পঙঙাং ঙাংবা অমদি পঙখল খনবনি।

ঈশ্বর লৈ হায়না থাজবগী কান্নবা মরম য়াম্মা লৈ। ঈশ্বর থাজবশিংনা ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌগ্রবা তুংদা অব্বা-অনা ঈশ্বরনা কোকহনবিরগনি খঞ্জদুনা পূক্লিংদা থাজবা অমদি নুংঙায়বা পোকচৈ। অরানবা থবক তৌরবদি যমগী লৈবাক্তা তমথীবা দণ্ডী ফংগনি খনবদগী অরানবা থবক তৌবা হন্থহল্লি। ঈশ্বর থাজবনা মীওইবগী লমচৎ-শাজত্তা অফবা মাইকৈ কয়াদা পুবক্কুনা কান্নবা য়াম্মা পীবগুম মসিমক্লা মীওইবা মবক্তা অমাঙবা কয়াসু পুরকই। খুদম ওইনা যীশুখৃষ্ট, শ্রীকৃষ্ণ, অল্লাহনচিংববু অথোইবা ঈশ্ববনি খঞ্জবা কাঙলূপ কাঙলূপ নাইবা খৃষ্টান ধর্ম্ম, হিন্দু ধর্ম্ম, মুসলিম ধর্ম্মবু পৃথিবী অসিদা শন্দোক্লবা কন্না হোৎনৈ। মাগী মাগী ধর্ম্মনা অথোইবনি, অতৈ ধর্ম্মদি হন্থবনি তাক্লবা হোৎনরকই। ধর্ম্ম অমনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদি ধর্ম্মদুবু পামজনা চৎলিবা মীশিংবু নুংশিবা ৱাৎলকই। অদুনা তোংঙান তোংঙানবা ধর্ম্ম চৎপা মশেল খৎনবা উংখৎনবা, কম্যুনেলীজমগী লাঞ্জাও কয়া ইতৎ তত্তনা থোকহল্লি। ধর্ম্ম খেন্নজরবসু ঐখোয মী ঙাক্তনি, ঐখোয়গী শিংলীদা চপ মান্নবা অঙাঙবা ঈ চেল্লিবনি হায়বা কাউথোক্লরকই। ঐ ঐগী ধর্ম্মনা মীওইবা জাতিদগীসু হেন্না ৱাংনা শেরান্ননা লৌনরকই।

নাস্তিকশিংদি মী খুদিংবু নুংশিবা ঙন্নবসু আস্তিকশিংদি লান তৌনৈ। ঐগী ধর্ম্ম কন্ননবা অতোপ্পা ধর্ম্মচৎপা মী কয়া হাৎপা ঙমহল্লি। ধর্ম্মগী লাইরিকশিংগী, সিদ্ধান্তগী মায়োক্তা ফত্তবা থবক তৌনরকই। নিশা চাবা অঙাওবগী মতৌগুম্না অতোপ্পা ধর্ম্মচৎপশিংবু য়েংথীবা, হাৎন-শুনবা কয়া উরুবগা কার্লমার্ক্সনা ধর্ম্মদি কানিগুম্বা নিশানি হায়রম্মী। ঈশ্বর থাজবদগী মশাবু অমদি মীবু থাজবনা অথোইবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্মগী লাইশঙশিংবু থুগায়বা, য়ানখায়বা, বোম লংশিনবা, ধর্ম্ম চৎচবা মীবু হাৎপা-তুপ্পা কয়া তৌরিবশিংগী মরক্তা য়ানদবা ধর্ম্মচৎপা মীশিংগী খুৎ হেক্তা য়াওরমই।

জগৎ অসি হান্না করি'মত্তা লৈবমদে। ঈশ্বরনা জগৎকী লেঙলি-পাল্লিবা অচৎ-চত্তা পূম্নমকসি মথং মথং শেন্নকখিবনি, মহাক্লা পূম্নমক্কী সৃষ্টি কর্ত্তানি হায়না

ঈশ্বর থাজবশিংনা হায়। করিসু লৈরমদনা কবিগুন্বা অমা শেম্বা খক ওইথোক্তে। করিগুম্বা পোৎ অমা শেমগে-শাগে হায়রবদি অহানবদা পোৎচাক নত্রগা পোৎচংশিংদুদি হান্না লৈতবা য়াদে। অসুক চাওবা মালেমসি শেমগে শাগে হায়রবদি মসি শেম-শাবা কোন্নগদবা পোৎচাক ময়ামদু কদায়দগীনো হান্না লৌরুবা তারোইদ্রা? লৈবাক্তী চফু অমা শাগে হায়রবদি কদোমদগীনো খঙদে, লৈবাক খরা শোয়দনা লৌরুগনি। হান্না পোৎ লৈরমদনা অনৌবা পোৎ অমা শেম-শাবা ওইথোক্তে। শাবদি লাইরদনা পোৎ শাগদৌরিবা ঈশ্বর মশামকতু কদায়দা করিদা লেপ্লগা কদায়দগী করি করি লৌরুরগা শাগদৌরি? ওইহন্নিঙবা, থোকহন্নিঙবা, শেম্লিংবা পোৎ পূম্নমকপু "ওইরো" "থোক্লো" হেক লাওরগা ওইখিবনি, থোকখিবনি হায়বসি হায়ঙস্মল্লি, থাজমল্লি। হুজিক্তি মীশিং অসি প্রমান নাতে চাদ্রবদি থাজনদ্রে। করিগুম্বা অমত্তা লৈত্রিঙৈদা ঈশ্বরদি কদায়দা লৈরম্লিবা? অদুগা কনানা খঙহৌ উহৌরিবা?

মালেমসি ওইরকখিবগী সাইন্টিফিক ওইবা থিওরী কয়া "ওরিজিন ওফ আর্থ" কী মরমদা নৈনবা স্কোলার কয়া কয়া লৈখ্রে। মখোয় পূম্নমক্লা ঈশ্বরনা মালেম অসি পুথোক্কুনা শেমখিবনি অমত্তা হায়দে।

জীব পূম্নমক লৈরকখিবগী মতিকচাবা প্রমান ওইবা থিওরী 'ওরিজিন ওফ লাইভস' কয়া কয়া নৈনবদা ঈশ্বর কৌবা অমনা হান্না শেম্লকপগী ব্রা পন্দে, য়াদে। অদুবু হুজিক ফাওবা ঐখোয়গী পুরান্দা, পুয়াদা, কুরান্দা, বাইবলদা হায়রম্মী হায়দুনা প্রমান চাবা চাদবা, ওইবা-য়াবা য়াদবা, অচুম-চুমদগী মরমদা শুকখন খঙ্গরুবা তৌদনা হান্না ইপা-ইপুনা থাজরম্বনি ঐখোয়সু থাজখিনি হায়দুনা য়োংনা চু পায়বগুম পায়দুনা লৈবদি চুমদে।

ঈশ্বর থাজদবশিংনা লৈতে হায়বদা, চৈবদা ঈশ্বরদি শাউদে, অদুবু থাজরিবা মীশিংদি পঙশাউ শাউই। মরমদি ঈশ্বরগী মিংদা লৌরিবা মাগী ওইজবদু মাঙলক্কনি খঙই। থাজহল্লগা মীঙোন্দগী খুদোংচাবা কয়া কয়া ফংলি। ঈশ্বরগী মিংদা কান্নবা ফংলক্তবা নুমিৎ য়াম্না থুনা লাক্লগনি থাজে।

জগৎ সংসার পূম্নমক লেঙদুনা লৈ, লেঙবদগী অওনবা, অওনবদগী অহোংবা, অহোংবদগী চাওখৎপা লাকই। হায়বসিদা যানদবা কনা অমত্তা লৈতে। লোয়ননা প্রকৃতিগী ওইবা লো অমা মতম পূম্নমক্তা, মফম পূম্নমক্তা চলাইদুনা লৈ। মদুদি য়ানদবা অনি পুনবা অমদি অনিদু তক্নরকপা, থেঙ্গায়নবা। 'য়ুনিটী এণ্ড স্ট্রগল ওফ ওপোজিট' পূনবা-খায়দোক্নবা হায়বা প্রকৃতিগী লো অসিদগী পোৎ পূম্নমক ওইরকই থাজনৈ। খুদম ওইনা- ইলেক্ট্রিক্কী য়ানদবা চার্জ নেগেটিভ অমদি পোজিটিভ অনিনা পুল্লুবদা অমদি থেংনবদা অতোপ্পা পোৎশক 'মৈ' থোরকই। নুপা-নুপী, লাব-অমোম য়ানদবা অনিনা পুল্লুবদা চাদা নাওদারকই। অঙৌবা চেদা অমুবা য়ানদবা মচুনা কলম্না তক্লবদগী লাইরিক ময়েক চোংথোরকই।

নোংজু-নুংশা, অইং-অশা, অকংবা-অচোৎপা, অমম-অঙান, অকনবা-অথোৎপা, অসিনচিংবা য়ানদবা, মান্নদবা ফিভম অমদি পোৎশকশিংনা পুল্লকপা অমদি থেংনরকপা লাকপদগী অনিদু নত্তবা ইনৌ নৌবা পোৎশক অমা থোরকই। মদুনা মরম ওইরগা জগৎ অচৎ-চত্তা ময়ামসি শেম্লকখি, ওইরকখি, থোরকখি। খুদম ওইনা নোংজুথাগী মতমদা নোং অমুক চুবা, নুংশা অমুক শাবা য়ানদবা ফিভম অনিসি তোয়না পুল্লকপা থেংনবদগী মালেম লৈমায়দা কালেন্দা হৌরমদবা অনৌবা পাম্বী কয়া হৌরকই। মতম কুইনা কংলবা উকংশিংদু নোংনা তত্তনা চোৎহল্লবদা মখল কয়াগী উয়েন উকং ওইরম্বা অদুদা চোংলকই। নোংজু-নুংশানা ওন ওন্দুনা য়েবদা অকংবা চন্নদু অপৎপা ওইরকই। অইং-অশানা য়েরবদা চন্নয়েন কয়া অপৎপা চন্নদুদা হৌরকই। অসুম্না মিৎনা উরবা, খঙলবা প্রকৃতিগী নিয়ম অসিগী মরমদা ইখন খন্থরুদনা পূম্নমক ঈশ্বরনা শেম্বনি হায়রম্মী হায়দুনা খ্বাং য়ৌনা পুখরবসু লম্বীসিদা লাকপনি, লম্বীসিদা হনগনি হায়দুনা থাজনা খাঙলগে হায়না খাঙখিবগীদি খঙদ্রে। শিখাঙদি খাঙফম থোক্তে।

অচৌ অচৌবা মৈপোক-লাংহৌ, ঈশিং ঈচাউ, য়ুহারাবা, নোংলৈ-নুংশিৎ সুনামী ঈথক্লচিংবা কয়া লাকপদা লাইশিংগী ভক্ত হিন্দু, খৃষ্টান, মুসলিম অমত্তা খাকপিরমদে, লোয়না ব্রাই, লোয়না শি। অদুগুম্বা মতমদা কৃষ্ণ, যীশু, অল্লাহ

অমত্তা কনবিনবা চোংথোরক্তে। মীকপ মীরাওখোলশিংদু তাবিনবা লাইগী মনা পান্দে। অদুনা ঐখোয়না লাইদা হায়জবা, কচ্চবা, খুরমজবা পূন্নমকসি খণ্ডবিবা লাই অমত্তা লৈরমগনি থাজদে। খণ্ডলিব অমদি তারিবদি তশেংনা লাইবুগা, হায়জরিবা ঐখোয়তনি। লাই থাজদবদা ভারত সম্বিধান্না থিংদে অদুগা অনিমকপুসু শৌগত্তে। লাইগী মিংদা অন্ধবিশ্বাসী হেনজিন্না ওইবদি য়াম্না মাণ্ডই। কা হেন্না লাই থাজবনা মীওইবগী নুপা থোকপা থৌনা মাঙহল্লি। লাই থাজবদগী ইশাগী, মীওইবগী আত্মানা য়াননবা, পেন্ননবা হোৎনবনা শরূক কয়া হেন্না ফৈ। লাই থাজবশিংসু মীওইবা অসিমক ঈশ্বরগী অবতারনি খনবিয়ু। মীওইবগী সেবাদি ঈশ্বর সেবানি। সমাজগী সেবাদি মী-লাই পূন্নমক্কী সেবানি।

ঐনা পামজরিবা ধর্ম্ম অদুতনা অথোইবনি, অতৈ পূন্নমক অরেম্বনি খন্না ধর্ম্ম অমদা চেৎনা থাজদুনা লাইনিঙবা অমদগী ধর্ম্ম খায়দনা মীওইবা পূন্নমক্কী য়াইফনবা খনবনা অথোইবা, অশেংবা ধর্ম্মাত্মা ওইফম থোকই।

# ইকাইবা

'ইকাইবা' মীওইবগী অশোযবা অমদি অশোনবদগী ফাওবকপা ঈহুন অমনি। বুদ্ধি-লৌশিং ৱাৎচবা, খণ্ডদ-হৈতবা, ফিজেৎ-লৈতেং অমা নত্রগা অমা ৱাংলে হায়না ফাওববদি ইকাইবা ফাওই। মীযাম তিনবা সভাগী গুন্দু খল্লুবগা ঐগী ৱাৎচবদু খঞ্জদুনা ইকাইবা পোল্লকই।

অৱাৎ-অপা লৈত্রবসু নুপা-নুপীগী মরক্তদি ইকাইবসি হৌনশা মচৎ অমনি। পামজবা, নুংশিজবা নত্রগা হান্না শকখণ্ডনদ্রিবা নুপা-নুপীশিংগী মবক্তা ইকাইনৈ। অপাম-নুংশিগী ঈথিল মবক্তা ইকাইবনা হেক হেক লিৎশিন্দুনা চঙই। নুংশি-নুঙোনগী মরক্তা ফাওবক্লিবা ইকাইবদি মশক ওল্থোক্লা ফজে, অশোয়-অঙামদগী ফাওবকপা ইকাইবগা মান্নদে। অশোয়বদি মাইথীবনি, মাইথীবদি মশক থী। মঙোন্দগী পোল্লকপা ইকাইবদুসু মশক থী। নুংশিনবদি ফজবনি, কে-মৌজবনি অদুনা মঙোন্দগী পোল্লকপা হৌন-লোনচৎকী মচা ইকাইবগী মশক নুংশি, ফজে। অশোয়বগী ইকাইবদি অউবা, অতাবা ফাওবা নুংঙায়তে। অদুবু নুংশিনবা অনিগী নুপা-নুপীগী ইকাইবগী মতৌদি অউবসু, অতাবসু নুংঙায়জে। য়েংনিং য়েংনিং য়েংঙমদবা, হায়নিঙ হায়নিঙ হায়ঙমদবা, নিংদোন মিহুন পিং পিং চোংবা, মাই-মিৎ ঙাংশিল্লকপা, হকচাংদা হুমাং কাংলকপা, খুৎ-শা থমফম খণ্ডবা অসিনচিংবা মতৌ কয়াসি ইকাইবগী মতৌনি, অনুভাবনি। অসিগুম্বা হৌনশা লোনচৎকী ইকাইবদি নুপাদগী নুপীনা হেন্না ফাওগল্লি। ইকাইথিবী হায়বসি নুপীশিংগীদি লৈতেংনি। ইকাইবা য়াওদ্রবা নুপা-নুপীগী নুংশিনবগী মমল লৈতে, ফজবা লৈতে।

মৈশা য়াওদবা মঙানগুম্বনি। নুপা-নুপীশিংগী মবক্তা ইকাইবসি লৈবমদ্রবদি মীসু শাশিংগী থাক্তা চিংথবমগনি। ইকাইবনা মীবু মীওইবগী থাক্তা চিংখৎলি। শাদগী মীওইবগী থাক্তা কারক্লবা মীওইবগী লোনচৎ সিড়িনি।

মীনা মশানা তৌখিবা থবক্কী, ব্রাঙাংগী, শাজৎকী অরানবা, অশোয়বা কয়াদু খল্লুরগা ইকাই। অতোপ্পনা মাবু থীনা ঙাংনরগা হেন্না হেন্না ইকাইরকই। শোয়খিবদুগীদমক নিংঙমলক্তে, ব্রারকই। অদুগুম্বা অশোয়বা, অরানবদু চুমথোক্ল বা অমদি মতুংদা তৌদনবা হোৎনরকই। মরম অসিনা অশোয়বা, অরানবসি তুংগী পুম্নিদা ব্রাংনা কাখৎনবা সিড়িনি হায়নরিবনি।

থাদোকখিবা খোঞ্জেলগী অহৌবা দেসিবেলগী মতুংইন্না প্রতিধ্বনিসু অদুক্কী মতিক হৌনা হল্লকপগুম অদুক্কী মতিক চাওনা শোয়ব্র-লানব্রগা অদুক্কী মতিক কন্না ইকাইরকই।

ইকাইবদি ঐবু শকখঙদবা, নত্রগা ঐহাক্লা শোয়খি-লানখিবগী মরমদু খঙদ-তাদবা মফমদা লৈরগা লোৎপসু খরমখৈদি য়াই অদুবু ইকাইবনা পীরিবা থম্মোয়গী চৈনা (গ্লানী) অদুদি মফম কদায়দসু লোৎলগা কোক্তে। ইতোমতা নিংশিং নিংশিং ব্রাজে, ইকাইজে।

য়াম্না লেমজবা থবক অমা মাই পাক্লা কনাগুম্বা অমনা তৌরুরগা মহাক মতোমতা নত্তনা মাগী মরি-মতা, শাগে-নাতে, মরূপ-মপাং সমাজসু য়াওনা লেমজবা অমদি নুংঙায়বা ফাওবগুম য়াম্না ইকাইবা অমদি নুংঙায়তবা অচোপ্পা থবক অমা কনাগুম্ব অমনা তৌরুরগা মহাক্ত নত্তনা মরি-মতা, শাগে, মরূপ-মপাং সমাজসু য়াওনা চোপ্প-ইকাইবা নংই।

ইকাইবনা পীরকপা চৈনাদি অসুপকী মতিক কল্লি, চৈনাদু খাঙবা ঙমদদুনা মতোমতা শিজবা কয়া য়াওরিবনি। মসি ইকাইবনা পীরকপা অব্রাবা চৈনা (গ্লানী) অদুননি।

ইকাইবগা ওন্ন-তৈনবদি ইজ্জৎনি। ইকাইবদি অমম্বনি, ইজ্জৎনা মঙালনি। ইকাইবগী লম্বীদি অখুবা অমম্বা লৈখুন্নুংনি অদুগা ইজ্জৎকী লম্বীদি মঙালগী স্বর্গনি।

ইকাইবনা মীবু শোম্বহল্লি অদুগা ইজ্জৎনা কনখৎহল্লি। অমনা কিবনি অমনা থৌনানি। অমনা মায়থীবা অমনা মায়পাকপনি।

চপ মান্নবা অশোয়বা অরানবা অমা তৌরুবগী মী খুদিংদা চপ মান্ননা ইকাইবা ফাওদে। অশোয়বা অরানবা অদু তৌরুরিবা মীশিং অদুগী ইজ্জৎ-সম্মান, রাখল-লমচৎ খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্ন খেন্ননা ইকাইবনা চৈনা পীরকই। যাম্না চোপ্পা থবক তৌরুবগীদমক কনা অমদা থোইদোক্লা ইকাইবা ফাওদবগুম লৈথোকই অদুগা কনা অমদনা ইকাইবদু খাঙবা ঙমদ্রদুনা হু চাদুনা নত্রগা থৌরী যান্দুনা শিদোকপা য়াওই। ইচম চমবা মীওইনা শোয়খিবগী ফলনা পীরকপা ইকাইবদি য়াম্না লুমদে, যাম্না চীঙ লেল্লবা লৈবাক্লা শকখঙনরবা মীশক অমনা শোয়খিবা, লানখিবা ওইরবদি য়াম্না শাথীনা হকচিন্না লৌই। মী মীগী লমচৎ শাজৎ খেন্নবগী মতুংইন্না চপ মান্ননা ফাওবা য়াবা, ফাওফম থোকপা ইকাইবদু মান্ননা ফাওদে। লৈশানা অঙাং চেনবী অমনা শিব ঙম্না ইকাইজে। মদুমক কনাগুম্বী অমনদি মাগী লমজা মচাদু ইকায়দনা পোকই অদুগা লৈকাই মাঙদা তাদিং তৌদুনা নোক খেদুনা শান্নজে। মসি মখোয় অনিগী লমচৎ-শাজৎ, বুদ্ধি-লৌশিং খেন্নবগী ফলনি। য়াম্না ইকাইবা য়াবা, ইকাইফম থোকপা থৌদোক-রাথোক্তা ইকাইদবা মীবু 'ইকাই খঙদবা মাইথাবা' হায়নৈ।

কনাগুম্বা পুকচেল চাওবা মীশিংনা মশাগী লৈজরম্বা মরল-মথুম পুম্নমক লৈবাক্কীদমক কৎথোক্তুনা ইজ্জৎ-সম্মান ফংনরি অদুগা কনা কনাগুম্বা মন্ত্রী, এম.এল. এ. ওফিসারশিংনা লৈবাক্কী লন-থুম হুরান্দুনা নত্রগা মীঙোন্দগী অরানবা মওংদা পৈশা চাদুনা ময়ুম দলান শাগৎপা, মরৌ-মশীঙ লেপশিনবা, মতু-মচাগী সনা লিক্কোন লেপশিনবদা ইকাইবা খঙদবসু য়াওদবা নত্তে। কনাগুম্বা মন্ত্রীনা খজিক্তং শোয়বদা ইকাইবনা দায়িত্ব খঙনা ফম থাদোকই অদুগা কনাগুম্বা এম.এল.এ. মন্ত্রী খরদি শেলগী, ফমগী মিকাদুনা মশাগী দল থাদোক্তুনা মাইকৈ-শলাই খঙদবমখৈ কবোক পোকপগুম, ফৈজোম তাহৌবা খঙদবমখৈ চোংবদা ইকাইবা মচেৎ অমত্তা পক্তবা য়াওরি। মীনা ঙাংনরিবদু করিসু নাচুংবিদে।

সাধারন প্রজা অমনা শোয়বা-লানবা, হায়নখিবা ব্বা ঙাক্তবা, মীনম্বা ঙাংবা, প্রজাগী ব্বা খন্দবদা কা হেন্না ঙকুদবা য়াই। অদুবু লৈবাক শেমগে হায়দুনা কাখিবা প্রজা লিশিং লিশিংগী শক্তি শিন্নথ্রবা ঐখোয়গী মীহুৎশিংনা ওইদবা ঙাংবা, প্রজাদা হন্দুনা চারকপা, লমচৎ য়াওরক্তবদি ইকাইবা খঙদবা, লৈখা তারবা লীচৎনি। তাঞ্জা ফংলবদি হুরানগে খন্দুনা লুন্নম্বা মাল্লি। ব্বাশক চেৎপা, ইকাইবা খঙবা, থব্বাই থাববসু ব্বাশক ঙাক্কে খনবা, মশাগী ওইজবা থাদোকপা ঙম্বা মীনি লৈবাক্না দরকার ওইরিবসি।

খ্বাযদগী থৌনা ফবে খল্লিবা, লৈবাক্কীদমক থব্বাই ফাওবা থাদোক্কে খন্না খুৎলাই পায়বিবশিংনা খ্বায় পূন্নমক্তগী ইজ্জৎ লৈনা, ইকাইবা খঙনা, পুকচেল শেংনা, কৎথোক্কে খন্না খোঙ থাংবিবা তাই। মবমদি মখোযগী তুংদা প্রজা পূন্ন মক লেপহনগদৌবিবনি। ইকাই খঙদবা খোঙথাং অমত্তং থাংলকপদা প্রজানা থাজবিবোই। লৈবাক ঙাকপগী নামাদা তলব চাওনা চাবগা লৈবিবা সিপাহিনা নুপী উবগা চোপ্পবদি মদুদগী হেন্না ইকাইনিঙায ওইবা থবক লৈবিব্রা?

ইকাই খঙদবা মীগী হিদাক লৈতে। ব্বাশক চেৎলি হায়বদি ইকাই খঙই হাযবনি। কনাগুম্বা মীশক অমা নত্রগা জাতি অমগী অফ-ফত্তগী চাং ওন্নবগী অশেংবা নাপচৈ অমনি ইকাইবা। খজিক্তং শোয়খিবদা য়াম্না ইকাইবা খঙলিবা মীশক অমদি জাতি অদু কৈদৌঙৈদসু লৈখা তাবোই। ইকাইবা খঙদ্রবা মী অমদি জাতিদি যাম্না থুনা লৈখা তারগনি। অতোপ্পবু ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা ঐখোয়বুসু অতোপ্পনা ইকাই খুম্নবা জাতি অমা ওইহন্নবা হোৎনবসি।

অশোয়বা, অরানবা, ফত্তবা থবক তৌবদা ইকাইবা অদুগা মীওইবগী যাইফনবা খনবা, তৌবা অমদি হায়দোকখিবা ব্বাফম্বু শোয়দনা ঙাক্লবা হোৎনবা তাই। খজিক্তং শোয়বদা য়াম্না ইকাইবা, হোৎনবা কনবা, ফজবা লমচৎনা য়োম্লবা মীশক অমমম ওইননবা হোৎনরসি।

# "থাগৎপা অমসুং থাধবা"

কনাগুম্বা মীশক নত্রগা করিগুম্বা পোৎশক অমদা লৈজরিবা অশেংবা গুনশিং অদু চপ চানা নত্রগা মদুদগী খরা হেন্না ৱাংখৎনা শীংথাবদু থাগৎপনি। মীশক নত্রগা পোৎশক অদুদা য়াওজরিবা অফবা গুনশিং অদুদগী খর হন্থনা হায়রবদি হুনবনি, থাধবনি। মাগী লৈজরিবা অফবা অমদি ফত্তবা গুন অনিমক পুথোক্কুনা থম্লবদি নৈনবনি। মীশক নত্রগা পোৎশক অদুদা লৈবা অফবা গুনশিং খক্তা থির থিরদুনা হায়রবদি মীচঙ-মীখায় নাইবা অখুবা মিৎয়েংনা য়েংবা, পঙথা থাগৎপনি লৌগনি। অদুগা অফবা গুন কয়াসু লৈ খঙনা খঙনা ফত্তবা গুনশিং অদুতা চিংথোক চিংথোক্কুনা হায়রবদি থাধবনি, হুনবনি।

ঙসি ঙসিমক মনিপুরী সাহিত্যগী লাইরিক মশক তাকপা, নৈনবা সমালোচকশিংনা করিগুম্বা লাইরিক অমা নৈনবদা লাইরিক্কুগী অশোয়-অঙামগী শরূকশিংদু পুল্লপ্না নমশিন্দুনা থম্লগা খরা থাগৎলমদবা য়াদে হায়বরোমদা চৎথবগুম তৌনরি। মরূওইনা লাইরিক্কু ফোংদোকপগী নুমিৎশিংদা। নোংমা ঐনা অফবনি খঞ্জবা মশক নাইরবা কৃতিক অমনা অইবা অমগী লাইরিক ফোংবা নুমিৎকী লাইরিক্কু মশক তাকপগী থৌরমদা য়াম্না ফজনা লাইরিক্কু ৱাংনা থাগৎপিরকপদু তারুরগা ঐসু লাইরিক্কু লৈরগা থৱাই য়াওনা পাজখি অদুবু অৱাবনি, লাইরিক অদুমক্তি চৎনবা য়াবা লাইরিক ওইরমদে। ঐহাক্তা নত্তনা অপাবা পুম্নমক্না লাইরিক্কু অফবনি হায়নদে। নুমিৎ অদুদগী কৃতিক অদুদা ঐগী লৈজরম্বা থাজবশিংদু ফনয়াম্না মাঙখরে। মসি লাইবক থিবনি। লাইরিক ফোংবা নুমিৎনি, ঙসিদি ফত্তবা শরূক হায়বিরোই খনবিরবদি "লাইরিক মশক তাকপা" নত্রগা "নৈনবা" হায়বা থৌরমদু

থমদনা লাইরিক্তুদং ফোংবিবগা লোযবে খঞ্জে। নৈনবা হায়বগা কিথি-কিরুম তৌদুনা নত্রগা মীচঙ-মীখায় নাইনা পঙথা থাগৎলগা থন্নম্বা চুমফম থোক্তে। অইবা নত্রগা লাইরিক্তু "থাগৎপা নুমিৎ" হায়না থৌরমদু থন্নম্বনা হেন্না ফরমগনি।

থাগৎপদা হরাওদবা মী লৈতে। মীখক্তা নত্তে, য়ুমদা য়োকপা শা-উচেকশিং ফাওবা থাগৎপগী লোন নিংথিনা খঙই, হরাওই। মী পূম্নমক অতোপ্পগী মচিন্দগী থাগৎ ব্রাহে তানিঙই। মী খুদিংমক থাগৎলি খঙনা হরাওই অদুগা চৈরে খঙনা শাউনিঙই। পিক্লিবা অঙাং পূম্নমক্তা চপ মান্ননা পাম্বা পোৎশক্তি মীনা থাগৎপিবনি। মবম অসিনা অঙাংশিংবু থাগৎপিবদা খক লিকপিগনু। অঙাংশিংনা অফবা খজিক্তং হেক তৌবকপা নত্রগা হায়রকপা মতম পূম্নমক্তা থাগৎপিয়ু। মদুনা মবম ওইদুনা মতুংদসু অফবশিং অদু হেন্না হেন্না তৌনিংহল্লি।

থাগৎপগী হবাওবা অসিসু মফম মতমগী মতুংইন্না য়াম্না খেন্নে। চীঙ-লেম্লবা সভাগী মাঙদা থাগৎপিবদা হরাওরিবা অমদি নুংঙায়রিবা চাং অদু শুপ্নগী অঙাংমচা অমা অনিগী মাঙদা থাগৎপা মতমদদি করিসু থোইনা হরাওরোই। মী য়াম্না লৈবা মাঙদা নত্রবসু থাজবা, পামজবা, নিঙজবা, নুংশিবা, মীশক অমখক্তংগী মমাঙদা থাগৎলবসু য়াম্না হরাওই।

থাগৎপিরগা হরাওবসি থাগৎপিরক্লিবা মীশক, তারিবশিং অমদি মফম মতম খেন্নবগী মতুংইন্না খেন্ন খেন্ননা হরাওবা অমদি নুংঙায়বা পোকই। শীঙথানবিদ্রবা মীশকশিংনা শীঙথানবিদ্রবা মীশিংগী মাঙদা থাগৎলবদি য়াম্না হেন্না হরাওবা ওইদে। অদুবু মীয়াম্না শকখঙ-মাইখঙনরবা, মতিক-মগুন লৈরবা মীশক অমনা ইজ্জৎ সম্মান তৌনরবা সভা মাঙদা থাগৎলবদি কা হেন্না হরাওবা অমসুং নুংঙায়বা ফাওই।

থাগৎপদা ওইরিবা ফিভমশিং অসিমক্তা চপ মান্ননা চৈবা, থাধবা, হুনবদসু ওই। মথক্কী খেন্ন খেন্নরবা ফিভম, মতম, মীশকশিংদা থাগৎপগী খেন্ন খেন্ননা হরাওবগুম থাধবা অমদি হুনবদসু ইকাইবা, চোপ্পা, নুংঙায়তবসু খেন্ন খেন্ননা ফাওগনি। মরম অসিনা থাগৎপগী হরাওবা অদুগা চৈবা-হুনবগী নুংঙায়তবা অনিগী হৌনশা মচৎ অমত্তনি। অনিমক্কী অকা-অকুমগী ফিভম-মতম ইমান মান্নে।

চৈবা অমদি থাগৎপা ওন্ন তৈন্নবা থৌওংনি, অদুগা মখোয়গী ফলদগী ওইরকপা শাওবা অমদি হরাওবসু ওন্ন তৈন্নবা গুননি।

থাগৎপা অমদি চৈবগী ওইরকপা ফলগী মশক্তি য়াম্না খেন্নে। থাগৎপগী ফলদি নুংঙায়বগী মশক্তি অদুগা চৈবগী ফলদি অৱাবগী মশক্তি। ইকাইবা, শাউবদগী ওইরকপা শক্তমদি করিগুম্বদা লমন খুমনিঙবগী অকিবা শক্তম ফাওবা য়ৌরকই। মরম অসিনা কনাগুম্বা অমবু থাগৎপদা লৃদ্রবসু চৈবদদি মফম, মতম, ফিভম অমদি তাঞ্জা-মেঞ্জা য়াম্না খন্থবা চঙই।

মীওইবনা থাগৎপা, চৈবা অমদি হুনবা মতমদা থোইদোক্না প্রমান-পান্থেগা লোযননা ফোংদোকন্নে। চুম্না ইচম চম্বা, ৱাহৈশিংনা থাগৎপা অমদি চৈবদা পেন্দে। নুংগী অর্থ লৈবা ৱাহৈশিংনা ফোংদোক্লগা মীওইবনা পেঞ্জে। খুদম ওইনা কনাগুম্বা থৌনা ফবা মীশক অমবু থাগৎপদা ইচম চম্না "মহাকসি য়াম্না থৌনা ফৈ" হায়রগা পেন্দে। "মহাকসি নোংশানি" হায়নিঙই।

মী অদু নোংশাগী পান্দম (লক্ষ) তৌদুনা হায়। লক্ষার্থ ৱাহৈ শীজিন্নরকপনি। অসুম্না অপঙবা মীবু পঙই হায়বগী মহুত্তা "গধা" "ষণ" নচিংবগী পান্দম লৌদুনা 'মসি গধানি' নত্রগা 'মসি ষণনি' হায়রগা হেন্না পেঞ্জবা খুৎফোংদোক ওইনা লৌনৈ। অসুম্না কা হেন্না থাগৎনিংলগনা "মাগী মপাঙ্গনসিদি শামুনা কেদৌরুনি?" হায়বগী অর্থদি মহাক্তি শামুদগীসু হেন্না কনবনি, অসিনি। কনাগুম্বনা মশাবু য়াম্না অশিংবা মীশক্তি হায়না ফোংদোক্লগা মদু তানিংদবা কনা অমনা - " হোয়নে, হোয়নে শিংলিবা, খঙলিবসি নংতনি" হায়রগা ব্যঙ্গ তৌদুনা য়েথৎলি। মসিগী অর্থদি শিংলিবা, খঙলিবসে নংখক্ত নত্তে, অখঙবা অশিংবা, য়াম্না লৈ হায়বিবনি। অসুম্না অশেংবদু চুমদ্রিং হায়বা, লক্ষ তৌদুনা হায়বা অমদি ব্যঙ্গ তৌদুনা ঙাংবা মখল-মথেল কয়াগী খুৎফোংদোক্না মীবু থাগৎনৈ অমদি চৈনৈ। মীওইবগী পৃক্লিংগী অপাম্বা ঙমখৈ নাইদবগুম থাগৎপ অমদি চৈবগী মফোংদোক্কী মখলসু লোয়বা নাইরোই।

কনাগুম্বা মীশক অমবু তিন্নবা, চান্নবা মরূপ অমা ওইগে খল্লবদি অহানবদা মঙোন্দা লৈবা অফবা গুনশিংদু মফম মতম চানা মথং মথং তপ্না তপ্না থাগৎপা ফৈ। অহানবা তিন্নবা হৌবদা য়ারিবমখৈ মহাক্কী ফত্তবা গুনশিংদু খঙশিন উশিন্নদনা তিন্নবা তাই। মহাক্কী ফত্তবা গুনশিংদুদি মতোমতা লৈবা মতমদা নুংশিনা মরূপ

অমগী মওংদা “নহাক মদুতং থাদোক্লবদি মীনা য়াম্না থাগৎনগনি” নত্রগা “মদুতং য়াওদ্রবদি হায়নিংঙায় লৈতনা ফগনি” হায়না শোঞ্জবগী মওংদা হায়গনি। মতম অমত্তদা মাগী ফত্তবা গুন ময়াম লৈরবসু অমদগী হেন্না চুমথোক্লবা হায়রোইদবনি। মদু চুমথোকপ্রবা তুংদা নুমিৎ খরনি লৈরগা মথং মথং ওইনা চুমথোক্লবা হায়গনি। ফত্তবশিংদু চুমথোকখিবগীদমক থাগৎপা ফে। চুমথোক্লিংবগী মওং লৈত্রা লৈত্রবা য়েং য়েংদুনা হায়গনি। নংহৌরোই খক খনবিরুনু। মহাক্কী ফত্তবা লমচৎ ময়ামদু চুমথোক্লবা অমুক্তদা খক হায়রোইদবনি। অদুম তৌরুরবদি মথক্তা অদোম্না বম ময়াম হৈথরুবগুম থোক্কনি। মীবু থাগৎপদি নোংমদা হিরম ময়াম থাগৎপিবা কায়দে।

কনাগুম্বগী লাইরিক অমা পারগা মদুগী গুন-দোষ শিংদু মুন্না নৈনদনা অইবা মীশক্তু নুংশিবদগী নত্রগা কিবদগী অফবা অমদি ফজবা মখৈতং পুথোক্লগা ফোংদোকপা অদুগা লাইরিক্তুগী অশোয়বশিংদুদি উৎনা-ৱাইনা খুমদুনা থমলবদি মহাক অদু মতিকচাবা সমালোচক (কৃতিক) অমা ওইদ্রে। নৈনগদৌরিবসি লাইরিক অদুনি, অইবদু নত্তে। কয়া ৱাংবা অইবসু ওইজশনু মাগী লাইরিক্তুনা অশোয়বা অমা ওইরবদি অশোয়বশিংদু শেংনা পাঠকশিং অমদি দর্শকশিংদা খঙহনগদবনি। অদুগা ফজবা মতাংশিং অদুসু পারিবা অমদি তারিবশিংদা ময়েক শেংনা খঙহনবা চুমই। মরম অসিনা কৃতিক অমা ওইরবা মীশক্তি কুপশিন্না মীচং-মীখায় নাইদনা য়েংবা, লাইরিক মখল অদুগী মরমদা জ্ঞান ফজনা লৈবা, খঙ হৈরবা লৈতারবা বুদ্ধি চঙই। হায়নবা লৈ - “নুমিৎকী, থাগী মঙালনা য়ৌশিনবা ঙমদ্রবা মফমদসু সমালোচকশিংদি য়ৌহি।” থাগৎলগা হরাওই হায়দুনা অইবদু হরাওনবা মতিক চাবা মরম পীদনা অমদি অশোয়বশিংদি য়েংদনা পঙথা থাগৎলবদি কৃতিক ওইবদা মতিক চাদ্রি তাকপনি। অমরোমদা লাইরিক অদুগী অফবা গুনশিংদু খঙবিদনা ফজদবা মফমশিংদু থি থিদুনা চিংথোক চিংথোক্তুনা ঙাংলবদি হুনবা কৌগনি। মীচং-মীখায় নাইবা মিৎয়েংনি হায়না লৌগনি। অফবা আলোচক অমনা নিংথিনা নৈনবগী ফলনা অফবা অইবা কয়া কয়া থোকহল্লি। অফবা লাইরিক কয়া পুথোকহল্লি। ফজনা নৈনবিদ্রবা, পঙথাদ থাগৎপিরবদি মমল হোঙবা লাইরিক্কী মশীঙ হেন্না হেন্না পুথোক্লরকই অমদি মমল য়াওদবা লাইরিকশিংগী ঈচাউ থোকহল্লি।

## " মী অচঙবা"

মীওইবদি পুন্না হিংমিন্নবা কাণ্ডলূপ্নি। পুন্না লৈমিন্নবা পুন্না পুন্না খুন্দা-লৈতামিন্নদুনা হিংমিন্নবনি। অমনা অমগী মতেং পাংনৈ। নাইতোম খক হিংবা ঙমদে। ইশা ইশানা শেৎলি-ইল্লিবা ফি-রোলশিং, চান-থক্লবা পোৎশিং থবক শীজিন্নরিবা খুৎশু-খুৎলাইশিং, তংঙায়ফদনা শীজিন্নরিবা পোৎলমশিং, পুক্লিং-হকচাংশিংগা মরী লৈনরিবা পোৎলম খুদিংমক লৌউবা, অমদি খুৎশা-হৈবা, বৈজ্ঞানিক অমদি শিল্পীশিংগী মতেংদগীনি। কনা'মত্তগী মতেং লৌদনা ইতোমতনদি বোরা মতুম অমা ফাওবা হৌরগা চাজবা ঙমলোয়। বোরা মতুম অমা হৌবদা চঙগদৌরিবা অমদি শীজিন্নগদৌরিবা পোৎশকশিং অদুসু ইশানা হান্ননা শেম-শাদুনা থম্বা তারি। মরম অসিনা কনা'মত্তগী মতেং লৌদনা ঐখোয়না চাক চরা অমত্তং নিংথিনা চাননবা হোৎনবদা চহি তরা চঙনা হোৎনরবসু ওইথোক্লোয়। অদুনা কনাগুম্বশিংনা "ঐদি ইতোমতনা হোৎনজরগা হিংজবনি, কনা'মত্তগা মরী লৈনদে" খনবা চুমদে। ঐনা করিগুম্বা খরদং তৌরিবসি অতোপ্পা মী কয়ামরুমগা মরী লৈনৈ। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা খরা শুরি-নোল্লিবদু ঐ অমদি অতোপ্পা মীওই কয়ামরুমগা মরী লৈনরিবনি। মী খুদিংমক্না ঙাংথোরকপা ৱাঙাং, য়েংথোরকপা মিৎয়েং-নায়েং, চৎলিবা লিচৎ-শাজৎ অমদি তৌথোরকপা থবক খুদিংমক্কী মমিদু সমাজদা শোয়দনা তাই। ঐখোয় পুম্নমক অমগা অমগা তৎন-থান য়াদবা মরী লৈনরিবনি। ঐগী পুন্সিগী ৱাখল অমদি থবক্কা সমাজগী মী কয়া য়াম্বগা মরী লৈনবগে হায়বা অমদি মরী অদুনা সমাজগী মীওইশিং অদুদা পীরিবা অমাঙ-অতোংগী চাং অদু কয়া য়াম্বগে হায়বা অদুনা ঐগা সমাজগগী মরীগী

থাক অদু লেপ্লি। মশাগী ইমুং-মনুংখক্তংগী খন্না শুজরিবা লৌমী অমগা সমাজগা লৈনগদবা মরীগী ঙমখৈদি য়াম্না পিক্কনি। মহাকপু সমাজগী অয়াম্বা মীশিংনা খঙবিদবা য়াই। অদুগা মশাগী ইমুং-মনুংতগী নত্তনা লৈবাক্কী অমদি পৃথিবী পূম্নমক্কী খন্না থবক তৌরিবা কনাগুম্বা অথোইবা মীশক-অদুগা মীওইবা সমাজগা লৈনগদবা মরীদি য়াম্না পাক শলগনি। মহাকপু পূম্নমক্কা শকখঙগনি।

অফবা ব্রাখল, অফবা থবক্কী মরীদি ফৈ অদুগা ফত্তবা ব্রাখল অমদি থবক্কী মরীদি ফত্তে। ইমুং-মনুংগী য়াইফনবা খল্লিবা মীশক্তুগা ইমুং অদুগা অফবা মরী লৈনগনি। লৈকাই, খুন, সমাজগী য়াইফনবা খনবা- তৌবশিংগা লৈকাই, খুন অমদি সমাজ অদুগগী মরীসু ফগনি। অসুম্না ইমুং-মনুং, লৈকাই, খুন অমদি সমাজগী মাঙননবা খনবা অমদি তৌবা মীগা সমাজগী মরীদি অফবা খক ওইদে। মশা, ইমুং-মনুং, লৈকাই অমদি সমাজগী য়াইফনবা শুকখন খন্দবা মীদি মীওইবগী থাক্তা চিংখৎপা য়াদে। মহাক্তি মী অমত্তগা অফবা মরী লৈনদ্রবনি। অদুনা ঐখোয়না ইশাদগী হৌরগা সমাজগী য়াওনা অফবা খরা তৌরম্বমক ঙমদ্রবসু মাঙননবদি খক তৌরমদবা ফৈ। নত্রবদি সমাজনা ঐখোয়গী তুংদা নোক্লগনি, শীংথানবিরোই। পৈশা পায়বা মীশক অমা ওইনা ওইনা লৈকাইগী, খুঙ্গংগী, সমাজগী য়াইফ থৌরমশিংদা করি'মত্তা মতেং পাংনিঙদবা মশাগীতা খনবা পুকচেল কা হেন্না পিকপা মীওইশিংসু য়াওদবা নত্তে। মীওইবা সমাজগা মহাক্কা করিগুম্বা মরী অমত্তা লৈনদ্রবগুম খনবা, মঙোন্দা মীওইবা সমাজগীদমক কৎথোকপগী ব্রাখল মচেৎ অমত্তা পক্রবা মহাক অদু হিংন হিংন শিরবনি।

মীওইবগী খ্বায়দগী লুরেন লুরিবসি পূক্লিং-ব্রাখল বুদ্ধিনি। মী অমা ওইবা হায়বসি করিনো? মীগা শাগা খেন্নরিবসি কদায়দনো? মীওইবগী পুন্সিগী পান্দমসি করি করি ওইফম থোকই? মীনা মীবু করি তৌরগা ইজ্জৎ সম্মান তৌনৈ? ইশাগী ইমুং-মনুংগী অমদি সমাজগীদমক করি করি থৌদাং লৌফম থোকপগে? ঐনা ঙসি ফাওবদা সমাজগীদমক করি করি থৌদাংদি লৌগ্রে? পূম্নমকসি খনবগা লোয়ননা লৌফম থোকপা থৌদাং লৌরিবা মীদি সমাজনা ইকাই খুম্নগনি।

ঐনা করিগুম্বা থবক অমা হেক তৌগে খন্নকপদা থবক অদু সমাজগী

কান্নবা থবক্লা নত্রগা মাঙননব্রা? খনবা তাই। ঐগীবু কান্নরবদি লৈবাক মাঙ্গে মাঙজশনু খন্না তৌবা থবক্তি থবক নত্তে, মদুদি খ্বায়দগী চাওবা পাপ তৌরিবনি। মদুদি মী অমা অনিখক থাঙনা য়াম্দুনা হাৎলুবদগী হেন্না মাঙনিংঙায় ওই। থবক খুদিংমক ঐগী ইশাগী কান্নবা ওইবগা লোয়ননা সামাজগীসু কান্নগদবা ওইরবদি তৌবা য়াই। ঐগী মাঙজরবসু সমাজগী কান্নবা থবক তৌবদি অথোইবনি। অদুগুম্বা মীশক্তি ইতিহাসকী চেনাশিংদা অমর ওইনা লৈহৌগনি। মরম অসিনা পূক্লিং-ব্রাখলদা সমাজবু খক কাউথোকপা চুমদে। মীদি সামাজিক প্রাণী ওইবনিনা সমাজগী হেক খন্দ্রিবমখৈ মীওইবা হায়বা থাক্তা খক কাখৎপা ঙমদে। ইশাগীত খনবা মীবু অচঙবা মীশক্লি কনানসু হাযবোই। শা-ষণশিংনা মশা মশাদগী হেন্দোক্তুনা খজিক্তং চাওখ্রবা মচা-মশুশিংগী ফাওবা খন্দে, থাক অদুদা হন্থখ্রবদি মীসু শা ওল্লি। মীদি মানা হিংলিবা সমাজ অদুগী যাইফনবা খনবা অমদি তৌরগা মীওইবা ওই অদুগা খন্দ্রগা অমদি তৌদ্রগা শা ওল্লি। ঐখোয় মীওইবা ওইনা হিলমগদ্রা, শা ওল্লগা শিখিগদ্রা? খঞবা তাবি। ইশাগী অমদি ইমুং-মনুংগীদমক শিব-নাবা কিদনা, নোংজু-নুংশা মবক্তা কন্না শুবগা ইচা-ইশু, ইমুং-মনুংনা লুনা-চান্না খনগনি, অদুগা সমাজনদি মহাকপু য়াম্না ব্রাংনা লৌরোই। অপোকপী মমানা মচাদুবু নুংশিজবদা থোইদোক্লা থাগৎনিঙায ওইদে, মদুদি হৌনশা মচৎনি। অদুবু লমলানবা মীচাবু ইচামক্লি খন্না নুংশিবা ঙম্লবদি থাগৎনৈ, শোন্নে। ঐনা পূকথন্না চারবা তুংদা ঐগী অরেম্বদু অতোপ্পদা পীজবদগীদি ঐগী ইবুক কক্লগা মীঙোন্দা পীজবা ঙম্বদনা হেন্ন দান চাওফম থোকই। ইশাগী ওইজবা থাদোক্লগা সমাজগী কান্নবা য়াইফগদবা খল্লগা থবক তৌরবতদা অচঙবা মী ওই।

ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা সমাজগী খন্না থবক য়াম্না তৌরম্বা ঙমদবা য়াই অদুম ওইনা সমাজগী মাঙননবা থবক্তি, থব্রাই থরবসু তৌরমদবা ফৈ। মশাগী খনবদা সমাজবু মাঙননবা তৌরম্বা মীদুদি শিরবা মীনি অদুগা হয়েং তুংদনা সমাজদা মরূনা য়ুরগদৌরিবা হূ পুবা মীশক্লি।

মীওইবনা মানা মানা খল্লিবা তৌরিবা থবক অদুনা অদুক্কী মতিক সমাজদা পাকশলনা কান্নবা পীরিবমখৈ মহাকপু অদুক্কী মতিক-ব্রাংনা সমাজনা খন্নে। মীগী

গুনগী ঙমখৈদি মাগী পূক্লিং-ব্রাখল অমদি থবক্কী মহৈনা লেপ্পি। সমাজগী কান্নববা থবক অমত্তং পাংথোক্লুম্বা মীদি পোকচমল মহৈ যাল্লবনি। মিংচৎ উবোঙ খিল্লম্লবনি। শিববসু অমব ওইরবনি হায়না লৌবা যাই।

মীওইবগী অথোইবা গুন্দি অতোপ্পগী যাইফনবা খনবনি। মীগীদমক খবদং তৌবম্বনি। কনাগুম্বা অমা কবোডপতি ওইজবা যাই অদুবু মহাক অদুনা অতোপ্পকী যাইফনবা কবিঅমত্তা খন্দ্রবদি কনা'মত্তনা মহাকপু অফবা মীশক্লি হায়না লৌনবোই। যাম্না লাইববা মীশক ওইজববসু মহাক্কী লৈজবা পূম্নমক সমাজগীদমক কৎথোকপা ঙম্লবা মহাকপুদি সমাজনা অৱাংবা খুদাদা থাঙ্গত্তুনা থমগনি।

শেল-থুম খক্ত নত্তনা ব্রাখল-লৌশিং, থৌনা-লীংজেল, পুন্সিগী মমল যাল্লবা মতম্নচিংবসু মীয়ামগীদমক কৎথোকপা ঙম্বা মীশক্তি মীওইবগী ইতিহাসতা সনাগী কালীনা যেক্তুনা লৈহৌগনি।

মীওইবনা খল্লিবা ব্রাখল অমদি নিঙলিবা পূক্লিং অদুগী মতুংইন্না থবক তৌই। অদুগা তোয়না তৌরিবা হৈনবীনা লমচৎ ওইবকই। অদুনা মতম পূম্নমক্তা অফবা ব্রাখল খনবগা লোয়ননা অচুম্বা ব্রা ঙাঙবা অমদি অফবা থবক তৌননবা হোৎনবা তাই। অফবা অমদি অচুম্বা ব্রাখল খন্দবা কনা অমত্তদগী ঐখোয়না অফবা অমদি অচুম্বা তৌরক্কনি হায়না আশা তৌবা য়াগদ্রা? মঙোন্দা লৈতবা পোৎশকপু মীঙোন্দা করম্না য়েম্ভোক্কনি? ঐখোয় মীওইবগী নূংদা অফ-ফত্ত গুন পূম্নমক লোয়না লোত্তুনা লৈরিবনি। ঐখোয়গী নূংদা তুমদুনা, লোত্তুনা লৈরিবা অফবা গুনশিং অদু নোমদুনা হৌদোকপিবা, চিংথোকপীবা চঙই। লোত্তুনা লৈবিবা থৌনা-লীংজেল, থৌজাল, কৎথোকপা, অসিনচিংবা গুনশিং অসি ইতৎতত্তনা পুথোক্তুনা শীজিন্নবিবা অমদি ফোংদোকপা য়াম্না ফৈ। অদুগুম্বা অফবা গুনশিং অসি মীশক অদুদা য়াম্না লৈ হায়বা খঙলগা অতোপ্পশিংনা মহাকপু অচঙবা মীশক্লি হায়না লৌবিবনি। মতাং চাবা কয়াদসু মাগী অফবা গুনশিংদু ইপু পুথোরক্তুবদি লৈজরম্বা গুনশিংদু তপ্ন তপ্না মাঙশিল্লক্কনি। পৈশা পায়বা, লৌশিং শিংবা, লাইরিক হৈবা, থৌনা লৈবা অসিনচিংবা গুন কয়ামরুম লৈজরবসু ইন্দ্রী খুদুম চনবা ঙমদ্রবা লমচৎ কাম্বা মীদি অফবা অচঙবা মী অমা ওইবা খক ঙমদে। অদুনা মীওইবগী ফজবা

লমচৎনা মীবু শাগী থাক্তগী হেন্না ৱাংবা থাক্তা পুখৎলি। অহাওবা য়েঙ্খাং মচল অমদা পোৎলম কয়ামরূম পূন্না চঙই মতৌ অদুগুম্না অফবা অচঙবা মী অমদা অফবা গুন কয়ামকম লৈরবতদা ওই। অদুগুম্বা গুনশিং অদুগী মনুংদা লমচৎ ফজবা হায়বা গুনসি খ্বাযদগী মরূওইবা পোৎচঙ অমনি। লমচৎ য়াওদ্রবদি কাউদুনা থুম থাকহৌদ্রবা য়েঙ্খাংগুম্বনি। কনাসু পাম্না চাবোই। লমচৎ য়াওদ্রবা মীদু মবুদ্ধি-মবৌশিং, থৌনা-লীংজেল, মহৈ-মশিংনচিংবা অফবা গুন কয়া লৈরবসু মহাকপু সমাজনা য়েংনিংদে, তুকচ্চে।

মতম পূম্নমক্তা মীয়াম্না মঙোন্দা থাজবা থম্লবা, অকুবা থৌদোক-ৱাথোকশিংবু তপ্ন-ইংনা সম্তহিনবা পুবকপা ঙম্বা, মহাকপু হেক উবমক্তদা মীয়াম্না নুংঙায়বা ফাওরবা, মীনুংশি খঙবা, অচুম্বা ৱায়েল-বিচাব হৈবা, নিংহন্নবা লৈতনা হোৎনবা কনবা, বুদ্ধি-লৌশিং লৈবা, লমচৎ ফজবা, কৎথোকপগী থৌনা লৈবা অফবা অথোইবা মীশকশিংবু মী অচঙবা কৌনৈ।

# “ পাপ অমসুং পুন্য”

পাপ অমসুং পুন্য মীওইবনা তৌখিবা অমদি তৌবিবা অফ-ফত্ত থবক্কী অমদি লমচৎকী ফলনি। পাপ অমঙ্গলগী মশক্নি অদুগা মঙ্গলগী মশক্নি পুন্য।

অতোপ্পগী মাঙননবা খনবা অমদি তৌবা পাপকী মশক্নি অদুগা অতোপ্পগী যাইফনবা খনবা অমদি তৌবদি পুন্যনি। অমনা অমম্বনি অদুগা অমনা মঙালনি। অমনা নবক অমনা স্বর্গনি। অমনা বদনাম অমনা মিংচৎ। পাপ পুন্য কবিনো খঙননবগীদমক বেদ শাস্ত্রগী লাইবিক মযাম পাক্নবগী দবকাব থোইনা লৈতে। মীওইবা ঐখোয ইশা ইশানা তৌগদবা অমদি তৌবোইদবা থবক খঙজে। কবিগুম্বা থবক অমা তৌবগা পূক্নিং শোন্থববদি, থবক অদু তৌবা চুমদে, পাপনি লৌগনি। অদুগা থবক অদু তৌবগা পূক্নিংগী থৌনা হাপ্পবদি পুন্যগী থবক্নি হাযনা লৌগনি। কবিসু নত্তবা চনম অমদি তিলহৌ মচেৎ অমা ফাওবা লোৎলগা হুবান্দুনা চাববদি পাপনি অদুগা পূক্নিংদা কবি'মত্তা চিংনদনা শাদুম ফাওবা ইফোং ফোংনা চাববদি দোষ লৈতে, পুন্যনি খনবা যাই। আত্মাবু মীনম্বদি পাপনি।

মীগী মবল মথুম হুবানবা, মাঙননবা তৌবা মীশক্তি পাপীনি অদুগা যাইফনবা খনবা অমদি তৌবা মীশক্তি পুন্যাত্মানী।

পূক্নিংদা ফত্তবা ব্রাখল, অবানবা থবক তৌগে খল্লক্লবদি পাপ চঙবা হৌববনি। মবমদি মীওইবনা তৌজবিবা থবক পূম্নমক্কী হৌবকফম মক্বদি পূক্নিং-ব্রাখলনি। থবক তৌগে হাযনা পূক্নিংদা হান্না খলকলগা তৌবা থবক ঙাক্তনি। পূক্নিংগী থৌইনশিন্দগী তৌবিবনি। অদুনা খ্বাযদগী মক্ব ওইবিবসি পূক্নিং-ব্রাখলনি। অফবা পূক্নিং অমদি ব্রাখলগী মতুংইন্না মীনা অফবা থবক তৌই। ফত্তবা থবক

অমদি হিরমদা পামজবা, খঞ্জবনা ফত্তবা থবক তৌহি। মীওইবগী লমচৎ-শাজত্তা পূক্লিং-ব্রাখলগী মমি তাই। মরম অসিনা ঐখোয়গী পূক্লিং-ব্রাখন্দা ফত্তবা থবকশিং অমদি অরানবা হিরমশিং চঙলক্তনবা হোৎনগদবিনি। পূক্লিং অসি মতম পুম্নমক্তা ইহাও হাঙনা খক থল্লোইদবনি। মতম লৈবখিবিক্তা অচুম্বা, অফবা, থৌনা, থৌজাল, নুংশিবনচিংবা অফবা ব্রাখলশিং অসিনা পূক্লিংসি থলহন্দুনা থম্বা ফৈ। অসিগুম্বা অফবা মঙালগী মশক ওইরবা গুনশিং অসিনা থন্না লৈরিবা কনাগুম্বগী পূক্লিংদা অমম্বগী মশক ওইরবা ফত্তবা য়েক্লবা গুনশিং অদুনা চঙলকপা ঙম্লোয়। নুংশিবগী মফমদা য়েংথিবা, কৎথোকপগী মফমদা অরিকপা, অচুম্বগী মনাক্তা অরানবা অসিনচিংবা অমগা অমগা য়েংথিনবা, য়ানদবা গুনশিং অসি পূন্না লৈমিন্নৌ হায়বা য়াদে। অমনা হান্না অমদি হেন্না য়াম্না লৈখ্রবদি য়েক্লবা গুন অমদু চেনখিনি। অদুনা কনাগুম্বা থৌজালহৈবা মীগী থম্মোয়দা নুংশিহৈতবনা চঙলুবা ঙমদে। কিগনবা কনাদা থৌনানা চঙউনিঙদে।

অদুবু মীওইবগী অফ-ফত্ত গুনশিং অসি মপান্দগী লাক্তুনা তশেংনা চঙলকপা নত্তে, হান্নদগী ঐখোয় ঐখোয়গী থম্মোয়দা, নূংদা লোত্তুনা লৈজবনি। থৌদোক-ব্রাথোক ফিভম মতমগী মতুংইন্না তুমদুনা লোত্তুনা লৈরিবা গুন অদু হৌগৎলকপতনি। অফ-ফত্ত খেন্ন খেন্নরবা গুন অনি অনি অসি ঐখোয়না মুন্না খল্লগা অফবা গুনশিংদুগী শক্তি হেনগৎহনবা অদুগা ফত্তবা অমদুনা হন্থহনবা, শোম্থহনবা য়াই। য়াবা খক্তা নত্তে, তৌগদবমক্নি। ইতত্তুনা দান তৌগনবা, তৌনিঙবা অসুম পোকহল্লগা দানী ওইবগী গুন য়াম্না হেনগৎলক্কনি অদুগা অরিকপা হায়বদু নূংদা মতোমতা অসুম অসুম শিজখিগনি। চহি হুম্ফু ফাওবা মীঙোন্দা লুপা মঙাসু দান হাপখিদ্রিবা অরিকপা শেল য়াম্না পায়বা অমনা লুপা লিশিং তরা-কুন দান খংতৌ তৌবা সুকঙম ঙম্লোয়। মরমদি মঙোন্দা কৎথোকপা, পীথোকপা হায়বা গুন্দু চহি হুম্ফু চুপ্না হাৎপদগী পুমশি শিগ্রবনি। মদুগী মহুত্তা অরিকপা, ওইজনাম হায়বা ফত্রবা গুন অদুনা মহুম চাওনা শাদুনা নুঙদা মপাঙ্গল কল্লবা নিংথৌ অমগুম্না পাল্লকখ্রবনি। ওইজনাম হায়বা গুন্দু য়াম্না কন্না লৈনা লৈনা কৎথোকপগী গুন্দুসু য়াম্না কন্না চাওনা লৈমিন্নহনবা য়াবা নত্তে। য়েক্লবা

মীশক অমনা ফমদুনা লৈরিবা চৌক্রি অদুমক্তা চঙশিন্দুনা ফন্নুনিঙবা মী লৈরোই। থৌজালসু হৈয়ু অদুগা নুংশি হৈতবসু ওইয়ু হায়বা থম্মোয়না, পূক্লিংনা য়াবা ঙমদে। থোঙবু মতম অমত্তদা থিংসু থিংউ অদুগা হাংসু হাংউ হায়বা য়াত্রা? অদুবু লৌশিনবা অমদি পীথোকপা হায়বা গুন অনি অসিদি দানী অমদি অরিকপগুম্না থোক ওন্ন-তৈনবা গুন নত্তে, অনিসিদি কয়াদি নুংশিনদনা তিন্নদবা য়াদবদগী তিন্নবা মরূপকুম্বনি। মীঙোন্দগী পৈশা তানবা হৈবা কনাগুম্বা মীশিংনা অতোপ্পদা অমুক দান তৌবসু তোয়না থেংনগনি। মহাক্কী কাববার অমা ওইনা শেল লৌবা, শেল ফংবা মীশক ওইরুবনা মহাক্কসু মীঙোন্দা খর খরদি পীথোকপা চুমই হায়না খল্লকপদগী পীথোকপনি। অনিসুবদা ঐনা মীঙোন্দগী শেন্দোং তত্তনা লৌরগা ঐনসু মীঙোন্দা ইপী পীদ্রবদি মীনা নুংশিরোই, মদুনা মমৈদদি ঐনা অতোপ্পদগী লৌরিবা শেন্দোং অসি লৌবা অমদি ফংবা য়ারক্লোই হায়বা খনবদগী পীথোরকপনি। ঐনা মীয়ামদগী লাখ লাখ তাল্লগা ঐনা মীয়ামদা লুপা চামতসু দান তৌদবা চুমদে খনবদগী তৌনিংদনা তৌবা দানসু য়াওদবা নত্তে। অদুনা অনি অসিদি তিন্ননিংদনা তিন্নবা মরূপকুম্বনি।

ঐখোয়না অহিং তুম্বা মতমদা হুরানবা চঙলক্কনি খন্দুনা থোঙ লোন্দুনা তুম্বগুম পূক্লিংদা ফত্তবা, অরানবা, মীবু তুকচ্চবা, অরিকপা, কিগনবা অসিনচিংবা ফত্তবা গুনশিং অসিদা থৌনা হাপশিল্লগদবা হিরমশিংদা খন্দনবা পূক্লিংসি থোঙ লোন্দুনা থম্বা ফৈ। ফত্তবা অমদি অরানবদা সুকখন খনবিদ্রবদি তপ্না তপ্না পূক্লিংদগী শিরক্কনি। অদুবু ওন্ন-তৈনবা অফবা গুনশিংনা পীক থন্না পূক্লিংদা থমহৌদ্রবদি অমুকসু মঙক লিংখৎলক্তুনা হৌগৎকে তৌরক্কনি। অদুনা পাপকী ৱাখলশিং অশি হাৎকে হায়রবদি ঐখোয়গী থম্মোয়দা, পূক্লিং-ৱাখন্দা পুন্য চেনবা অফবা ঙাক্তা খনবা অমদি তৌবা তাই। ঐখোয়গী পূক্লিং-ৱাখলবু জ্ঞান্না তত্তনা ৱারকপিবা চুমই। অফবা মাইকৈদা, অফবা হিরমতদা খন্নবা জ্ঞান্না লমজিংবিবা তংঙায় ফদে। পূক্লিং ৱাখলনা চৎনিঙ চৎনিঙবা মাইকৈদা পঙচৎ চৎখিদনবা বুদ্ধি-জ্ঞান্না তত্তনা শেন্নবিবা ফৈ। পূক্লিং ৱাখলগী ৱায়েল বিচার তত্তনা তৌগনি জ্ঞান্না।

মতম লৈবখিবিক্তা থৌনা ফবা, অচুম্বা পাম্বা, কৎথোক্লিঙবা, থৌজাল হৈবা, ইশাবু থাজবা, থবক শুনিঙবা, নিঙহন্নদবা অসিনচিংবা অফবা ৱাখলশিংনা পূক্লিংবু থলহন্দুনা থমগনি। অফবা ৱাখলশিংগী মরক্তা করিগুম্বদা ফত্তবা ৱাখলশিংনা লিৎশিন্দুনা চঙলক্লবদি মঙক লাক্তুনা ইম্থোকখিগদবনি। অমুক হন্না ইনাক্তা লাক্তনবা থাপ্না তানথোকখিবা তাই। মমৈদদি মহাক চঙবা ঙম্লক্লোয়। পূম্নমকসি হোৎনরগা লোয়না তপ্না তপ্না ওইথোকপা ঙমগনি। অহানবদদি খরা ৱাবা য়াই। হকচাংদগী ওপরেশন তৌরগা ফত্তবা নূংনচিংবা লৌথোকপদা ঐখোয়না মতম খরা অৱাবা খাঙবগা চপ মান্নে। ফরবা তুংদদি কুইনা নুংঙায়বা অদুমকনি। অহানবদা 'রাম রাম' হায়না শোনবা ফাওবা হৈরমদবা অপঙবা কালীদাসনা 'মরাম মরাম' হায়রম্মী। মমৈদদি অফাওবা কবি ওইখি।

মী হাৎলগা মকোক্তুনা লীক ওইনা শীরগা চৎলম্বা ডাকু অঙ্গুলীমান্না অফাওবা বাল্মীকি মুনী ওইখি অমদি রামায়ণ মহাকাব্য ইখি। হোৎনরবদি ঐখোয়গী পূক্লিং-ৱাখল অসি অফবা মাইকৈতদা খলহনবা য়াই। খনগে খল্লুদনা, নিঙগে নিঙলুদনা খল্লক নিঙলকপা ফত্তবা ৱাখল কয়া কয়া নমশিন্দুনা থম্বা য়াই। নূংদা লৈরিবা ফত্তবা গুনশিং অদু শুকহৌ হৌগৎলক্তনবা মতম পূম্নমক্তা নমথদুনা থম্নবা হোৎনগনি। মতম কুইনা হৌগৎহন্দ্রবদি মপাঙ্গল শোম্থরক্কনি। মমৈথঙদা পূমশি শিথ্রবগুম নিঙলক্কনি। মরম অদুনা তুংদদি ফত্তবা পাপকী ৱাখল লাকপা হন্থরক্কনি। থৌনা ফবা, জ্ঞান লৈবা, ইন্দ্রী খুদুম চনবা ঙম্বা কনাদি শুপ্নাক লাকহন্দবা ঙম্লকই। পাপকী ৱাখলশিংনা কোয়শিল্লদ্রবদা পূক্লিংসি পুন্যগী ৱাখলশিংনা নুংঙায়না লেঙদনা লৈবা ঙমজগনি।

অফবা গুনশিং অসিদি অথোইবা মহাপুরুষশিং অমদি যোগী ঋষীশিংগী পূক্লিংতদা লৈগদবনি ঐখোয়গুম্বা মী মচাশিংদদি ওইথোক্তে হায়না খক খনফদে। ঐখোয় পূম্নমক অফবা ৱাখল, অফবা থবক তৌবা ঙম্নবা হোৎনফম থোকই। য়ারিবমখৈ ফত্তবা হিরমদা পূক্লিংনা চঙলুদনবা ইন্দ্রী খুদুম চনবা তমগনি। পূক্লিংদা পাপনি খনবা থবক পূম্নমক থাদোকপা ফৈ। ফত্তবা ৱাখল, ফত্তবা থবকশিংদু থাদোকপা থোইন য়াম্না লুবা থবক নত্তে, লুরেল লুরিবদি পূক্লিংদা অচেৎপা ৱাশক্কা লোয়ননা থবকশিংদু ঙসিমক্তগী থাদোক্লগে হায়না লেপ্পদুনি।

মীওইবগী রাখল মী অমগা অমগা মান্নদে। কনাগুম্বনা পাপনি খনবা থবক্তু অতোপ্পা কনানা পুন্যনি হায়না লৌই। কনানা জীব হিংসা তৌব অমদি চাবা অচৌবা পাপনি হায়না লৌই অদুগা কনা'মনা শা-ঙা চাবনা মশা ফহল্লি, মশা ফরবদি লায়না-তিন্না চেন্দে, বুদ্ধি-লৌশিং হেন্না ফহল্লি, তৌনিঙবা থবক কয়া তৌবা ঙমহল্লি খন্দুনা মচা-মশুশিং অমদি ছাত্র-ছাত্রীশিংদা ইতত্তনা শা-ঙা পীজনরি। মদু পাপ নত্তে, পুন্যনি লৌই।

খৃষ্টান অমদি মুসলিমশিংদি শা-ঙা চাবদা ধর্ম্মনসু অয়াবা পী, পাপনি খন্দ অদুগা হিন্দু ধর্ম্ম নিংথিনা চৎলবশিংদি শা-ঙা চাবা ধর্ম্মনা য়াদে, পাপনি হায়না লৌই। অদুবু হিন্দু ধর্ম্মদা হকচিন্দবা সাধারন প্রজাশিংদি শা-ঙা চাবসু য়াওরি। বুদ্ধ ধর্ম্মদি জীব পূম্নমক্তা মান্নবা মিৎয়েং থমই। জীব হিংসা তৌবা শুকয়া য়াদে, অচৌবা পাপনি খল্লি।

পাপ-পুন্য, অফ-ফত্ত, অচুম-অরান, তৌহে তৌহৈদবা খায়রিবসি জীবশিংগী মনুংদা মী হায়বা কাঙলূপ অসিতনি। অতৈ জীবশিংদা মসিগী জ্ঞান লৈতে। ষণ-ইরোইনা শজিক চাবা অদুগা কৈনা শাহিং চাব, উচেকশিংনা তিন-কাঙ, উহৈ-রাহৈ, মরূ-মরাং চাব হৌনশানি। শেমদোক-শেমজিন, হোংদোক -হোংজিন তোয়না তৌরিবসিসু মী হায়বা কাঙলূপ অসিতনি। মসি অফ-ফত্ত, অচুম-অরান, পাপ-পুন্য খঙলুবগীনি। ফত্তবনি খঙলবসু মী কয়ানা মীগী মপোৎ হুরানবা, মী হাৎপা, ফত্তবা নিশা চাবা অসিনচিংবা কয়া তৌবসু য়াওরি। হুরানবদি য়াদবা, হুরানবগী লানথোঙ শিনবা, হাৎপদি পাপ পুগনি খনবা চাবদি য়াওবা, মখুৎমক্লা মী হাৎলুদবা, হাৎলুনবা লাম্থোঙ শিনবা কয়া লৈরি। মখোয় পূম্নমক পাপতি চপ মান্ননা পুমিন্নগদ্রা খল্লি।

নোংমা ঐগী মরূপ ময়াং অমনা ঙা অকংবা লৈবদা ঐনা- "অতেকপা ফ্রঙ ফ্রঙ চোংলিবসি লৈরগা চাউদনা " হায়রুবদা মানা
"ঐখোয়দি ঙা অচঙবা চাব ইকাইনৈ, হংসু হঙ্গোই"
"হাৎপগী পাপ পুগনি হায়বগীরা, ওইরমগনি?"
"খঙদে, ঐখোয়দি চানদে, অদুগী ওইরমগনি"।
"অদুদি তেকশি ওইনা লৈরগা চারোদনা, হাৎপগী পাপসু পুররোই।"

"তেকশি হায়বদি করিনো?" মানা হংলকই।
"তগৎ তগৎ তেক্ক শিরবা তেকশি"
"খঙদেদা ঐ ভাব তাদে" হায়বকই।
"ইহে, হুজিক্তা শিরিবা, পুমদ্রিবা " ঐনা হায়
"অদুদি অহিংবনিনে?"
"অহিংবা নত্তে, অশিবনি, হাত্তনা মতোমতা শিজবা হাৎলরোই, পাপসু পুবরোইদবনি।' ঐনা হায়।
"মনমদি নমথীগনি, হোরেন শেন্বদা।"
"নমথীদবা, পুমদ্রিবা লৈগদবনি।"
"এ: অপুন্বসু পুমদবসু লোয়না নমথীবনি ঙাদি"
- মাগা ঐগা ভাবলৌ অমমম লৌনবে হায়বা মমৈথংদা খঙলকই।

তশেংবনি, চাবদি য়াওরবসু হাৎপমক্তি য়াওনিঙলক্তবগুম তৌরক্লে, অহল ওইবা হৌরক্লব্রা খঙদে।

শক ১৯৬৬/৬৭ কী অদুৱাইদা নোংমা চীঙগী পাখংশিংনা চাননবা হাৎলগদবা ষন্দং অমা চেৎনা পূল্লগা ফুট ১৫/২০ গী অথাপ্পদগী খুত্তা তা অমমম পায়নরদুনা ষন্দং অদুগী সেগ্রাকী মিহুনফম তম্না হুঞ্জিদুনা খুৎ চুম্বা তান্নরম্মী, মখোয় য়াম্না হরাওরম্মী অদুগা কুম্মৈ য়েংবসু মী ফনা য়াম্না লৈরম্মী। ষন্দং অদুনা কিরদুনা চোংব-ফনবা মতৌদু উবগা ঐহাক ঐগী ক্বাটরদা থুনা হল্লকখি। মদু ঐঙোন্দা অচৌবা পাপ অমগুম খনখি। পূক্লিংসি পোৎথাফম খঙখিদে। নোংঙাল্লগা খুনগী অহনশিংগা ঐগা পাপ-পুন্যগী মরমদা মরৈ কন্না য়েৎনখি। খুনগী অহনশিংনা চাননবগীদমক হাৎপদি ধর্ম্মনা যীশুনসু য়াই, পাপ নত্তে হায়। ঐনা মরৈ য়েৎনিঙমনদুনা -"যীশুনা য়াব ইরম্লোয়, বাইবল ইবশিংদু শা চাব মী ওইরমগনি। মখোয়না চানিঙবদগী বাইবলদা ইশিনবা ওইরম্বা য়াই। যীশুদি নুংশি হৈতবা, জীব হাৎপা চাবা মীশক ওইরম্লোয়।" করি করিনো খঙদে, নুমিত্তু য়াম্না য়েৎনখি।

হুজিকসু খল্লি, ঐখোয় মীওইবসি অফ-ফত্ত, অচুম-অরান, পাপ-পুন্য য়াম্না নৈনরি। থৌজাল হৈবা, মীনুংশি খঙবা, লৌশিং শিংবা, ধর্ম্ম চেনবা,

জীবশিংগী য়াইফনবা খনবা খ্বায়দগী অথোইবা জীবনি হায়দুনা ঐখোয় ইশানা ইশাবু থাগৎনরি। অদুবু ঐখোয় মীওইবনা থৌজাল হায়বদু মচেৎ অমত্তা পক্তবমখে শা-ঙা হাৎলগা চারি। হুজিক হুজিক্কী চাননব খক্তা নত্তনা হয়েং তুংদা চাননবা শা-ঙা হাৎলগা কংহন্দুনা, য়াইফৌ শেমদুনা, ঙারি শেমদুনা, হেন্দাক (কুপশু) শেমদুনা, থোংলগা কৌটাদা, লিক্লিদা হান্দুনা থম্নরি। মসিবু থৌজাল হৈব জীব ওইবনি হায়গদ্রা? চুম্নগী শা-ঙা হাৎলগা লীব খক্তা নত্তে, মীনা মী হাত্তোক্লরি, বম, তোপ, নোংমৈ কয়া শাদুনা মী মপৈ মপৈ হাত্তোক্লবা খুৎশু-খুৎলাই শানবি, হাৎনবি। অহানবা লাঞ্জাও, অনিশুবা পৃথিবী লাঞ্জাওদা মী লাখ লাখ হাৎখি। হুজিকসু পৃথিবীসি তবামবিবক হন্না তুম্না হাৎপা ঙমগদবা খুৎলাই শাগত্তুনা থম্নবি। মদু অতৈ নত্তে, মীনা মী হাৎকদবগী থমলিবনি। মসিবু মীওইবনা খ্বাযদগী শিংবা জীব ওইবগীবা? মসিবু মীওইবনা যাইফবা, পুন্য পান্বগীবা? পৃথিবীগী জীবশিং অসি পূন্না মিটিং তৌরগা জগৎকী মনুংদা খ্বায়দগী ফত্তবা, খ্বাযদগী পঙবা, খ্বায়দগী তমথীবা পাপী ওইবা জীব অমা খল্লু হায়না খলহল্লবদি শা-ঙা, উচেক, তিন-কাঙ পূম্নমক্কা চপ মান্নবা খোঞ্জেল অমত্তদা “মী” নি হাযবক্কনি। মীদগী হেন্না তমথীবা জীব লৈতবা মাল্লি খল্লি।

ফত্তবশিংবু থাদোকপা ঙমদ্রবদি ঐখোয়সি পাপী ঙাক্তনি।

# "থৌনা অমসুং কিব"

থৌনা অমদি কিব অনিসি জীবদা লৈব অমগা অমগা ওন্ন তৈনবা ইহুন্নি। ইন্দ্রীগী পাঙ্গন্নি। অমনা কনবনি অদুগা অমনা শোনবা। পূক্লিংদা লৈরগা থৌনা অদুগা হকচাংদা লৈরগা পাঙ্গল কৌই।

মাঙদা তারিবা, পাংথোক্কে খল্লিবা থবক অদু চিংনবা লৈতনা, নিংহন্নবা য়াওদনা অমদি অকিবা লৈতনা পাংথোকপা নত্রগা পাংথোক্কে হায়না খনবগী অচৌবা পূক্লিংগী শক্তি অদু থৌনানি অদুগা পাংথোক্ত্রিঙৈনা ঙম্লোয় হায়না পূক্লিং ইহুন্দু শোন্থনা খল্লিবদু কিবনি। অকিবনা হান্না লৈজরম্বা পূক্লিংগী থৌনাদু শোন্থহল্লি।

মীওইবগী পূক্লিং ইহুন পূম্নমক্কী মনুংদা থৌনানা খ্বায়দগী হেন্না কান্নবা অথোইবা ইহুন্নি অদুগা অকিবনা খ্বায়দগী কান্নদবা। থৌনাদি থৌগৎপা তেংবাঙবনি অদুগা কিবদি চিংথব-শোন্থহনবনি। অমনা মাঙদা চৎখৎপনি, অমনা তুংলোমদা হনবনি। মীওইবগী পুন্সিদি মাঙলোমদা লেপ্তুনা চঙশিনবনি। মরম অসিনা মাঙলোমদা ইল্লিবা ইহুন থৌনা য়াওদ্রবা পুন্সিদি অরেম্বনি, কান্নদ্রবনি। থৌনা য়াওদ্রবদি মীওইবনা অচৌবা থৌদাং অমত্তা পাংথোকপা ঙমদে।

হকচাংগী পাঙ্গন য়াম্না কনবা কনাগুম্বা মীশক অমদা পূক্লিংগী থৌনা য়াম্না শোন্না লৈবসু য়াই অদুগা থৌনা য়াম্না শোনবা মীশক অমদা হকচাংগী পাঙ্গন্দি য়াম্না কনবা য়াই। থৌনাদি পূক্লিংগা হেন্না নকশিন্নে অদুগা পাঙ্গন্দি হকচাংগা। হকচাংগী পাঙ্গন্দি য়াম্না কনজরবসু য়াম্না কিগনবা মীসু লৈ অদুগা মপাঙ্গন্দি য়াম্না শোনজরবসু অঙকপা থৌনা লৈবা মীশকসু য়াওদবা নত্তে। হকচাংগী পাঙ্গন লৈবগা

লোয়ননা পূরুক্লিংগী থৌনাসু য়াম্না লৈরবদি অথোইবা মীশক্লি। থৌনা লীঙজেল য়াম্না লৈবা মীবু অতোপ্পশিংনা ইকাই খুম্নে। থৌনা লৈবা মীদি পাঙ্গল শোল্লবসু কল্লি অদুগা মতীঙ লৈতবা কিগনবা মীদি মপাঙ্গন কন্না কন্না শোল্লি।

অকিবা লৈতবা, শিব কিদবা, মরীঙজেল ফবা মীদি অপিকপা অমদি পাঙ্গন শোনবা মীশক ওইজরবসু অতত্তায়ী তারকপদা মাই লৈদুনা চেন্দে অদুবু পাঙ্গন কনবা, চাও-শাংবা মীশক ওইজরবসু খুদোংথিবা থোক্লকপা, অতত্তায়ীগী মতমদা লীন্দা লৈতবা, মথৌনা য়াওদ্রবদি ইশোন শোষ্করকই, কিরকই।

থৌনা অমদি কিবা অনিমক মীওইবগী নুংদা য়াওবা পোৎশক্লি। মপান্দগী লাকপা নত্তে। মুন্না খল্লগা অফবা ইহুনশিংবু হেনগৎহনবা অদুগা ফত্তবা ইহুনশিংবুনা মাঙহন্নবা হোৎনবা য়াই, হোৎনগদবনি। মশাগী ইজ্জৎ-সন্মান, তৌফম থোকপা, মথৌ মশক খঙবা, অশেংবা ফীরেপ অমদি খন্থবগী বুদ্ধি লৈবা মীশিংদি মরম চাদনা কিগনবা, অয়ন্বা খক ওইদে। মীওইবনা মরম চাদনা কিগনবা ওইরিবসি তশেংনা মশানা মশাবু মশক খঙজদবা,ইজ্জৎ-সন্মান অমদি পুন্সিগী অর্থ খঙদবনি হায়না লৌবা য়াই।

ইকাইবা, চিন্তা, শাউগনবা, তুকচ্চবা, কল্লকপা অসিনচিংবা ফত্তবা ইহুন পূম্নমক্তগী 'কিব' না খ্বায়দগী ফত্তে। অতৈ ইহুনশিংদি মফম, মতম, মতাং অমা নত্রগা অমদা কান্নবা খজিক্তা ওইরবসু ফংবা য়াই অদুবু কিগনবদি বুদ্ধি, লৌশিং, থৌনা, পাঙ্গল, ইজ্জৎ সন্মান পূম্নমক্তা মাঙহল্লি। কিগনবনা কান্নবা অমত্তা পীরক্তে। কিরবদি ইশা ফাওবা চুম্না লেপ্পা ঙমদে, থক থক নিক্লকই।

মরম চাদনা চিংনবা, অন্ধবিশ্বাস, চিন্তানচিংবনসু অকিবদা মতেং পাংশিল্লকই। অকন-অথৌ অমদি য়াইফ-থৌরাং অমগীদমক খোঙশাল্লকপদা অন্ধবিশ্বাসী য়াম্না ওইবা চিংনগনবা মীশিংনা ৰাইশিংলম্বা মী, ৰাই শিংনবা শুমজিৎ, হৌদোঙনচিংবা ওক্লরবদি মবুক্লিংদা অমঙ্গল ওইরগনি খন্দুনা নিঙহন্নে, থৌনা হল্লি। মহাক্কী খোঙচৎ অদুগী থবক্তু মঙ্গল ওইররোই হায়না পূক্লিংগী থৌনা শোম্বহল্লি। তৌগে খল্লিবা থবক অদুগা ৰাইশিংপ অমদি শুমজিৎ অদুগা কদায়দগী

করম্না মরী লৈনহল্লুরিবা? অমনা থবক্কীদমক লম্বীদা লাকপনি অমনা মোৎলবা লম-ৱাই শেংদোকচবনি। হৌদোঙসু মাগী অনিঙবা অমগী লম্বী চচ্চবনি। কৈদৌবগী হৌদোঙ থেংনরগা অমঙ্গল ওইরনি খল্লুরিবা? মহাক্না থেংনরুরিব হৌদোঙ অদুসু মাগী থবক্তু অমঙ্গল ওইরমগদ্রা? হৌদোঙসি য়াম্না কান্নবা, নুংশিবা জীবনি হায়না খনবা ঙমদবা মীশক ওইবা নত্রা? হৌদোঙ অদুনা মীওইবগী মীরোল খঙবা ওইরম্লবদি মহাকপু কয়াদ ৱারৌরমগনি। লম্বীদা ঈশিং অথনবা পাত্র পুদুনা চৎলম্বা কনাগুম্বী নুপীশিংগা থেংনরগা মঙ্গল ফৈ হায়না থম্মোয়দা খনবা অদুগা খালী পাত্র পুবী থেংনরগা ফররোই খনবা হৌনব্রা? অসুম্না ঐখোয়গী ইরক্তা অন্ধবিশ্বাসী ওইবা মী য়াম্না লৈরি। ইলেক্সন মতমদা কেন্দ্র অমখক্তা কেণ্ডিডেট মঙা তন্নক লেপ্পি। ভোৎ থাধগদবা নুমিত্তা মখোয় পূম্নমক্কী থোঙ্গান্দা ঈশিং থন্না হাপ্লবা সনাবুল, লোয়না খিন্নৈ, ধুপ-থাউমৈ থান্নৈ অদুবু কাবদি অমত্তা কাদনা মখোয় লোয়না মঙ্গল ওইব্রা? হোয়, থাজরিবশিংনা পূক্লিং পেঞ্জনবা তৌজরবসু মদুমক্তা কা হেন্না থাজবা অন্ধবিশ্বাসী অমদি ওইদনবা হোৎনবা ফৈ। নুমিৎ অফবদা, অফবা পূংফমদা য়াত্রা হুন্দুনা শাখিবা য়ুম কয়ানা লাইরবা ইমুং ওইরকপসিনা করিগী? য়াত্রা হুনবিখিবা মাইবা-পাঞ্জীশিংদুদা তাইনরুবা য়াগদ্রা? ধুপ-থাউমৈ য়াম্না কৎলগা লক্ষ্মীনা চানবিগদবা লৈরবদি থবক শুবগী মহুৎ ধুপ-থাউমৈ য়াম্না কৎপা তান্নদুনা লৈবনা চুপ্লোয়দ্রা? নোংম নোংমগী খজিক খজিক কৎপদা লক্ষ্মীনা চাল্লবদি নোংম-নিনি খক্তংদা লাইতং-শংবাই কৎশিল্লবদি লক্ষ্মীনা ঐগী য়ুমদা মখোঙ থুদেক্তুনা ফমদুনা লৈরগদ্রা? ঈশ্বরদি মাবু পূজা তৌবা অমদি চৈবা মীশক অমত্তদা নুংশিদে অমদি শাউদে। লেপ্তুনা কন্না থবক শুবা মীশিংবুতা চানবি। ধুপ-থাউমৈ ললোনবশিংনা হায়বা ইল্লবদি ঐখোয় নোংমদি মুৎকনি। অরেম্বদা কা হেন্না অন্ধবিশ্বাসী ওইদবা ফগনি।

লাইৱা-তিলৱা, যাদু-মন্ত্রদা থাজবা মী য়াম্মী। অদুবু লাইৱাদু করম্বা মতমদা, করম্বা লাইনা কনাদা তশেংনা তাকলমগনি হায়না খঙ্গবা মী য়াওদে।

লাইব্রা তমফম করম্বা লাইফম, করম্বা স্কুল-কোলেজ লৈবগে? খন্থদবা অপঙবশিংদগী চলাকহৈবা, থোক হৈবশিংনা শেল তানবা য়াননবা তৌরিব্রা হায়বা ঐখোয় কনাসু খন্থরুনিঙদে। খন্থরুরবদি শেল তিংলোয় খনবনরা খঙদে, পঙপী পীথোক্লে, পঙকৎ কৎনৈ। খুদোপতা, লিকতা য়াইফ লাইব্রা হাপ হাপ্তুনা লাইরিক লাইশু হৈরবা অন্ধবিশ্বাসীশিংনা পৈশা চঙনা শিনৈ। খঙদে, খুদোপ অমদি লিকশিং অদু শিরবদি মীনা ফুরক্লবা ফাওবদা নাবোইদব্রা? মদুতঙ্গা নোংমৈ-থাং চঙদবা লাইব্রা য়াওরবদি খুদোপ্তু মী খুদিংমক শিব ফৈ। পূম্নমক অপঙবা অমদি অন্ধবিশ্বাসীশিংদা মীনশ্বীবা নত্তনা করি ওইফম থোকই। লাইদ কৎলুবা পোৎ অমত্তং ঈশ্বরনা ফৈ-ফত্তে, হাওই-হাওতে হায়রকপা থেংনব্রা? ঐখোয় খব মুন্না খন্থবা ফরে। খন্থদবা অন্ধবিশ্বাসনা ঐখোয়বু কিহল্লি, শোন্থহল্লি, পঙশিলহল্লি, থৌনা লৈহন্দে।

অতোপ্পগী ব্রা তাশিনবিয়ু অদুবু থবক্তি ইশাগী অপাম্বা অদু তৌবিয়ু। পূক্লিংদা লেপশ্রবা, ঙমগনি থাজবা ফীবেপকা লোয়ননা তৌবিযু। থবক অমা তৌব মতমদা চিংনবা, অকিবা লৈতনা শোয়দনা মাই পাক্কনি খন্না তৌবিয়ু। ইশাবু ইশানা য়াম্না থাজনা অফবনি খনবা থবকশিংদু অচেৎপা ফীরেপকা লোয়ননা তৌগনি। চিংনবা, অকিবগা লোয়ননা তৌরবদি থবক্তু কৈদৌঙৈদসু মাই পাক্লা তৌব ঙম্লোয়। সর্কসকী য়োৎলী মথক্তা খোঙনা, একাগাড়ীনা চৎলিবা মহাক্লা চিংনবা, অকিবা ফাওরবদি য়োৎলী মথক্তুগী শোয়দনা তারক্কনি। শাহিং চাব নোংশা, কৈ, শাওমনচিংবা শা কয়াবু লিলাগী আইতেম কয়া উৎলিবা মীশক্তুনা শাশিং অদুদা অকিবা, চিংনবা খজিক্তং উৎলুবদা মহাকপু শাশিং অদুনা শেক্তুনা চাখিবা য়ারিবনি। মশাবু থাজবা অৱাংবা থৌনাগা লোয়ননা শাশিং অদুগা লোয়নবা, লাওরকপা, ইঙ্গিৎ পীরকপা, ওর্ডর তৌরকপদা শাশিং অদুনা কিরদুনা মালিক অদুদা থাজরদুনা য়াথং অদু ইল্লিবনি। শা পান্নরিবা মীশক্তুগী থৌনাদুদা শাশিংনা কিবননি। য়াম্না লুম্বা পোৎ পুরিঙৈদা য়ৌবা ঙমলরোই থাধরসিরা হায়না পূক্লিংদা হায়ফেত্তং খল্লকপদা হুন্থখিবনা হাল্লিবনি। পূক্লিংগী থৌনাদু খজিক্তং হল্লকপদা মাইথিরিবনি।

মায়োক্লবা লানফমদা পূক্লিংগী থৌনা হল্লগা লানথেংনবা খক ঙমলোয়। শিরবসু মাই ওন্দুনদি চেল্লোয় খন্না থৌনা ফনা থেংনরবতদা জয় ওইবা মায়পাকপগী ফিরাল থেৎলিবনি। লানথেংনদ্রিঙৈনা য়েক্লবনা শোয়দনা ঙমগনি খল্লগা থেংনবা লানফমদা মায় পাকপা ওইথোক্তে। কিদনা থৌনা ফনা থেংনরবদি চুশাং অমত্তনসু কৈজাও অমা হাৎলি হায়বা ৱা লৈ। থৌনা লৈতবা, কিগনবা মীশক্তি শাগী শিকার চৎলগা কৈ উবতদা পাখত্তুনা খুত্তা পায়রম্বা নোংমৈদু লৈবাক্তা থাধখিবা খঙহৌরোই।

লাইচৎ-লায়না অমা শন্দোরক্লে হায়বগী পাউ তাবতদা লাইচত্তু য়ৌরক্লিঙৈনা অয়াম্বা নুপীশিংদি কিবনা পাখৎপা য়াম্মী। চুম্নগী হকচাং খজিক্তং নুংঙায়তবদা লাইচত্তুনা মঙোন্দা নারবোই খন্দুনা মতোমতা পাখত্তুনা শিব য়াওরিবনি। য়ুম মৈ চাকপা মৈপোক-লাংপোক্কী থৌদোক থোকলগা নিকপনা মশাদু চৎপা ঙমদবা, ৱাম্ববা কয়া য়াওই। পূম্নমকসি থৌনা ৱাৎপগী খুদমনি। খুদোংথিবা অমা তারগা হান্ননা পাখৎপা চুমদে। তপ্পা-ইংনা খম্বদুনা খুদোংথীবা অদু কনবা, ঙাকথোক্লবা অমদি নাম্থোক্লবা হোৎনগনি।

ঐখোয়গী পূক্লিং-ৱাখল অসি তৌগদবা থবক পূম্নমক অফবরোমদা ঙাক্তা খনগনি, তৌগনি। অফবা থবক তৌরগা পূক্লিংদা শান্তি অমদি থৌনা হেনগৎলি। অরানবা মাইকৈদা খোঙ থাংলুরবদি থৌনা হল্লি, কি। মীনা তৌবা ঙম্বা থবক্তি ঐসু ঙমফম থোকই, ঙমগনি হায়বগী আশাদা চেৎনা থাজবা থমদুনা নিঙহন্নবা লৈতনা কন্না হোৎনরবদি শোয়দনা মাই পাক্লা থবক্তু তৌবা ঙমগনি।

থবক্তু হৌদ্রিঙৈদা থবক্তুগী অৱাবা অমদি অরূবা ময়ামদু খন্দুনা ঙমঙগদ্রা ঙমলোয়দ্রা হায়না ৱাহং ময়াম অমা চিংনবগা লোয়ননা ইশানা ইশাদা হংদুনা লৈরবদি কেদৌঙৈদসু থবক্তু পাংথোকপা ঙমলোয়। চিংনবা, অকিবা, পূম্নমক থাদোক্তুনা থবক্তু খুদক্তগী হৌরগে লেপ্পিয়ু। হৌবু হৌব্রবদি লোয়দ্রিবা ফাওবা হনবা লৈতনা হোৎনবিয়ু। হোৎনবা মীশিংগী মখোঙদা মায় পাকপনা শোয়দনা চুপ্লগনি। শেল-থুম, মিংচৎকী, মায়থীবগী ৱাখল অমত্তা খন্দনা থবক্তু তৌবিয়ু।

জগৎ পূম্নমক অদোমগী থবক্কী মতেং পাংলক্কনি খনবিয়ু। অফবা, অচুম্বা, হোৎনবা কনবা মীগী মতেংদি খক ব্রাৎলোই। মায়থীবা, মায়পাকপা লাক্লিংবা লাকশনু চিংনবিনু। থবক তৌদবা মীগী মায়পাকপা, মায়থীবা লৈতে। মায়থীগনি, মিংচৎ থীগনি খনবগী অকিবনা অদোমগী খুৎ পায়দুনা খামহনগনু।

লাইরিক কয়ামুক হৈরবসু, মপাঙ্গল কয়ামুক কনজরবসু, শেল-থুম য়াম্না পায়বা মীশক ওইজরবসু অয়ম্বা কিগনবা মীশক্তি চিংনবনা মখোঙ থাংবা ফাওবা ঙন্নোয়। চিংনবা, অকিবা পূম্নমক থাদোক্তুনা মীওইবগী য়াইফনবা অফবা থবক অমমমতদি থৌনা ফনা মায় পাক্লা তৌরমসি।

মরৈবাক্কী নিংতম্বা ফংননবা থৌনা ফবা, শিব কিদবা, মরৈবাক নিংবা কয়ানা নোক্লা থব্রায় থাদোক্তুনা শহীদ ওইখ্রবশিংবু লৈবাক্লা ইকাই খুম্নে। পূজা তৌনৈ।

ইরৈপাক-ইজাতিগী য়াইফ থৌদাং পাংথোক্লবা হোৎনবদা শিব কিদবা থৌনা লীংজেল লৈরসি।

# “নুংশিবা”

‘নুংশিবা’ হায়বসি মীওইবগী ৱাহৈ পূন্নমক্কী মনুংদা খ্বায়দগী থুন্বা ৱাহৈনি। জীবশিংগী থম্মোয়দা ফাওনরিবা নুংঙায়বা, অশাউবা, ইকাইবা কপ্পিংবা অমদি নোক্লিংবা অসিনচিংবা ইহুন পূন্নমক্তগী অথোইবনি নুংশিবা। নুংশিবগী খোন্থোক অমদি অর্থ অনিমক ফজে, নুংশি।

ফজব দৃশ্য, নিংথিবা চেংলৌ উরগা থম্মোয় শুমহৎলি। নুংশিবা সুর, খোঞ্জেল অমদি নূংওনবা মপাও তারগা থম্মোয়দা নুংঙায়বা ফাওরকই। লৈরাংগী নুংশিবা লৈনম ফংলগা থম্মোয় পেল্লি।

মিৎ, নাকোঙ, নাতোনগী থোঙদগী ফজবা, নিংথিবা, নুংশিবনা থিঙবা ঙমদনা থম্মোয়দা চঙখিদুনা কোরৌগী মৈশা ফংলবা ঊনগুম থম্মোয় মহি চেল্লকই। নুংশিবা কনাগী নিংথিবা মতৌ, য়েংথোরকপা নুংশি মিৎয়েং, খোইথুম্নরবা য়াৱা কয়া উরু-তারুরগা খঙহৌদনা থম্মোয়দা নুংশিবা পোল্লকই। তুমিন্না লৈজরম্বা থম্মোয়দা নুংশিবা য়াকাইহরিবসি মিৎ, নাকোঙ অমদি নাতোনগী মতেংননি।

নুংশিবা খক্ত নত্তনা শাউনিংবা, নোক্লিঙবা, কপনিঙবা, থৌজাল অমদি ইকাইবনচিংবা থম্মোয় ইহুন পূন্নমকপু য়াকাইহল্লিবসি মিৎ, নাকোঙ অমদি নাতোননি।

থম্মোয়গী অৱা-নুংঙায়গী ইহুনশিং অসি মিৎ নাকোঙ অমদি নাতোন্না লৌশিঞ্জরবসু ফাওরিবা ইহুন অদু অমুক ফোংদোকপা মতমদদি মরূওইনা চিন অমদি মিৎ খক্তনা তৌই। থম্মোয়গী পাউদমদু ৱাহৈনা অমদি মিৎয়েংনা অয়াম্বা

ফোংদোকখি। নাকোঙ অমদি নাতোন্দি ফোংদোকপদা থৌদাং ইলৌ লৌদে। নাতোন্দি করিগুম্বদা শুক্কত্তুনা ফোংদোকপসু খর খরদি হৈ হায়বা য়াই।

পঙলিবা অঙাংদগী হৌরগা লৌশিং ঙ্তান মপূং ফারবা মী পূম্নমক্কী থম্মোয়শিংনা নুংশিবগী ঙমখৈ ওইবনি। শুপ্নগী মীওইবা জীব খক্ত নত্তনা তাইবঙ জীব কয়াগী থম্মোয়দা নুংশিবনা চঙলুই। থম্মোয়দা য়ৈররিবা প্রেমগী প্রতিধ্বনি অদু নুংশি মিৎয়েং অমদি নুংশিবা ৱাহৈনা ফোংদোকই। কনাগুম্বনা নুংশিবদি মিত্তগী পোকপনি হায়। অচুম্বনি, নুংশিবগী হৌফম অমদি তারুফমদি থম্মোয় ওইজরবসু মিৎনা পামজবা, নুংশিবা শক্তমদু উরুরগা থম্মোয়না নুংশিবা ফাওরকই। অদুগুম্না নাকোঙনা অমদি নাতোন্না নুংশিবা খোঞ্জেল, মপাও তারুরগা অমদি করিগুম্বা নুংশিবা মনম ফংলগা থম্মোয়দা পামজবা, নুংশিবা ফাওরকই। মরম অসিনা মিৎ, নাকোঙ, নাতোন অসি থম্মোয়গী ইহৎনশিংবু য়াকাইহল্লিবা পাম্বৈশিংনি।

শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিবা শকফম, নুংশিবা শাথেক উরুবদা শ্রীমতি রাধিকানচিংবা ব্রজগোপী লিশিং লখাগী থম্মোয়দা প্রেমগী ইথক হৌরকখি। খম্বনা থোইবী, থোইবীনা খম্বা উরুবা মিৎকুপ্তা অনিগী থম্মোয়নুংদা কল্লবা নুংশি ঈহৌরকখি। বিনাগী নুংশিবা সুরদা শুমহত্তুনা শজিনা থৱাই থাজে। ঈশৈগী নুংশিবা সুর-তাল-লয়দা থম্মোয়না পেঞ্জে, নোম্লকই, কোকসি মথন্তা হাইরকই। নুংশিবনা জগৎ পূম্নমক জয় তৌবা ঙমই।

মীওইবা খক্ত নত্তে, জীব পূম্নমক নুংশিবনা খুদুম চল্লি। মহ্ পানবা লীল অমদি শাহিং চাবা শাশিংসু নুংশিবা খঙই। নুংশিবদা অঙকপা পাঙ্গল লৈ। খুদোংথিবা পূম্নমক্তা নুংশিবনা মতেং পাঙলে। নুংশিবদি মীওইবগী হৌনশা মচৎনি। নুংশিবা অমনা মানা নুংশিবা অমগীদমক থৱাই ফাওবা থাদোকপা ঙমই। শান্তি অমদি নুংঙায়বগী হৌফম অমদি তুংনফম্নি নুংশিবা। অৱা-অনা, য়ানদবা অমদি অকনবা আইনগী অথিংবা পল কয়াবু নুংশিবনা লায়না নমখায়বা ঙমই। মীওইবগী অশোয়বা, অরানবা কয়া কয়া নুংশিবনা কোকপিবা ঙমই। পূক্নিংগী ফত্তবা ৱাখল

অমদি কাম বাসনা ইহুন ফাওবা নুংশিবনা ইলাই লায়না নমথবা ঙমই। পেন্দবনা থল্লবা অঙাংগী থম্মোয়সু নুংশিবা মমাগী তম্পাক ফংজরগা পেঙ্গে। নুংশিবদি শান্তিগী তুংনফমনি। মরাল য়াজরবা কনাগী মরালদু নুংশিবনা মরালদু কোকপিবা ঙমই। নুপা-নুপীগী প্রেম্না অয়ৌবী থাক য়ৌগ্রবদি বাসনাদগী থাপতোল্লকই হায়নৈ। নুংশিনা তাকপি তমবিরবা অমদি লোয়নবিরবদি অঙাং পূম্নমক অফবা মী ওইহনবা য়াই। ঙসিগী সমাজদা তমথিবা মীশক ওইরিবশিং অসি নুংশিনা নাওয়োল্লক্তবা অঙাংশিং অদুনা অয়াম্বনি। মমা, মপা, ওজা গুরুশিংগী নুংশিবা, থৌজাল, থৌইনশিল ফংলবা অঙাংশিংদা আত্মাবিশ্বাসকী ঈচেল লাকই। নুংশিনা ব্যবহার তৌবিবা অমদি থৌনা হাপ্পিরগা অঙাংশিংগী পুন্সিদা অহোংবা লাকই। অঙাংগী থম্মোয়দি নুংশিবতনা জয় তৌবা ঙমই। নুংশিবা অমদি ঙাকপিহৈবা গুন্দি অমাঙ অতা লৈত্রবা অথোইবা গুন্নি। মহাবীর, মহাত্মা গান্ধী, ইসা গুনশিং অসিনা তিল্লবা অথোইবা মীশকশিংনি।

থম্মোয়দা ফাওরিবা নুংশিবসি মখাগী অসুম্না কাঙলূপ কয়া থোক্লা খায়দোকপা য়াই:-

ঈ মরীগী নুংশিবা :- মমা-মপা, মপু-মবেনশিংগা মচা-মশুশিংগী মরক্তা ফাওরিবা নুংশিবা মরী অসি শাগৈগী, ঈ মরীগী নুংশিবনি। শাগৈ অমদি ঈ মরীগী নুংশিবসি অথিংবা অপনবা লৈতবা চাংজৌ নাইদ্রবা ঈচেলগুম্বনি। চাংজৌ পারবা ঈশিংনা মাইকৈ খুদিং শন্দোক্তুনা চেনখিবগুম নহাদগী অহন্দা, অহন্দগী অঙাংদা, নুপাদগী নুপীদা, নুপীনা নুপাদা, অশোনবা অকনবা, ফজবা অথীবা, লাইরবা-ইনাকখুনবা, শোয়নাইরবা চুঙফিরালচাবা, অসিনচিংবা খেন্ন খেন্নরবা ফিভমশিংনা ঈ মরীগী নুংশিগী ঈচেলন্দা অথিংবা পীবা ঙম্নদে। ঈ মরীগী নুংশিবদি শাগৈগী চৎনবী কয়ানা মচু শঙলবা অশেংবা প্রেমনি। অদুবু হেক পোকচবা মমা-মপা অমদি মচাদা লৈরম্বা কল্লবা নুংশি ঈচেন্দু মশু শুথাঙ অসুম অসুম চৎথরক্লগা নুংশি ঈচেনগী শাফুদু কনবা হন্থরকই। চীঙদোন্দগী কন্না য়াঙনা চেন্থরকপা ঈচেন্না লৈতেম মান্নবা লমদম য়ৌরগা অসুম অসুম তপথরকগুম অমদি অচৌবা ইপাক পাৎ অমদি সমুদ্রদা তিল্লবদা ঈচেন্দু লোয়খিবগুম চারোল শুরোল অসুম অসুম

চৎথরগা মমৈদা শাগৈগী ঈনি হায়বা কাউনরকই, খঙ্নরক্তে। ঈ মরীগী নুংশি ঈচেনসু ঈখম্নে। তুরেলশিংগী হেক হৌরকফম মরূ থিফম খঙদবগুম শাগৈগী হৌরকফম পারী-পুরী থিফম খঙনদে।

নুপা-নুপী গী নুংশিবা :- নুপা-নুপীগী নুংশি মরীদি অপাম-নুংশিগী মরীনি। চহি লেঙ্গা ওইবা, কা হেন্না খেন্নদবা, শক-চু মান্নবা, মতিক-মগুন মান্নবা নুপা-নুপী মরক্তা অপাম-নুংশিগী মরী লৈনৈ। ফজবগা ফজবীগা, নত্রগা গুনলৈবগা ফজবীগা, অফ-ফত্ত, অপাম-পামদা মুন্না খল্লগা নুংশিনৈ। হেক উনবা মিৎকুপ্তা নুংশিনবা ফাওবদা মান্নবা, পুংবা চাব মশেন্দা নুংশিনৈ। ফজবা-ফজবী কনানা শকথীবা -শকথীবী নাম শোয়ববা কনাদা হেক উবগা নুংশিরুবা য়াওদে। পামজবা মহাকপু ঐগী ওইনিংবা নুংশিবনি। অদুনা নুপা-নুপীগী নুংশিনবা মবীবু অপাম-নুংশিগী মবীনি হায়বিবনি। অপাম্বদা নুংশিবা নত্রগা নুংশিবদা অপাম্বা য়াওবা মরীনি। হায়বদি অপাম্বদু ফংনিঙবা য়াওবা নুংশিবনি।

অপাম-নুংশিগী মবীদি অসুপকী মতিক কল্লি, সমাজগী চৎনবী অমদি আইন্না থিংবা ঙমদে। মিৎকুপ অমত্তং কায়নবদা যুগ কযা কাযনববগুম খন্নে। অসিগুম্বা নুংশি থৌডী অসিদি থৌডী নত্তে, যোৎহিলংনি। থাপ্ল-থাপ্লরগা থম্মোযগী নুংশি ঈখৌ লাঙবদি হেন্না হেন্না হেনগৎলি। মিংশেলগী মাঙদা লেপ্পা মীগী মমিদু মিংশেলদা তাই। মীশক অদুনা মিংশেলদগী অসুম অসুম থাপতোক্লা লেপ্লগা মহাক্কী মিসু মিংশেল মনুংদা অসুম অসুম থাপ্পা লুনা চঙশিন্না তাবগুম নুংশিবা মহাক্লা অসুম অসুম থাপ্পা লৈখ্রগা মহাক্কী চেংলৌ শক্তমদি থম্মোয মিংশেল মনুংদা হেন্না হেন্না লুনা চঙশিন্না তাখি, হায়না কবিশিংনা শিম্থানৈ। থাপ্ল থাপ্লবগা হেন্না হেন্না খন্নে। বাধাগা কৃষ্ণগা, রামগা সিতাগা, মহাদেবগা দুর্গাগা, নরানগা লক্ষ্মীগা, লৈলাগা মজনুগা, খম্বগা থোইবীগা জুড়া চাবা কাঙবুগী নুংশিবনি। হোয়, করিগুম্বদা কনাগুম্বশিংগী মরক্তা জুড়া চাদবা মরক্তা নুংশিনবা যাওই হায়না খনবা য়াই। মুন্না থিজিন্দুনা য়েংলবদি মখোয়গী নুংশিনবদু অমনা অমগী মতেং পাংলুবদগী, নত্রগা অমনা কা হেন্না খনবিরকপদু উরগা থৌজাল ফাওরকুনা

নুংশিবিখিবা ওইরমগনি। মখোয়দু অমাঙ-অতোং য়েংদনা অশেংবা নুংশিনবা নত্তে। নুংশিবদি চহি চাম চুপ্পা লৈমিন্নরবসু পেন্দে, মতমদু তেনমল্লি। য়েংথীনবদি মিৎকুপ অমত্তং উনবসু মতম শাংমল্লি।

থৌজানগী নুংশিবা- অৱা-অনা তারবা, তোল্ল-তারবা, শোয়নাইরবা কনা লৈজদ্রবা মীওইশিংগী মফমদা খঙহৌদনা মতেং পাংনিঙবা, মতেং পীবমক ঙমদ্রবসু মহাক্কী অৱাবা অদুদা শরূক য়ানিঙবা ফাওরকই। মসি থৌজালগী নুংশিবনি। থৌজানগী নুংশিবদি অৱাংবা অমদি অতোঙবদগী ঈশিংনা অকুৎপদা চেম্থবগুম হন্থরবা থাক্তা লৈরিবা অশোনবা মীশিংগী মফমতদা চৈন্থে। ঐঙোন্দগী হেন্না ফিভম ফরিবা অৱাংবা থাক্তা লৈরিবা মীশিংগী মফমদা অনেম্বা থাক্তা লৈরিবা মীশিংগী থম্মোয়দা থৌজালনা চঙউনিঙদে। ঈশিংনা অনেম্বদগী অৱাংবদা চেনখৎলু য়াদবগুম য়াদে।

মিৎ তাঙলবা, মরাইবক থিরবা মমা মপা অনিগী নিঙজবা থুংহনগে খঞ্জদুনা তীর্থস্থান খুদিংদা মমা-মপাবু পাবোৎ পুদুনা চৎলিবা শ্রবনকুমারদা শাতানবগী হু তৈরবা তেন্না তাইওন্ননা পানবদগী শিরবা মচাবু কোন্দুনা কপ্লিবা মরাইবক থিরবা মমা-মপাগী মতৌদা কনাগী থম্মোয়দা থৌজানগী নুংশি ঈফুট ফাওরোইদগে?

শনিদেবগী তমথিরবা মিৎয়েদগী নিংথৌ খুবম তারবা, মবল-মরোল তাক্লবা মতু মচা পুম্নমক কায়নখ্রবা খমথেংনা লৈখা তারবা হরিচন্দ্রনা অচুম্বা মথৌদা লেপ্লদুনা মশামক্কী অশিবা মচাগী সংস্কার তৌবগী মমল পীননবা মহাক্কী নুপী সৈব্যাদা হায়রকপদা, সৈব্যানা পীনিঙাই করি'মত্তা লৈজদ্রদুনা অশিবা মচাগী হকচাংদা কুপ্লিবা শিখুমফি অদু লৌথোক্তুনা পীরকপা মতাং অদুদা পাঠক, দর্শক, অমদি শ্রোতাশিংগী থম্মোয়দা কল্লবা থৌজালগী ঈফুৎ ফাওরকই।

থৌজানগী নুংশিবদি থৌজান্দু ফাওরক্লিবা মীশক অমদি থৌজালফম ওইরিবা মীশক অনিমক ৱামিন্নে, অমদি নুংঙায়মিন্নে। মখোয় অনিমক্কী থম্মোয় গঙ্গাগী লাইজগুম শেংই। থৌজালগী হিরমশিংদু তার-উরগা তারি-উরিবশিংগী থম্মোয়দসু থৌজাল ফাওরকই। অশেংবা থৌদোক নত্তে খঙলিবা লিলানচিংবদা থৌজান্নিঙায় ওইবা থৌদোক্তু উৎলকপদা য়েংলিবা ভাবকশিংসু খাম্বা ঙমদনা

কপ্পরিবনি। লিলাগী পাত্রশিংগা লোয়ননা কপমিন্নবগা ভাবকশিংদা নুংঙায়বা ফাওজে। ৱামিন্নরগা নুংঙায়মিন্নবা ঙম্বা হায়বসি থৌজালগী নুংশিবগী তোপ তোপ্পা গুন্নি।

মরূপ নুংশিবা- জাতি, ধর্ম্ম, চহি লেঙ্গা, শক-চু, লাইর অনংনচিংবা খেন্ন খেন্নরবা মরক্তসু মৰূপ নুংশিবগী ঈচেন্না ঈহুন নাইনা চেনশিল্লি। নক্লরুবা, তিন্নরুবদগী, পুকচেল-খোইজেল মান্নরুবদগী অমনা অমবু নুংশিবা ফাওরকপনি। অমনা অমদা তেংবাঙনিঙবা নুংশিবনি। শ্রীকৃষ্ণ-সুদামা, গৌবাঙ্গ মহাপ্রভু-হরিদাস কয়াদা খেন্নরবা ফিভমদা কযাদা নুংশি চান্নপ্রবা নুংশি মরূপ ওইখিবা। নুংশিবা মৰূপকীদমক থৱাই ফাওবা থাদোকপা ঙম্মে। কুইনা লোয়নরক্লবা চান্নজবা হুই ফাওবা নুংশিবা থাজবা মৰূপ ওইবকই। মতম পূন্নমক্তা লোয়নদুনা লৈনিঙই। থাপ্পপ্রবসু নুংশিবা মাগী মপাউ তত্তনা তানিঙই।

জাতি, ধর্ম্ম, চহি লেঙ্গানচিংবগী খেন্নব ফিভম কয়াবু মরূপকী নুংশিবা ঈচেন্না নমখায়দুনা চেনশিন্নবা ঙল্লবসু মান্নবা কাঙবুগী মবক্তনা অয়াম্বনা মৰূপ ওইনৈ। অমগী মতেং অমনা লৌনদনা চম্না নুংশিনা তিন্নবা মৰূপসু য়াওই। অবৈ-লৈত পাংনদুনা তিন্নবা নুংশিনবা মরূপসু যাওই। তেংবাঙনবা হৌরবদি লৌরঙ-লমনগী ৱাখল ফাওনরকই। লৌবঙ-লমন্দু শিংলক্তুগা পুক্লৌ-ৱাবৌনবা লাকই, মদুদগী মরূপ নুংশিবা কায়নবসু য়াওরকই। অদুনা হায়নৈ- "শেল-থুম পুনবা হৌরবদি মৰূপ কায়নবগী মরম লাক্লবনি।" তৌবিমল খঙদবনা নুংশিবা মরূপ কায়নহল্লি।

অঙাং নুংশিবা- পিক্লিবা অঙাংশিংদা লৌথুপ-লৌকোই য়াওদবা ইচম চম্বা নুংশিবা মতৌ অমা লৈ। জাতি, ধর্ম্ম, নুপা-নুপী, ইচা-মীচা খায়দনা অঙাংশিংগী হৌনশা মওং-মতৌদা পূন্নমক্কী থম্মোয়দা অঙকপা অশেংবা নুংশিবা অমা ফাওরকই। মদু অঙাং নুংশিবনি। পিক্লিবা অঙাংশিংগী থম্মোয়দা জাতি, ধর্ম্ম, নুপা-নুপী, অফ-ফত্ত করি'মত্তা খঙজদে। মদুগী মমি অদুমক অহনশিংদসু তাই।

অঙাং অদুনা মশাগী জাতি, ধর্ম্ম, মাগী-মীগী, অফ-ফত্ত হেক খঙদ্রিবমখৈ মঙোন্দা অহল পূম্নমক্কী অঙাংগী নুংশিবা অশেংবা প্রেমদু লৈ।

ঈশ্বর নুংশিব:- জগৎ জীব, অচৎ-চত্তা, লেঙলি-পাল্লিবা, থব্রাই পানবা-পান্দবা পূম্নমক ঈশ্বর মহাক্না শেম্বিবনি হায়না থাজনৈ। পোকপা-শিবা পূম্নমক মহাক্কী থৌজান্না ওইরিবনি। ইমা-ইপা, ইচা-ইশু, মরূপ-মপাং লনথুম পূম্নমক অরেম্বনি। পোল্লোইদা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা তিল্লুগনি থাজনৈ। ঈরিক্না সমুদ্রদা তিল্লগা নুংঙায়জবগুম আত্মানা পরমাত্মাদা তিল্লগা নুংঙায়জগনি খন্না তিল্লুফম ওইরিবা ঈশ্বরবু নুংশিজবা অমদি শোঞ্জবনি। কল্লক-মিহৌ, অপাম-নুংশি, তাইবঙ মায়া সংসার অসিগী ব্রাংমদা ঈশ্বর মাবু নুংশিবনি। থব্রাইগী মপু ঈশ্বরগী খুয়াখাদা চঙজনিঙবা প্রেমনি।

গুন পূম্নমক্তগী নুংশিবনা অথোইবনি। নুংশি লীপূন্না জগৎসি চেৎনা পূল্লিবনি।

# ‘অকাউবা অমসুং নিংশিংবা’

অকাউবা অমসুং নিংশিংবা ওন্ন-তৈনবা ৱাহৈশিংনি। হৌখিবা মতমদগী হৌরগা ঙসি ঙরাং অমদি হৌজিক হৌজিক্কী থৌদোক-ৱাথোক কয়া মীওইবগী থোপ্তা য়েকশিন্দুনা থম্বগুম নিংশিংদুনা লৈ। থোকখিবা থৌদোক কয়া অমসু নিংশিংবা থোক্তনা কাউখি। কাউগে খনবা থৌদোক কয়াসু কাউবা ঙমদে, নিংশিংদুনা লৈ। হঞ্জিন হঞ্জিন ওত্তুনা লৈ। মান্নবা অনৌবা থৌদোক কয়ানা হৌখ্রবা কাউকরবা থৌদোকপু নমদুনা নিংশিংহল্লকপা কয়াসু য়াওই। অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলদা ওঝানা তাকপিবকপা পারা কয়া য়ুম য়ৌবকপদা অযাম্বা কাউথোকখি, নিংশিংবা ঙমদে। মবুদ্ধি ফবা ছাত্রশিংদি অযাম্বা শকক কাউদে। ফাগন্দবা ছাত্রশিংদি হঞ্জিন হঞ্জিন পারবসু পারা ফামন্দদুনা কপ্লিংবা য়াওরিবনি। থৌদোক অমা নিংশিংলকই।

বুদ্ধি য়াম্না ফত্তবা, পাবা ফাগন্দবা লৈকাযদা অঙাং অমনা ইংলিসতা ইবা ‘দি কাও’ হায়বা নিবন্ধ অমা চিনফা ফাননবা ঔরাইরম্মী। মতম অদুমক্তা নারিবা মমাগী পুক শুবা মাইবা অমসু মমাগী পুক শুন শুন অঙাং অদুনা ঔবাইরিবদু তারম্মী। অঙাং অদুনা - ‘দি কাও ইজ এ ফোরফুটেড এনিমেল’ হায়বা মকোকথংবা ৱাহে পরেং অমদু চিনফা ফাননবা লাইরিক্তু য়েংলগা অমুক, য়েংদনা খুমজিল্লগা অমুক, চিনফা হায়ননবা হোৎনরম্মী। লাইরিক হেক খুমজিনবগা - ‘দি কাও.... দি কাও ... দি কাও হায়বদগী মখা তাবা ঙল্লমদে। মখাগী ৱাহৈশিং -‘ইজ এ ফোরফুটেড এনিমেল’ হায়বশিংদু চিনফা হায়বা ঙল্লমদে। হঞ্জিন হঞ্জিন কয়ারক অমুক য়েং, অমুক য়েংদনা হোৎনরবসু চিনফা হায়বা ঙল্লমদে। অসুম্না মাইবা অদুগী মমাংদা নুমিৎ মরিনি কন্না হোৎনরবসু ৱাহে পরেং অমদু অঙাং অদুনা চিনফা হায়বা ঙল্লমদে। নুমিৎ মরিনিগী তুংদা মমাগী অনাবদু খরা ফরে খন্দুনা মাইবদু লাকখিদ্রে। হপ্তা অমগী তুংদা মাইবদু কৌরুবদগী অমুক লাক্লগা মমাদুগী পুক শুরম্মী। অঙাং অদুসু পংলাপ লাপ্তুনা ফল্লগা

নহানগী পারাদু ঔরাইবা হৌরকই- দি কাও .... দি কাও.... দি কাও...। হায়রগা মখা তাবা পরাদু চিনফা হায়বা ঙমলমদে। মাইবদুদি তোয়মন্না তাবদুদা চিনফা ফারদুনা হায়রকই "নাবা ইবো, নংগী 'দি কাও ইজ এ ফোরফুটেড এনিমেল' হায়বদু হৌজিক ফাওবা ফাদ্রিবরা?" অঙাংদু ইকাইবগা শাওনিংবগা মান্নগ্রে। মাইবদু চৎত্রবা তুংদা অঙাংদুনা মমাদা - 'ইমা ঐ লাইরিক তন্নরোই। ঐনা হগ্তা অনি চুপ্না হোৎনবদা ফাবা ঙমদবা অদুগা 'কো' - ময়েকসু খঙদবা মাইবা অহন্দুনা ইমাঙদা ইলাই লায়না চিনফা থিরম্বা, ঐ তোক্লনি।" হায়রগা লাইরিক্তু থমজিনখি। অঙাংদু লাইরিক তম্মু হায়বা য়াখিদ্রে।

শক ১৯৯৫ চঙলকপা অদুবাইদা কাউবা য়াদবা, য়াম্না ঙকপা অমদি নুংঙায়বা থৌদোক অমসু থেংনখি। ঐহাক ইলেক্সন দ্যুটিগীদমক শঙ্গায়য়ুম্ফমদা চৎলি। অয়ুক্তা পোল্লিং অমদি প্রোসাইডিং ওফিসার ঐখোয় ময়াম করি করিনো ইলেক্সনগী শেম শাবা হোৎনরি। মুসলিম নুপামচা অহুম মরী ইনাক্তা চঙলকই। মখোয়গী মরক্তগী অমনা ঐঙোন্দা হায়রকই - "ওঝা। ঐঙোন্দা পুরিবগী অঙ্ক মচারা অচৌবরা অমত্তা হংবিয়ুবা। ঐনা মদু চিনফানা য়েংদনা হোৎলগা ফলদু হায়গে, চুন্নবদি ঐঙোন্দা মখায় অমত্তা পীবিয়ু।" য়াম্না মোত্তাই-চুদাইনবা অঙাংনি। শেগায়বা খোঙগ্রাও হাপ্লেন অমা শেৎলি। ঐনা "ইগে" হায়দুনা চে মচেৎ অমদা লিশিং তরাগী কাগী অঙ্ক মশীং খরা ইরে অদুগা মখাদা চাগী কাগী অঙ্ক মশীং অহুম ইরগা "পুরিবা অসি তৌরো", হায়দুনা মঙোন্দা অমুক্তং মুন্না য়েংহল্লে। মানা- "য়ারনি ওজা থম্বিরো" হায়রল্লগা মমায়দু অতিয়ারোমদা ওনখৎলগা চিনফানা পুরিবা অঙ্কদু হোৎপা হৌগ্রে। ঐসু মঙোন্দা য়েংহল্লম্বা অঙ্কদু ফাল অমদা থন্নগা চে অমদা লোন্না হোৎলি। ঐনা হোৎপা লোয়দ্রিঙৈদা মিনিৎ অনিরোমগী মনুংদা অঙাংদুনা - "ওঝা লোয়জরে ফলদু অসিনি, ঐ হায়জরক্কে চেদা অমুক্তা ইশিনবিয়ু। চুম্ব্রা য়েংবিয়ু।" হায়রকই। মানা ফলদু চেদা-নত্রগা খুত্তা ইবসু নত্তে চিনফানা ফলদু হায়রকই। ঐনা চে অমদা ইশিল্লে। মানা - "চুন্নব্রা ওজা?" হংলকই। ঐনা -"ঐদি লোয়দ্রি, লোয়রগা খঙগনি।" হায়। ঐগী হোৎপদু লোয়রগা য়েংনবদা চপ মান্নরে। চুমলে। ঐনা পেল্লুদনা লুপা অমা মঙোন্দা পী। নুপামচাদুনা "ওঝা অচোইবা মখায়চৎপী ওইনা পীবিয়ু। ঐদি অচোইবা হন্ননবা য়াওজদে।" হায়রকই। ঐনা - "লুপা অদু ওইনা লৌরো। হল্লক্কনু" হায়। মহাক য়াম্না হরাওখি অদুগা ঐসু য়াম্না ঙকখি। পূক্লিংদা লুপা মরী-মঙাদুম থাবা য়াবনি খল্লি। তাঞ্জাদুদা মানা অমুক্কা হায়রকই - "ওঝা মথক্কী পরেংদা

লাখকী কা য়ৌহল্লগা মখাদা লিশিংগী কানা পুরিবা খরা চাওবা অমগা ঐঙোন্দা হন্দকমুক্কা হংবিয়ু। অদুসু ঐ চিনফানা হোৎচগে অদুগা চুন্নবদি লুপা অমত্তং পীবিয়ু। মিনিৎ মরীগী মনুংদা হোৎচগে, ঘড়ী য়েংবিয়ু।" হায়রকই ফনবু নুংঙায়রি খন্দুনা "লুপা অমা নত্তে, লুপা অনি পীগে" হায়রগা ঐনা চে অমদা অচৌবা লাখকী কাগী মশীংদু মথক্কী পরেংদা ইরে অদুগা লিশিং কাগী অচৌবা মশীং খরনা মখাদা ইরগা পুরিরো হায়দুনা মঙোন্দা অমুক্তং মুন্না য়েংহল্লে। মানা- "য়ারনি ওঝা" হায়রগা খরা চৎথোক্লগা মমায়দু নোংদোন্দা থাঙ্গত্তু না মুরুম-মুরুম শোন্দুনা চিনফা হোৎলি। মিনিৎ অহুমলোম শুরকপদা ঐনা - "হন্দক্তি নং ঙম্লরোইদা?" হায়রুবদা মখুৎলো-মশাও হায়রক্নু, ডিস্ত্রপ তৌরক্নু হায়বগী সাইন তৌরকই। ঐদি মাবু লাপয়েং য়েংদুনা লৈরি। ওঝাশিং অতৈসু করিনো তৌনরিবদু হায়দুনা চঙশিল্লক্কুনা হংলৈ। ঐনা খুত্তা পায়রিবা পুরিবগী অক্কদু য়েংহল্লে। "মসি অঙাংসিনা চিনফা হোৎলগা ফলদু হায়গে হায়রিবনি" হায়দুনা তমলে। ওঝাশিংসু ঙক্লা য়েংলি। অতৈ অঙাংশিংদুগী মরক্তগী অমনা "ওঝা মাদি অক্ক য়াম্না হৈবনি। অক্ক চিনফা হোৎল হোৎলগা চুম্বগী মীনা শেন পীদুনা শেল য়াম্না ফংবনি।" হায়রকই।

মহাক্লা হোৎলিবা মতমদু মিনিত মঙারোম চৎখ্রে। "লোয়রে ওঝা! ফলসি খরা শাংই, ঐ হায়জরক্কে চেদা ইশিনবিয়ু" হায়রকই। মানা হায়রকপদু ঐনা ইশিল্লি। মানা - "চুম্লব্রা? ওঝাগীগা মান্নদ্রা?" হায়রকই ঐনা - "খঙদে, ইবো ঐদি য়েংদ্রি। চেদা হোৎলগা য়েংগে। নঙোন্দা য়েংদুনা লৈরুবনি ঐদি " হায়রগা ঐনা চেনা অমদা হোৎপদা ঐনগা অক্ক কয়া হৈতবগা মিনিৎ মঙা হেন্না চঙখি। লোয়রগা য়েংনবদা ফলদু মান্নদ্রে। চেক তৌদুনা য়েংবদা ঐগীদা লানবা ওইরম্মী, মাগীদুদি চুম্লমই। ফলদু কয়াসু য়ামখ্রে। মদুবু চিনফানা হোৎপা ঙম্লিবা অঙাংদুমুক কিবা লাই লৈখিদ্রে। লুপা অনি পীদ্রে, মঙা চৎপী অমা পুথোক্কুনা পীরে। মাগী কাউগন্দবা নিংশিংবগী শক্তিদু খল্লুরগা ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রি। ওঝা অতৈসু মঙোন্দা মখায়-লুপা পীনখি।

অতৈ ইংলিশ, মনিপুরী, হিন্দীনচিংবা য়াম্না হৈগনব্রা হায়না ঐনা মঙোন্দা হংলুই। অদুবু য়াম্না ফবা ওইরমদে। অঙাংদুগী মমিং করি কৌবনো? ঐ নিংশিংবা থোক্লে। মহাক করি থবক তৌরগা করম্না পুক্নি লেল্লমগনি? য়াম্না খঙনিঙলকই।

হৌখ্রবা ইতিহাসকী মরূওইরবা থৌদোকশিং অমদি মদুগী শক-তারিখনচিংবা কয়াবু কাউদনা নিংশিংদুনা লৈবা মীওই কয়া ঐখোয়না থেংনরি। মখোয় নিংশিংবগী শক্তি লৈবা য়াম্না কাউগন্দবা মীওইশিংনি। থাগৎনিংঙায়নি।

নিংশিংবগী পাঙ্গল য়াম্না লৈবগী কান্নবগুম কাউগনবগীসু কান্নবা য়াম্না লৈ। কাউবা অমদি নিংশিংবা অনিমক মাগী মাগী মফম মতম মওংগী মতুংইন্না চপ মান্ননা কান্নবা লৈ।

পুন্সিদা থোকখিবা অৱাবা, ইকাইবা, খুদোংথিবা থৌদোকশিংদু ঐখোয়গী থোপ্তা শুক্রাউ কাউদনা অমগী মথংদা অমা, মথং মথং নিংশিংদুনা লৈরবদি পুন্সিসি অৱাবা পোৎলুম অমা ওইরমগনি। নুংশিবা ইমা-ইপা, ইচা-ইশু, মরূপ-মপাং, শাগে-নাতে, মরী-মতা লৈখিদ্রবশিংদু পরেং শানা হৌজিক্তা শিখিবগুম নিংশিংদুনতা লৈরবদি চিন্তাগী পোৎলুম্না খোঙ থাঙবা ঙম্লমলোয়। অনৌবা থবক অমত্তা নিংথি-নুংঙায়না তৌবা ঙম্লমলোয়। মিৎকুপ অমত্তসু নোকচবা অমদি পুক্নিং নুংঙায়না ঈশৈগী সুর অমত্তসু ঙংনরমলোয়। মীওইবা সমাজদা নুংঙায়বা হরাও-কুম্মে অমত্তসু পাংথোক্লমলোয়। নুংঙায়বা হায়বদু লৈত্রবা, মহাও য়াওদ্রবা সমাজগী পুন্সি ওইরম্বা য়াই। মীওইবগী পুন্সিদা নুংঙায়বা অমদি কলাগী মফম করি'মত্তা লৈরমদবা ফাওবা য়াই। অয়াম্বা মীওই কয়া চিন্তাগী পোৎলুম পুদুনা পুন্সি পিখম্লরমগনি।

অকাউবনা ঐখোয়বু কয়াদা নুংঙায়বা, ফজরবা সমাজ অমদা থাঙ্গত্তুনা থম্বিরি। নহা ওইরিঙৈ, হকচাং ফরিঙৈদা অথুম্বা পোৎশিং চাবদা কান্নে অদুগা অহল ওইরক্লব অমদি নারক্লগা অখাবা পোৎশিং চারগা কান্নে। অঙাং ওইরিঙৈ, মহে-মশিং তল্লিঙৈ, পুন্সি শেমগৎলিঙৈ মতমদা নিংশিংবগী শক্তি য়াম্না লৈবা ওম্থোক্না কান্নে অদুবু অহল ওইরক্লবা, থবক-ইনখাঙ নিংথিনা শুবা ঙম্লক্ত্রবা মতমদা চিন্তা লৈতনা নুংঙায়না হিংজনবা অকাউবনা শিদ হিদাক ওই। হৌখ্রবা অশি-অনাগী থৌদোক কয়াবু নিংশিংবগী চিন্তানা থম্মোয়দা নৈদুনা, মায়দা মায়হিং কাবা অমদি আত্মাঘাট তৌদুনা শিরমগদবা কয়াগী পুন্সিবু অকাউবনা কল্লিবনি। চিন্তানা পুন্সিবু কেমহল্লি। হৌখিবা অমদি লাকদৌরিবা কয়াগী মরমদা খনবা, নৈনবা, থৌরাং তৌবা ফৈ, চিন্তাদি খক তৌবিরুনু। চিন্তাবু মাংহন্নবা নুংঙায়বা থৌদোকশিং নিংশিংবা অমদি হরাও-কুম্মে য়েঙলগা কোকহন্নবা হোৎনবা ফৈ। অনৌবা থবক্কী থৌরাংনা চিন্তা কোকহনবা য়াই।

অমরোমদা কাউবা হৈবা নত্রগা কাউজল থীবা কনা কনাদি ঙবাংত থোকখিবা অৱা-অনাগী থৌদোক কয়াবু পুমকাউ কাউরদুনা মখোয়দা অৱাবা-দষা তাখিবগী মমি ফাওবা তাদে। নুংঙায়না লেম্থোকপা ঙমই। ঙবাং-নাহন্তা লেনথৎখিবা মবোই-নাকুপ্পী পাম্বীশিংদা অনৌবা ময়োল চোংখৎলকপগুম কাউগনবা মীওইশিংদা আশাগী অনৌবা ময়োল থুনা চোংলকই। কয়াদা কান্নগ্রবা- অকাউবা!

মীওইবগী পুন্সিগী মনুংদা অঙাংত অঙাং ওইবিঙে অমদি অহলত অহল ওইরক্লগা কাউগল্লি। অহল ওইরবা কয়াদি পেং চোয়রক্তুনা হৌজিক্তা চাখিবা চাক্তু চাখিদ্রি হায়বা য়াওবিবনি।

মথোৎ কারক্লিঙে মতমদা থোকখিবা অৱা-নুংঙায়গী থৌদোক ৱাথোকশিংনা পুন্সিদা খ্বায়দগী মতম শাংনা কাউগন্দে। ঈশৈ ফাওবা পাখং-লৈশা ওইরিঙেদা তাখিবা অমদি শকখিবা ঈশৈদু হনুববা মতম ফাওবা নিংশিংই, ঙংনিঙই। মতমদুগী ঈশৈশিংনা খ্বায়দগী হেন্না নুংশিবোই নিঙই।

নুংঙায়তবা থৌদোকশিংনা পোকহল্লকপা থম্মোয় লাইমন চিন্তাবু লায়না কোকহনবা ঙম্বা শুদ্ধা-সাবুনদি অকাউবা মাতনি। থম্মোয় কায়ববা মীশিংগী মফমদা অকাউবা নঙনা লেঙদনা লৈবিয়ু।

অদোম্মা নিংশিংলগা নুংঙায়তবা থৌদোক-ৱাথোক পূম্নমক য়াবিবমখে কাউথোক্লবা হোৎনবিয়ু। তাঙলবা পুন্সিগী মমল য়াম্লবা মতমবু নুংঙায়তবা থৌদোকশিংবু নিংশিংদুনা অরেম্বদা মাঙহনবিনু। অদুগুম্বা থৌদোক্তু নিংশিংনবা মতম লৈতে, নিংশিংবা শংদে, খন্দোকপিয়ু। করিগুম্বদা নিংশিংলক্লবসু থৌ-ৱা শাবিরন্নু, অতোপ্পা নুংঙায়বা মায়কৈ অমদা খন্দুনা লৈথোকপিয়ু। ইকাইবা থৌদোক নিংশিংলক্লগা ইজ্জৎ-সম্মান ফংখিবা, শাউনিঙবা নিংশিংলগা খ্বায়দগী নুংঙায়খিবা, অৱা-অনাগী থৌদোক নিংশিংলগা খ্বায়দগী পামজবা ঈশৈশিং অমদি খ্বায়দগী নোক্লিংবা থৌদোকশিং, অসুম্মা থোক ওন্ন-তৈনবা পূক্লিং ঈহ্নশিং খুদক্তা নিংশিংনবা হোৎনবিয়ু। মদুনা নুংঙায়তবা ৱাখলদগী ইশাবু থৈদোক্তুনা থম্বিয়ু।

অৱাবা, ইকাইবা, শাউনিঙবা, অশি-অনাগী থৌদোকশিংগী নুংঙায়তবা চিন্তানা থুদেকপিরবা, কেল্লবা পুন্সি কয়াগী মফমদা অকাউবা নঙনা চঙদুনা অনৌবা আশাগী ময়োল মশীঙ লাকঙমদনা চোংহনবিবা ওইরসনু।

# 'নোকপা'

জগৎ জীবশিংগী মনুংদা অনোকপা জীবনি মীওইবা। হৱাওবা, নুংঙায়বা, অশাউবা, অৱাবনচিংবা পূক্নিংগী ইহুল কয়া শা-ঙাশিংদা য়াওজরবসু নোকপদি অতৈ জীবশিংদি হৈতে।

নোকপা হায়বসি মীওইবগী নুংঙায়বা ফোংদোকপগী তোপ-তোপ্পা মফোংদোক অমনি। কনাগুম্বগী নোকপা তারগা অমদি থোইদোকপা মওং-মতৌ উরগা থম্মোয়দা নোক্লিংবা ফাওরকই, নোকই। মরম অসিনা মিৎ অমদি নাকোং অনিগী মতেংদগী মীনা নোকই। করি করিগুম্বদা হকচাংগী শরূক খরদা তিগ্রী হৎলগা নোকপসু য়াওই। কনাগুম্বনা নোকপা উরগা মহাক অদু তাঙ্গা অদুমক্তি অৱা-অনা, চিন্তা লৈতে, নুংঙায়রি হায়বা খঙই। য়াম্না কিরিঙৈ, শাউরিঙৈ, চিন্তা তৌরিঙৈদা নোক্লিংবা চঙদে। য়াম্না থৌনা ফৈ, তৌবা ঙম্মী খঙবা মীশক অমদা য়াম্না হন্থবা মীশক অমনা লানবা শিংনরকপদা অমদি য়াম্না অকন-অরিং শারকপদা শাউমন্দুনা খাক্ল খাক্ল নোকপসু করিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বদা থোকই। অৱাফম তারিবা নত্রগা মখোয় মশেল শাউনরিবা মীশিংগী মমাঙদা কনাগুম্বশিংনা নোকনিঙই হায়দুনা অথিংবা য়াওদনা পঙনোক নোকপদি হৌন লোনচৎ নত্তে, ফজদে। মরম অসিনা নোকপসি তাঙ্গা-মেঙ্গা, মফম মতমগসু মরি য়াম্না লৈনৈ।

নোকপা মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। খোন থোক্তনা মোমোন তৌনা নোকপা অমনা খোঞ্জেল থোক্লা নোকপা। শক-চু ফজবা-ফজবী, মথোৎ কারক্লিবা পাখঙ-লৈশাবীশিংনা মোমোন তৌনা নোকপদি অউবশিংগী থম্মোয় শুমহৎনা ফজে। কবিশিংনা শিঙ্খানৈ। মোমোন নোকপনা ফজবা শকপু থৌগৎলবসু হকচাংদা কান্নবদি ৱাৎলি। হৌনা খোঞ্জেল থোক্লা নোক্লগা থবোম্বীবু মপৃঙ ফানা শাৎকায়হন্দুনা ঈগী খোঙজেলদা মতেং পীদুনা হকচাং ফবা হেনগৎহল্লি হায়না অখঙ-অহৈশিংনা হায়। চুল্লমগনি থাজে। মীওইবনা নোকপগী

মরম, অর্থ, মফম, মতম লৈ অদুনা অপঙবা অতে জীবশিংনা নোকপা হৈত্রিবনি। কনাগুম্বগী ফগীগী ৰাহে অমনা লৈমিন্নরিবা মীয়ামদা চপ মান্ননা নোক্লগা কনাগুম্বা অমখক্তং নোক্তনা লৈহৌবা য়াদে। নোকহৌদবা মীশক অদু অপঙব্রা নত্রগা না পঙবা মীরা খন্নে।

ৰাফম অদু খঙহৌদ্রবসু ময়াম নোকপা মরক্তা মহাকসু য়াওশিল্লি। অদুবু মরম খঙদনা ময়ামসু নোকই হায়দুনা মাসু নোকখিবনিনা নুংঙায়রক্তুদুনা কোন্না হংনরবা তুংদা ময়াম্না নোকখিবগী মরমদু মহাকসু খঙলগা নোক্লিংদুনা অনিরক শুবা ওইনা মহাক নোক্লে। কায়নথংদা মতোমতা খল্লকই 'ঐনা অহানবা ময়ামগা লোয়নননা নোকখিবদু কবি'মত্তা খঙদনা মীসু নোকই হায়দুনা নোকখিবনি' খল্লুরগা তুমিন্না মতোমতা অমুক্কা নোকচবিবনি। অসিগুম্বা তাঙ্গাসিদা হায়নৈ- "অখঙবনা অমুক্তং নোকই অদুগা খঙদবনা অহুন্নক নোকই।" অসুক য়াম্না লুনা অর্থ লৈবা মীওইবগী নোকপসিবু অপঙবা শা-উচেকশিংনা ঙমফম থোকপ্রা ! অর্থ য়াওদনা, মরম লৈতনা, মফম-মতম খঙদনা পঙনোক নোক্লবদি মীদু ঙাওরবনি লৌনৈ।

করিগুম্বা থৌদোক অমা য়াম্না ইকাইনা থোকখিবদু চহি কুইরবা তুংদদি পাউদম হৈবা অমনা তম্বদা য়াম্না নোকনিংবা ৰাফম অমদা ওম্ভোকপা কয়ানি। লৈপুং ফম্বদা লীনরকপা ৰারীশিংদা য়াম্না নোক্লিংবা কয়া য়াওই।

য়ু, গঞ্জা, য়াম্না থকপা, জারদা শেল য়াম্না থাদোক্কনবা থবক শুনিংদবা নুপা অমনা মাগী নুপী অমদি মচাশিংবুসু য়াম্না ওৎপিবদগী মহাক্কী নুপীনা মসিদা শিগ্রবদি নুংঙায়গ্রনিদা খ- দুনা লৈজরকপদা নুপাদু নোংমদি খঙহৌদনা শিরে। সংস্কার তৌননবা পুদুনা চৎলিবা মীয়াম মরক্তা নুপী অদুসু কপনিঙ কপনিঙদনা কপশিন্নদুনা চৎপদা য়াওরি। সড়কী চিদায় ওইরপ্রা, মাঙদা ষণ লাবা অনি 'দং' থেংনদুনা ৰাইনরকপদু উরগা নুপীদুনা খুবাক খুদুনা - " অমুবা জুই জুই, অঙাংবা জুই জুই " হায়দুনা চঙশিন্দুনা থৌজিল্লুবদা লৈকাইগী চৎমিন্নরিবা অহল অমনা - "হায়, ইবেমতোন ! মী শিরিঙৈদা বোক্সিং য়েংহৈদেনে "- হায়দুনা নুপীদু কৌথোকখি।

নোংমা নুমিদাং অমা ঐহাক্লা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা লৈকাইগী কৈথেল মচা অদুদা নুমিৎ খুদিংগী মতৌগুম নিশাবন্দী নুপী ময়াম ফন্নম্মী। থাপ্লিঙৈদগী মখোয় ময়ামদুনা কন্না কন্না নোকপগী খোঞ্জেল তারম্মী। ঐ উরগা হেন্না কন্না নোক্লমই। ঐনা চঙশিন্দুনা - "কৈদৌরে, নখোয়না অদুক কন্না নোক্লিবদি?" হায়না হংলুই। ময়াম মরক্তগী নুপী অমনা হায়রকই -

"হায়দোকপা য়াদে।" মদুদসু মখোয় নিফু-য়াম্বেমুক্তু চপ মান্ননা- "য়া" লাওনা নোকখি। ঐসু মরম খঙদনা মোমোন নোক্লদুনা য়ুমদা চঙলক্লে।

ঐখোয়গী মমাদু ময়াম মরক্তুদগী ঙায়হাক লৈরগা য়ুমদা চঙলক্লে। ঐনা মমাদা - "নখোয় ময়াম্না ঙসাই অদুক কন্না নোকখিবদুবু করিগীনো? হংলুই। মমানা - "হো অদুবুরো? ঐখোয় লৈকাইগী সনাসে ওম্বোক্লা মপাউ হৈগ্রেপোৎনি, নুমিদাং খুদিং নিশাবন্দী নুপী ময়ামসে লেম্ন ফমদে, লাইরিক হৈতবীশিংবু অহৈবশিংনা তম্বিবদগী মাদি খরা খরা ইবা-পাবা ঙমলে হায়দুনা য়াম্না হরাওজবনি।" নোক্লগা হায়রকই। ঐনা- "অদুদা কৈদৌরবা?"

-" হো অদুদা ঙসাইদো, ওইল পম্প মনাক্তা সাইন বোর্ড অমা ময়েক অচৌবনা ইরগা থেৎলম্বদু পাবা ঙম্বা হায়না পাগে হোৎনরুবদা ময়েক তপশিন্নবা য়াওরমদুনা পাবদু খরা ঝারবা। বানান তৌরগা থব্রায় য়াওনা পারুরগা- "কোন্দোম শীজিন্নবিয়ু" হায়বা ওইরম্মী হায়য়ে। মানা পারিঙৈদা মী উগ্রবদি ইকাই হায়দুনা তুংলোমদা লৈদুনা য়েংবদা মাগী তুংমক্তা লাইরিক হৈতবা নুপা অমসু ঔরাইরম্মী হায়য়ে। মদুগী পাউ তম্বদা মানা হায়রিবা - "ইমাইপেম্মা! ঐগী লাইবকসি থীসু থীগ্রেদা! ইচে মেম্মনা লাইন বসকী সাইন বোর্ড পারুবদি "ইম্ফাল টু শেরৌ" হায়না থাবা ওইরম্বা অদুগা ঐনা হৈত হৈত ঔরাইরুরগনা 'কোন্দোম শীজিন্নবিয়ু' হায়রম্বা, ঐ মতুং মনাওদি সাইবোর্ডকগাক ঔরাইজররোই। নুমিদাং লাইরিকসু তম্বা য়াওজররোই "- হায়রকপগী ময়ামদু পূক্লি তিংবমখৈ নোক্লম্বনি। তাল্লক্তুদা নঙনা অমুক্তা "ময়াম্না কন্না নোক্লিবদি কৈদৌরে? " হায়দুনা হংলকপদুদা তোম্বীমচানা - "হায়দোকপা য়াদে।" হায়রকপদা অমুকসু ময়ামদু কন্না নোকখিবনি। ঝাদু তম্লগা মাসু ঐসু কন্না অমুক নোকমিন্নখি।

অসুম্না চাং নাইনা নুমিৎ খুদিংগী চাকমাঙদা পেন্না নোক্লবদি বিতামিন চাদ্রবসু হকচাং ফগদবা মাল্লী। পূক্লিংগী অমোৎপা চিন্তা কয়া শুদোক-চামথোক্লবগী শুদ্ধা-সাবুনদি নোকপনি। থম্মোয় অমদি পূক্লিংগী বিতামিন্দি নোকপনি। হকচাং ফবগী খল্লগদি মী ইয়াও য়াওদ্রবসু ইতোমতা কাচিন অমদা চঙলগা হৌনা হৌনা নোকপসু ফগদ্রা খল্লি।

নোংমা মৈতৈগী মতাউ অমনা মরীং মতাউ অমা চাক পীজবদা মরীংদি মোরোক চাগল্লি খন্দুনা মতোমতগী থোংবদা উ মোরোক অনি হাপ্পুবদা, শামনখ্রদুনা মরীং মতাউদুনা - " ইতাউ ! ইশ: মোরোক শাবসিদি লোৎফমসু লৈতে। উ কাদুনা খাঙবসু য়াদবা অদুগা

কাচিন্দা চঙলগা লোৎপসু ফরোইতবনে, চেম্থোক্লবসু য়াদে, নিংশা শ্বর থিংলগনা অমুক হেন্না শাইয়ে, করম তৌসিরা?" হায়বগী পাউদমসি তাবদা কয়াদা নোক্লিঙখি।

নোংমসু য়াম্না নোক্লিঙবা মতাং অমা য়াওখি। ঐখোয়গী ইমুংদা, ইমানে, ইন্দোমচানে, ঐনে অদুগা ঐগী মরূপ অনিগা নুমিদাং চাক তোকপগী তাঙ্গাদা ঐখোয়গী শাগেগী ইপন চহি ৮৫ রোম শুরবদু কোইথোরকই। ইমা খোয়দি মতে অহল লাকপনিনা য়াম্না হঙ্গোইজরি। ইপনদি মহৌশানা ইনোক নোক্তবা মীশক্লি। লৈকাইগী অহলশিংনসু নঙগী নপনসিদি শুক্রোক নোক্তে হায়নৈ। চহি নিফুরোম লৈমিন্নরকপসিদা নোংমতা নোকপা থেংনদে। নোকপা হৈতবা মাম্লী। নোকমী নোকমীদি তোয়না তৌই। অসুম ব্রারী শান্নরকপদা ঐনা হংলুই। -"ইপম্থৌনা খোঞ্জেল থোক্লা নোকপসি ঐদি শুক্তা তাদ্রি। মীনসু নোকপদি শুক্রোক নোক্তে হায়নৈ। ইপোম লীলাশিং য়েংবদা ইপন্দি থব্রায় য়াম্না য়াওনা উই। মাঙজিন্দা হেক্তা ফস্লম্মী। অদুবু ময়াম্না পুক্লি তিংবমখে নোকপা মতমদসু ইপন্দি নোকমী নোকমী তৌবদগী হেন্দে। খোঞ্জেল থোক্লা অমুক্তা নোকপা উদে। ইপম্থৌবু খোঞ্জেল থোক্লা খক নোক্তব্রা?" ঐগী ব্রাহংদুগী পাউখুমদু তাগদবগী ময়ামদু খৌরাংনা ঙায়নরী। লোন্না লোন্না ঐখোয় ময়াম নোক্লি। ইপন্না তপ্লা-"হোয়! ঐদি খোঞ্জেল থোক্লা 'হা: হা: হা: ' হায়দুনা খক নোকখিদ্রি।" হায়রকপদা ঐখোয় ময়াম কন্না নোকখি। অদুবু ইপন্দি নোক্তে। মনাও নুপী ওইবনিনা ইমাগা, ইন্দোমচাগদি মনিং থোঙদা চেম্থোক্তুনা নোক্লুরী। নোক্লিংবদু ফাথরগা ইমাখোয় অমুক ইমুংদা চঙলক্লে। ঙাইহাক্তুং লৈরগা ইপন্না মতোমতা- "হুম! নত্তে ঐনা পাখঙ ওইরিঙৈদা হৌনা অমুক্তুংদি নোকপ্রে।" হায়রকই। মাগী ইতপ তপ্লা নিংশিং নিংশিং হায়রকপা মতৌদুদা ঐখোয় ময়াম খাঙবা ঙমদবমখে নোকখি। মহাক্তি অদুদসু শুক্রোক নোক্তে। ঐনা - "অমুক্তুং নোকখিবদুদি কমদৌবদগী নোকখিবনো?" হায়না হংলুই। ইপন্না তপ্লা "লুলাকপমগী থম্বালগী মপা য়াইমগা, থম্বৌগী মপা চোয়োগা ঐখোয় অহুমসি পাখং ওইরিঙৈদা ফী ঙৌবোং অমখক্লা লেঙ্গোন্নদুনা ইল্লগা কোয়বা চৎপনি। লম্বী নানবদগী নানথুরগা ঐখোয় অহুম অমগী মথক্তা অমা তুশিন্নবা অদুদা ঐ কন্না নোকখি। মীনা নানথুরগা তুবসিনা মহেল্লে, ঐনা নোক্লিঙবা। হৌজিকসু মীনা নানথুদুনা তুবা উরবদি খোঞ্জোল থোক্লা খঙহৌদনা নোক্কনি" হায়রকই। ইপনগী মতৌনে, ব্রাংঙাংনে তারগা ঐখোয় ময়াম থরো থরো ওনবমখে নোক্লিঙৈদা মখা অমুক তারকই- "হুম নত্তে, ঐনা নোকপসি অনিরক্তি শুপ্রে।" ঐনা ইপম্থৌ অদুনা

করিগীনো? হংলুই ইপন্না তপ্পা- " অদুদি মী অমত্তা লৈতে, ইতোমতা নোকখিবনি। লৌরেনগী উয়ুম হৌবীদা ঐ ইতোমতা লৌ খোয়বনি। ষণবী অমনা তিতি থংলগা ষণবীদুনা পোকপা মচা অমনা অরৎ থংলগা খোয়বনি, লৈবাক কনবনা মী অমত্তসু খোয়নদ্রে। লৌয়াইদুদা ইতোমতনি। অরৎ থংবদু লৈশিল্লক্লবা ঐনা শম্বোৎ শাজৈদুনা খুদুংগী মখোঙদুদা 'অরর' হায়রগা কক থিল্লুবনি। অদুদা মানা ঐঙোন্দা 'থঙ' কাউশিল্লকই। ঐনা 'ইয়া মাসে' হায়রগা অনিরক থক থক থিল্লুবনি অদুদা মাসু ঐঙোন্দা অনিরক 'থং' 'থং' হেক কাউরকপনি। ঐনা অচ্চা-চা য়েংদুম য়েংগে হায়দুনা -' কক-কক-কক' অহুম্লক থিল্লুবনি। অদুগবু মাসু অহুমলক 'থং থং থং' নোক্তুনা কাউশিল্লকই। অদুদদি ঐ ইতোমতা কন্না নোক্লেদা।" হায়রকপদা ঐখোয় ময়াম কন্না নোকখি। ইমাখোয়দি খাঙবা ঙমদ্রদুনা মপান্দা চেম্থোকখ্রে।" অদুদসু ইপন্দি কেৎ চিংদে, নোক্তে।

নোকনবসি নুপাশিংদগী নুপীশিংনা হেল্লী অদুগা শাউগনবসু হেনবোই নিঙই। কিবা, শাউবা, নোকপা, কপ্পা,নুংশিবা, ইকাইবা, থৌজালনচিংবা থম্মোয়গী অয়াম্বা ইহুনশিং অসি নুপাদগী নুপীশিংদনা মরাং কায়না লৈমাল্লি খল্লি। মিৎকী পিদি নুপীশিংগীদি মিৎপান্দা য়ান্দুনা লৈ হায়নৈ। শোকপগা কেল্লকই। নোকপদা পূম্নমক য়াওনিংই অদুগা কপ্পদা কনাসু য়াওনিংদে। অসুপ নুংঙাইবা নোকপসিসু হেঞ্জিন্না কন্না নোক্লবদি নোকপমুক ব্রাবসু লৈতে। পূক্লি শিৎ তিংই, শাথীনা ব্রাই। থম্মোযগী ইহুন পূম্নমক্তগী নোকপনা খ্বায়দগী শেংনা নুংঙায়। খ্বাযদগী তেল্লবা মতমগী মনুংদা মী লিশিং লাখকয়া চপ মান্ননা নোকমিন্নবা যাই। লৌথুপ-লৌকোয় য়াওদনা শেংনা নুংঙায়। লৈপূং ফম্বদা, লম্বী চৎমিন্নবদা, ঙায়হাক্তং পোত্থামিনবদা মপাও হৈবা, ফাগী তৌগনবা মী য়াওরগা নুংঙায়। মীয়াম্বু অব্রা-অনা, চিন্তাগী ঈপাক্তগী থৈদোক্তুনা নুংঙাযবগী সমুদ্রদা লুপঙনবা ঙমই। অদুগুম্বা মীশক্তুগী মমল যামই। ফাগী হৈবা কনানা তৌবা ফাগী অদুমক অতোপ্পা মীনা অমুক তৌবদা নোকহনবা ঙমবা য়ামদে। অদুনা মীয়ামবু নুংঙায়না নোকহনবা অরাইবা নত্তে। মতাংসিদা য়াম্না নোকনিঙবগী মতাং অমসু থম্মিংলকই।

ষণ লল্লোনবা নুপা অমনা অহল ওইরবা অতেবা ষণ অমা লৈরুরগা নহা অথকপা, মখোঙ য়াঙবা ষণ মালহল্লগা শেন্দোং লৈনা য়োনগে খন্দুনা নারেং হুক্তুনা থম্বা জাৎনি। ষণদু অহল ওইরব্রা হায়না লৈবা লাকপা ময়াম্না নারেংদু হেক হেক চিংখক্তুনা ময়া য়েংবদা ষণদু

নামন্দুনা মমৈথংদদি মী অমনা শঙ্গোন্দা হেক চঙ্লকপগা মী অদুদা তান্ন তান্না ওনশিন্দুনা মতোমতা ময়া হিগৎলকই। মমৈথংদদি অনোকপা ষণ লৈরে হায়দুনা মী য়াম্না য়েংবা লাক্লখি হায়নৈ।

মী খুদিংগী মওং-মতৌ, শাজৎ, লিচৎ অমদি হৈনবীশিং মান্নদে। মশক ফজবী লৈশাবী উরগা, অমদি খজিক্তং নুংঙায়বদা হুইশেল খোংগনবা পাখঙমচা অমনা ইম্ফাল চৎকে হায়দুনা, বস তোংদুনা লাকপদা, লৌশি পাৎয়াই মপা য়ৌরকপদা বসকী কেশেং ঈশৈদা পেল্লদুনা মচিন্না হুইশেল 'হুইস' লাওনা খোংলুবদা দ্রাইভরনা কুমগদবা মী য়াওরে খন্দুনা গাড়ীদু খামখ্রে। সেকেন্দ দ্রাইভরনা পাখংদু কুপ্লো হায়রকপদা - "ঐদি কুমগদবা নত্তে", হায়রকই। দ্রাইভবনা 'অদুগা করিগী খাম্লী?' হায়রকপদা ঐদি ঈশৈদুদা সুম খোংখিবনি হায়রকই। দ্রাইভরনা শাউনা 'য়ারোই কুমলো' হায়দুনা পাখঙদু মশানা য়াদনা ইন্থরম্লে। মহাক্কা হেক কুমথখিবগা অহল অমনা হায়রকই 'লৈবাক মচাশা হুইশেলদি বস মনুংদা ঔরাইবা য়াদেকো" বস মনুংদা ময়াম কন্না নোকখি।

ছত্র-ছাত্রীশিংনা থন্না তিল্লবা স্কুল অমদা ফেমিলী প্লান্নিংগী দাইরেক্তরনা - "য়েংউ অঙাংশা ঐখোয়গী ভারত অসিদা মিনিট অহুম খুদিংগী নুপী অমনা মচা অমমম পোকই। অকিবগী মশক ওইরিবা মীশিং হেনগৎলক্লিবসি মতৌ করম্না থিংবা ঙমগনি? নখোয় খঙব্রা?" মনিংথংবা ছাত্র অমনা ফুক হৌগত্তুনা - "ওঝা, মদুগী নুপী অদু হান্না মশক খঙদোক্লগা ফাগদবনি" হায়রকই।

পিক্লিবা মচানুপানা 'অঙাংশিংবু য়োকপা' হায়না মিংথোনবা লাইরিক পাবদু উরগা মমানা -'ইবুংঙো, নংনা হৌজিক্তগী হৌনা অদুগুম্বা লাইরিক্তু কৈদৌনবা পারিবনো, পারুনু।" হায়রুবদা অঙাংদুনা -"ঐবু নখোয়না লান্না য়োক্লিব্রা হায়না য়েংলিবনি। অরানবা য়াম্না য়াওরে" হায়রকই।

মমা মপানা হায়জ-কনজদুনা লুহোংলকপগী নুমিদাংদা নুপা অদুনা মাহাকী নুপী অদুদা লোন্না - "নুপী! নহাক লৈশারিঙে মনুংদা পাখঙ কয়াগা নুংশিনখি?" মদুদা নুপী অদুনা মরূ লুকথদুনা তুম্মি লৈখি। নুপাদুনা অমুক্কা "নত্তে, নঙবু ঐগী ব্রাহংসিগী পাউখুম পীররোইদ্রা?" হায়রুই। মদুদা নুপী অদুনা করিসু চিংনদনা -" খুমগনিদা, মশীঙ পারিবনি, চুপ্পখিদবশিংসু লোয়না থাসিরা?" হায়রকই।

য়াচংবগী অমম্বদা পোখাদুনা হিপ্লিবা মহাজন অদুদা লোন্না চঙ্লক্লগা নোম্বদুনা নুপা অমনা চুপ্লবদা মহাজন্দুনা মখুত্তু ফারগা, লাইট থান্দুনা য়েংবদা মাগী মীনাই ওইরম্মী। মহাজন্দুনা শাউনা "বুদ্ধু, করিনো নঙনা তৌজবা শারিসে" হায়না চৈরুবদা - "ঙাকপিয়ু সার, ঐদি মেদাম ওইরবোই নিংউবনি।"

মীওইবগী পুন্সি অমসুং নোকপা তৎন-থান য়াদ্রবা মরী লৈনৈ। ঙসিদি পুন্সিদা নোকপগী ভেলু ব্রাংই হায়বা খঙনরক্লে। নোকপা অমদি নোকহনবগী মরীখক্তদা ঈশৈ, লিলা, ইপোম, ফাগী-ব্রারী, পাওখোং কয়া কয়া পুথোক্তুনা মীয়াম্বু অব্রা-অনা, চিন্তা, কয়াদগী ঙাইহাক্তংদা ওইরবসু থৈদোক্তুনা নুংঙায়বগী সমুদ্রদা লূপহন্নবা হোৎনরক্লি। শাউগদবগী শরূক, কপকদবগী মহুৎ, চিন্তা তৌগদবগী শরূক নুংঙায়না নোকমিন্নরসি।

তেল্লবা পুন্সিনি, মতম খজিক্তং হিংলম্বসিদা করিগী খোয়দৌ ইশাউ শাউগত্তুনা হিংজরুনি। নুংশুক-নুংজাননা চিন্তাগী পোৎলুম পুরদুনা কৈদৌনা লেনগনি। মতম পূম্নমক্তা মোমোন মায়থোংনা অতোপ্পবু হরাও-তরাম্না ওকপিয়ু। ইশাদা টেনশন খক লৈহনবিগনু।

# ‘শাউবা’

নুংঙায়তবা অমদি ৱাবদগী পোল্লকপা ঈহুন্নি ‘শাউবা’। কনাগুম্বনা ঐগী অকায়বা অমদি মাঙননবা তৌরক্লগা শাউনিঙই।

কনাগুম্বগী ওইজবা খরা মাঙহল্লুরবা, মাগী ফত্তনবা থবক তৌরুরবা, লূজদবা, ফজদবা ৱাঙাং-শঙাংনচিংবা তৌরুরগা মবুক্লিং ৱাহল্লি, মদুদগী শাউনিঙবা পোল্লকই। অদুনা মুন্না খন্থদুনা য়েংলবদি শাউবগী অশেংবা মৰূদি ওইজবা মাঙবদগীনি।

য়াম্না শাউব মতমদা মীগী হান্না লৈজরম্বা মহৌশাগী শকফমদা অওনবা অহোংবা লাকই। অশাউবগী মৈবীনা চাকথেল্লবা মাগী শক্তমদু শক থীজিল্লকই, অখাবা মিৎয়েং-নায়েং, যা ক্রক-ক্রক চিকপা, পাযবম্বা পোৎ লঙখায়বা, থুগাযবা, লাও-খোংবা অসিনচিংবা অকিবগী মশক ওইববা মওং-মতৌশিংসি অশাউবা মাগী মবমচৎনি। বুদ্ধি-লৌশিং ৱাচ্চবা, অনেম্বা থাক্কী মীশিংদি অফ-ফত্ত, অচুম-অবান, তৌহৈ-তৌহৈদবা, হাযবা য়াব-যাদবা কবি’মত্তা খন্থবা ঙমজদে। মখোযদি অশাউবগী মনাই ওইরকই। তমথীববা শাগী শক্তম লৌবকই। মখোয়না শাউরিবা মীশক অদুগী মাঙননবা খল্লকই অমদি তৌবকই। মশাগী অশাউবদু ফাথবা, ইন্দ্রী খুদুম চনবা ঙমলক্তে।

অশাউবদি শাউফম ওইবিবা মীশক অদুগা শাউরিবা মী অনিমক্কী মাঙননবগী মশক্লি। অনিমক্কী পূক্লিং ৱাই। মখোয অনিখক্ত নত্তনা উরিবা, তাবিবা পূম্নমক্কী পূক্লিংসু নুংঙায়হন্দে, ৱাহল্লি। মরম অসিনা শাউবদি পূম্নমক্কী য়েক্লবনি। পূম্নমকপু মাঙহনবনি।

অশাউবদি লৌশিংগী য়েক্লবনি। অদুনা ঐখোয পূম্নমক্কী পূক্লিংদা অশাউবা হাযবা য়েক্লবসি য়োক্তুনা থম্বা চুমদে। ঐখোয়গী পূক্লিং-থম্মোয়দগী য়েক্লবা মাবু থাপ্পা তাম্থোকখিনবা কন্না হোৎনবা ফৈ। শাউবদি ঙায়হক্তংগী ওইবা অঙাওবগুম্বনি। অয়াকপা অকনবা ৱাঙাংদি অশোনবগী খুদমনি। মশাবু মশানা শাসন তৌবা ঙমদবা মীদি মীগী মনাই ওইরবনি। শাউবদগী ঙাংথোরকপা ৱাশিংদগী হেন্না থৌবা থাং লৈতে।

মহাক্লা শাউবদা কিরবা, মঙোন্দা কিবদগী ব্যবহার তৌরবা, মহাক্তু অশেংবা মরূপ নত্রে।

অশাউবা অমদি থৌজাল অনিমক অৱাবদগী পোক্লকপনি। মখোয অনিমক অৱাবদগী পোকলকপা, মান্নবা মফমদগী পোক্লকপা ওইজরবসু পোক্লকপগী মরম অমদি ফলদি আকাশ-পাতালগুম খেন্নে। থৌজালদি মরাইবক থীরবা কনাগুম্বগী তোল্ল-তার ফিভমদু উরুবগা পূক্লিংদা অৱাবা ফাওরকপনি। থৌজালনিঙায় ওইরিবা মীশক অদুদা নুংশিবনি, তেংবাংনিঙবনি। থৌজালফম ওইরিবা অমদি থৌজাল পোক্লক্লিবা অনিমক নুংশিনৈ, অমত্তা ওইশিন্নে। ৱামিন্নরগা নুংঙায়মিন্নে। অনিমক্কী পূক্লিংদু গঙ্গাগী ঈশিংদগী হেন্না শেংই। মখোয় খক্তা নত্তনা উরিবা, তারিবা, পারিবা পূন্নমক্কী থস্মোয়দসু নুংশিবা থৌজালগী ঈথক-ঈপোম নাইরকই। পূন্নমক নুংশিবগী ঈপাক্তা লূপমিন্নে। অদুবু অশাউবদি কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমগী মাঙননবা তৌরুবদগী পোক্লকপা অৱাবনি। মাঙজবদগী শাউরিবা অমদি মাঙহল্লুরিবা অনি'দু য়েংথীনৈ, নুংশিনদে। অনিমক নুংঙায়তে। অমনা অমগী মাঙহন্নবা হোৎনরকই। মখোয়খক্তা নত্তনা অউবা, অতাব, অপাবশিংগী থস্মোয়- পূক্লিংদসু নুংঙায়তে, চিংনবা, অকিবা কয়া পোকহল্লি।

অশাউবনা মীওইবদা কান্নবা করিসু পীদে। শাউগৎলবা পূক্লিংগী মমিদু হকচাংদা তাই। কা হেন্না শাউবগী মমিদু হকচাংগী পার্ট খুদিংদা তাই। শাউবগী কল্লবা মৈশানা য়ৈবদা ইন্দ্রীগী ঈহুন পূন্নমক হৈনিঙদে, মথৌ তৌহন্দে। তুম্বা-চাবা চঙদে, হকচাং পূন্নমক চোকথৈ। চাখিবা চিঞ্জাক তুমহন্দে। মমৈদা লায়না-লায়থুং ফাওবা পোক্লকপা য়াওরিবনি।

মীবু কিহন-শাউহল্লগা, ফংলকপা পোৎশক্তি হুগী মশক্লি। মদুগী ফলদি অকিবগী শক্তম লৌবক্কদবা পাপনি। মীগী পূক্লিং-হকচাং, লন-থুম পূন্নমক লূট তৌরুবনি।

অশাউবনা মখল-মখা হিরম কয়াদা মাঙহল্লি। মমল য়াম্লবা অৱাংবা, অচৌবা ফম পায়রিবা শাউগানবা মীশিংনা মতম চঙনা, ৱানা হোৎনবগা ফংজবা ফম অদু মথক থোংবশিংগা শাউনরুবা মিৎকুপ্তা অশাউবনা থাদোকখিবা, তোকথোকখিবা য়াওরিবনি। মমৈথংদা নিংঙমদনা পুক্সি লেনবসু কোঙ্গায়নি।

অৱাফমদা তারুরবা, মীহাৎ-মীপূনগী কেশ কয়াদা চেন্নরিবা অমদি চেন্নখিবা মীশিংগী মনুঙদা অয়াম্বনা অশাউববু ফাথবা ঙমহৌদবা মিৎকুপ্তা ওইখিবা থৌদোকশিংদগী ওইরম্মী।

ইমুং-মনুং, মতৈ-মনাও য়ুম্বানবদা করিসু লৈতবা ৱাহৌদগী মৈ হৌনা শাউনরক্তুনা ফুন-চৈনবা য়াওরকই। মচা-মশু পোক্তুনা পান্নরিবা মতৈ-মনাও শাউনবদগী কায়নৈ, অঙাংশিংগী পুক্সি কাং-খোং চাইহল্লি। শাউনবদগী ইমুং কয়া লৈখা তাহল্লি।

শাউবনা মীবু মিৎকুপ খরগী মনুংদা শা ওলহল্লি। তমথীরবা শক্লোন লৌহল্লি। অশাউবনা মতম কুইনদগী লূন-চান্না তিন্নরকপা মরূপ কায়নহল্লি। পৈশা পায়বা, লাইরিক হৈবা মী কয়াসু শাউববু ফাথবা ঙমদ্রবদি পূন্নমক অরেম্বনি। লন-থুম, ইজ্জৎ-সম্মান পূন্নমক অশাউবনা উত্তা ঘী হৈজিল্লি। মরম ইচা চাদনা, মথোঙ- মরম খঙদনা খংশাউ-খংশাউ

শাউগনবা মীশিংবু শজিং হৌবা নত্রগা মচিং-মশোন নাইবা মীনি লৌনে।

য়াম্না শাউগনবা, তোয়না ইমুং-মনুং খৎনগনবা য়ুমদি লানবুং অমগুম্বনি। তত্তনা শাউনৈ-খৎনৈ, য়ৈনৈ-শুনৈ। য়ুমলোন্নবশিংবু তুমফম-চাফম খঙহন্দে। গুল্লবদি য়ুম হোংদুনা চেন্নিঙবা য়ৌই।

ইশাবু অশাউবদগী ফাথবা য়াম্নমক তংঙায়ফদে। কনাগুম্বনা মরম ওইদুনা য়াম্না শাউনিঙবা লাক্লবদি পূক্লিংদা তপ্ন-তপ্না অসুম্না খল্লবা কান্নগনি:-

মহাক্কী ব্রাফম অসিদা কবিগীনো ঐনা অসুক য়াম্না শাউনিঙলিবা? শাউরুফম থোকপ্রা থোক্তবরা? মহাক্লা হায়রিবা অমদি তৌরিবা অসিদা অচুম্বা খরদি য়াওবিব্রা? ব্রফম অদু চুমদ্রবসু ঐবু চিংনদুনা হায়বিব্রা? চিংনবা য়াবা মরম খরদি লৈব্রা? পূম্নমকসি ইখন খল্লদনা হান্না শাউগত্তুনা পাউখুম পীবিরুনু। পাউখুম পীবা তাববসু ঐ শাউরমাল্লে খঙনা ঈংনা-তপ্না অশাউবদু উৎথোক্তনা, ফজবা ব্রাহে-ব্রাতানা পীবিয়ু। পাউ ফাওনদবগীনি খন্দুনা নিংথিনা শেংদোক্লবগী মওংদা হায়গনি।

মহাক্কী ব্রাফমদু অচুম্বা ওইরবা, ঐনা লাল্লুবা ওইরবদি ঐনা শাউগৎলুফম থোক্তে, ইরান্দু য়াজবা তাই। ইরান য়াজবা ঙম্ব মীবু পাঙদবা, অয়ম্বনি খনবা চুমদে। অশেংবদু হায়দোকপা ঙম্বা থৌনা ফবা মীশক্লি খনবিয়ু। ইরান লোৎশিনবদি পাপনি। ইশাগী আত্মাবু মীনম্বনি।

অচুম্বা ব্রাফম ওইরবসু মীমাঙ-পোমাঙ য়েংদনা হায়রকপগী অদোম্ন শাউনিঙবা ওইববদি অদোমসু খংশাউ শাউবিরুনু। মফম মতম, মীমাঙ-পোমাঙ খঙদ্রিবা মহাক্তু অদুক হাক্লা শিঙদবা মীনি হায়না খন্দোকপিয়ু। মহাক্লমনা অদোমসু অপঙবা ফুদোকপিরুনু। হায়রক্লিবা মীশক্তুনা উশিত্তবগী হায়রিবনি খন্না অদোম্না শাউরবদি হেন্না তপথবিয়ু, হেন্না চেকশিনবিয়ু। উশিত্তবা অশেংবা ওইরল্লবদি ফুন- য়ৈননিঙবা নত্রগা মীমাঙদা খৎননিঙবা মীশকসু ওইরম্বা য়াই। খুম্লুরগা ফগদ্রা ফরোইদ্রা? ঙায়হক খনবিয়ু। মতিক চাবা অদোমগী পাউখুম অফবা ফংদ্রবদি অহল-লমনশিংগী পাউরৌ - "উগী উখা থাবতবু পৎপনি, মীগী মখা থাবদি পত্তে" হায়বদু খল্লগা পোখাবিয়ু।

মীগী অশোয়বা, অরানবা থিগনবদি শাউগনবা মীনি। শাউবদি অপঙবনি, করিসু লৈতবা ব্রাফম অসিদা শাউরুবা, পঙলুবা ফত্তে খল্লগা শাউরম্বা নেমথগনি। ঐঙোন্দা মীনা য়াম্না থীনা হায়প্রে খনদুনা অদোম্না কনাদসু খোম্থী, খোনচোপ ঙাংদুনা হন্দুনা চৈবিরুনু। ফনা য়াম্না শাউনিঙলবসুলৈবাকমচা তাবা ব্রাঙাংনা খন্নবগী মওংদা হায়গনি। মিৎ, না শুক্তোক্তুনা, অয়াকপা খোনফম্না অশাউবা খক উৎপিরুনু। মীমাঙদা মতোমতা ইকাইজরক্কনি।

কনাগুম্বনা ঐঙোন্দা শাউগৎতুনা খৎনবা হৌরক্লবদি অদোম তুমিন লৈথোকপিয়ু। মতোমতা খৎনজবদা ওহ্মোকহল্লু। কয়া কুইনা মতোমতা খৎনবা ঙম্ব্রা, য়েংথোকপিয়ু।

য়াম্না শাউনিঙলবা মতমদা ঐগী অশাউবা ফাথগে হায়রবদি য়াম্না নোক্লিংবা থৌদোক খরা নিংশিংনবা হোৎনবিয়ু। নত্রগা খুদক্তা অমমম, অনি অনি, অহুম অহুম কাল্ল কাল্লগা য়াঙখৈগী মথক ফাওবা মশীঙ থীবিয়ু। খুদম ওইনা:-

ক) অমা, অহুম, মঙা, তরেৎ, মাপল, তরামাথোই......

খ) অমা, মরি, তরেৎ, তরা, তরাহুমদোই.....

গ) অমা, মঙা, মাপল, তরাহুদোই, তরাতরেৎ.... অসুম্না মশীঙশিং অসি থীবা লোয়রবদা অদোমগী শাউগৎলম্বা মিহুন্দু শোয়দনা খরা হন্থখিনি। মশীঙ থীবা লোয়রবা তুংদা ঐ যাম্না শাউরুরমাল্লে, মতুংদা অমুক শাউররোই হায়না লেপ্পিয়ু। ঐহাক শাউগনবা মী ওইররোই খনবিয়ু।

অশাউবদি ইশাগী ওইজবা মাঙবগীনি, ওইজবদু থাদোকপা ঙম্লগা কোক্কনি। ওইজবা ফংগে তান্দ্রবা যোগী-ঋষীশিংনা শাউবা ফাথবা ঙম্লিবসি অদুননি।

অশাউবদি ঐঙোন্দা মীনা অকায়বা খর তৌরকপদগীনি। মহাকপু ঙাকপিবা ঙম্বা অদোমগী গুন্না ঙাকপিরগা অশাউবদু কোকহনবা য়াই।

শাউবদি তৌবিমল খঙদবা মীশিংগী মফমদা শাউনিংই, ঐনা অঙম্বা মতেং মঙোন্দা পাংখিবনি খন্দোকপিরগা, লৌবঙ-লমন শীঙলকপগী ব্রাখল থাদোকপিরগা শাউরম্বদু হন্থখিনি।

অশাউবনা মীবু মাঙহল্লি, লৈখা তাহল্লি। য়ারিবমখৈ অশাউবা উৎপিগনু। অয়াকপা খোনফম কনা'মত্তদা থাবিরুনু। অশাউবদি কনাগুম্বনা ঐবু ব্রাহল্লকপদগীনি। মহাক অদু করিগুম্বা পেঞ্জদবা লৈদুনা তৌজরিবনি খন্না শাউরম্বদু তোক্তুনা হনজিন্দুনা মাবু নুংশিবিবা য়াত্রা য়েংবিয়ু। মহাকপু নুংশিবিবা ঙম্লবদি শাউরম্বদু কোকখিনি।

নিঙবা থুঙদ্রগা শাউনিঙই। ঐগুম্না নিঙবা থুঙদ্রিবা মী মশীঙ লাকঙমদনা লৈরিবনি খঙবিয়ু। নিঙবা থুঙবা মী তাইবঙদা লৈরমলোয় থাজবিয়ু। মদুনা অশাউবদু হন্থগনি।

হায়নিঙবা ব্রাফম পূম্নমক খন্ন-তান্নবগী মওংদা, অশোয়-অরান কয়াদু চুমথোকমিন্নবগী মওংদা তপ্না-ঈংনা নৈনমিন্নসি। ঐনা হায়রবদি লোয়রে, ঐগী মতসি লৌদবা, ইন্দবা য়ারোই হায়বা, ঐদি পুন্সিদা কনাদসু লানখিদ্রি খনবা, নাপনগী ব্রাঙাং পোত্থারসি। অশাউবগী ব্রাঙাং থাদোক্তুনা মীনা নুংশিগদবা, মীনা য়াবা মীশক ওইননবা হোৎনসি।

ঐনা পামদবা, শাউনিংবা থৌওং পূম্নমক মীঙোন্দা তৌরোইসি। করিগুম্বা খরদং তৌবদা অতোপ্পনা করি খনখিনি, খন্না খোঙ থাংলসি। কনা অমত্তদা অশাউবগী শকফম খক উৎলনুসি।

